# কেকুলোংগী

আই এস কাঙ্জম



# KEKU LOTPEE

*(A collection of Manipuri short stories)*

*By : I.S. Kangjam*

Price : Rs 40/-



ফোঙবা : কাঙজম এন্তরপ্রাইজেজগী
শ্রীমতী ইবেমু দেবী কাঙজম্না
মণিপুরী রাইটর্স এসোসিয়েশন, ইম্ফালগীদমক।

খুৎনম : অহানবা, জানুৱারী ১৯৯৯
মশীং : ১০০০
ফংফম থোকপা : অইবা
মখুম : সুধীর নাউরোইবম



মমল : লুপা ৪০/-

নম্ফম : অম্বিকা ওপসেট প্রেস, এয়র পোর্ট রোড, ইম্ফাল।

শেম্বং পীবিরিবা
মণিপুরী রাইটর্স এসোসিয়েশন, ইম্ফাল,
ব্রারী মচাশিং খরা
মাঙজৌননা ফোঙদোকপিগ্নবা
চেফোঙশিং অমদি এসোসিয়েশনশিং,
মখুম য়েকপিবা
শ্রী সুধীর নাউরোইবম
অমসুং
লাইরিকসিমা ওইনবা হোৎনবদা
মরী লৈনরিবা মীওইশিং,
মরু ওইনা
অচৌবা তেংবাং পীবিরিবা
শ্রীএন. প্রিয়োকুমার সিংহ
পূন্নমক্কী মফমদা
তৌবিমল খঙবা
উৎচরি।

# ঐডোন্দগী

ঙাসি ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সি-মহিং অসিবু নুংঙাইবা অমদি ঈংনা-চিক্লা লেনবা মশক অদু ওইরিব্রা? পুন্সিগী খোঙথাং খুদিংমক্তা ঐখোয়না থেংনরিবা পুন্নমক অসিবু পুন্সিগী অশেংবা মশক্লা? মসিমক্লা মীওই-পুন্সি হায়বদু ওইরবদি য়্থামক্লা পোকডমদবা মপোক হায়রুবগী অর্থ করিনো? মতোমতা মথং-মথং লাকপবা রাহংশিংনি।

:লাইবা লাইদবা রাহং কয়া অমা থোরকই।

●

থৌদোকশিংনা থল্লবা সমাজ অসিদা থৌদোকশিংনা য়োক্লগা হিংলিবা ঐখোয়গী পুন্সিনি। পামজবা কয়াদি থাপ্লা চেপ্লোকখি পুন্সিসিদগী; পামদবা কয়া অমা চেনশিল্লকই হৈনাক্তা। পামদবশিং অসিদগী ঐখোয় চেপ্লোকপদি ঙমদে। পামদ-পামদ পামদবশিং অসিগা য়াওনদুনা হিংবা তারকই। বাখল খনবা ঙম্বা থবায়পাল্বা অমা ওইরুবনা খন্দবা ঙম্লক্তে। পেন্দবা অমদি পামদবগী লৈকা;না মরেক কাহল্লবা থোপ্লগী বাকৎ কয়া অমা থোরকই। থম্মোয়দা চৈথেং পীরে। চৈথংদুদগী থাক্তোরকপা মনিল্লা অহাংবা মালংদা তিনখ্রেগা ...শান-মরাং ওইনা থরা লৈহৌবদুনি ঐগী বারীমচাশিং অসি।

সিখ্রেনি ঐনা হায়জেগদবা।

ইম্ফাল
১০/১/৯৯

আই এস কাঙজম

## এসোসিয়েশনগী মায়কৈদগী

মণিপুরী রাইটর্স এসোসিয়েশন, ইম্ফালসি হৌখিবা ১৯৯৫ ইংদা মণিপুরী লোল, সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যবু য়োকখৎপা অমদি শন্দোকপগী মপূং ওইবা পান্দমদা লিংখৎখিবনি। পান্দমসিগা মরী লৈননা তোঙান-তোঙানবা হীরমশিংদা ইবা মমল য়াম্লবা মণিপুরী লাইরিক কয়া এসোসিয়েশনসিনা লেপ্তুনা পুথোরক্লি।

ডা. আই এস কাঙ্জমনা ইবা 'কেকু লোৎপী' হায়না মিংথোনবা ৱারীমচাগী লাইরিকসি এসোসিয়েশনসিনা পুথোকপা মঙাশুবা লাইরিক্লি। শ্রী কাঙ্জমগী হন্দক পুথোক্লিবা লাইরিক 'কেকু লোৎপী' অসিনা হৌজিক্কী মণিপুরী ৱারীমচাগী য়াওলদা অনৌবা ঈনোৎ অমা শোয়দনা পীগনি নীংই। থাজবা অসিগা লোয়ননা লাইরিকসি মীয়ামদা লাম্থোকচরি। হরাওনা লৌশিনবিগনি।

ডা. সগোলসেম লনচেনবা মীতৈ
*সেক্রেটরী*
মণিপুরী রাইটর্স এসোসিয়েশন, ইম্ফাল।

১২/১/৯৯ ইং
*ইম্ফাল*

# য়াওরিবা ৱারীমচাশিং

# কেকু লোৎপী

পুন্সি অসিমক এক্সপরিয়েন্স অমনি। পুন্সিসিদা থেংনৈ, মখন-মখন, মওং-মওংগী থৌদোক কয়া। উরুই, তারুই, থেংনরুই; পৃম্নমক্সিনা পুন্সিগী শক্তম শাগৎলি। অসুম্না শাগৎলবা পুন্সিগী শক্তম অসিনা ৱারী ওইহল্লি। ৱারী ! মখন-মখনগী ৱারী ! পুন্সিগী ৱারী কয়া !

ঐনা ঐগী পুন্সিদা থেংনরকপা ৱারী মতেক অমা ! ৱারীগী মহাউ মতম অসিগী সমাজগী মহাউনি। মতম অসিগী সমাজগী মহাউ অসিমক্না ঐগী পুন্সিগী অচৌবা তাংকক অমা শাগৎখ্রবনি । মহাউ অদুমক ঐনা তঙাইফদনা তংঙুরবনি।

মতম খরগী মমাঙদা চেগী কম্পনী অমদা ঐ মরক হুনখি। অদুদগী ঐবু শেম্বি-শাবিবনি হায়বা খরনা ইশক-ইতৌ, ইওং শেম্বিরগা নারেং হুৎপিখি ; য়ূম্লাক-শাগৈ তাকপিদুনা ইচিন-ইনাউ কয়াগা পুল্ল পুনশিনবিরগা দুকান অমগী গোদাউন্দা য়ৌরকখি। দুকান্দুনা পোৎ-চৈ কয়া সপ্লাই তৌবদা য়াওরক্তুনা ওফিসকী স্টেসনরী-গোদাউন অমুক য়ৌরকখি। ওফিসকী স্টেসনরী গোদাউন্দা ঐ ফনা কুইনা মিৎকপ থোক্তবমখৈ তূমখি। অদুগা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা তূম্বা হৌদোকপিরগা ঐখোয় খবা পুল্লপ হেদ-ক্লর্ক সাহেবকী মনাক্তা থাবকখি। হেদ ক্লার্ক সাহেবনা ঐখোয়বু উপু আলমিরা অচৌবা অমগী মনুংদা অমুক শুম্বিখি। ঐখোয় থবক মনা অমতা শূদবমখৈ নুংঙাইনা তূমখুন তান্দুনা লৈখি।

ঐখোয় ময়ামগী মরক্তগী নোংমদি ঐবু হেদ-ক্লর্ক সাহেবনা তরাম্না হৌদোকপিরকখি। উপু অচৌবদুদগী ঐবু লৌথোক্লগা মাগী মমাঙদা লেপ্লিবা এল. দি. ক্লর্ক অমদা খুৎশিন্নদুনা ব্রা খরা হায়খি। এল. দি. ক্লর্কতুনা ঐবু পুরক্তুনা মাগী তেবল মথক্তা থমখি। ঐবু ইমিং থোনবিখি, হৌনবী দীক্ষা পীদুনা নারেংদা লংশুং মতেক অমা লেংশিনবিখি অমসুং চে পাং অমা ইচিঙ্গাক ওইনা পীখি। চেদুদা করিগুম্বা খরা ইশিন-লাকশিন্দুনা ঐগী ইথৌ পীবা হৌখি অমসুং নুমিত্তুদগী ঐ পার্ট-ফাইল অমা ওইনা থবক তৌবা হৌখি।

ইমিং ইথা থোনবিদুনা ইথৌ পীবা হৌখিবা নুমিত্তুদগী ঐ মরক মরক্তা তৌফম থোকপা ইথৌ অদুম তৌখি অমসুং ঙসি ফাওবা তৌদুনা লাক্লি। তেবল অমদগী তেবল অমদা, কা অমদগী কা অমদা, অমগী মনাক্তগী অমগীদা অমুক, অসুম্না ঐবু কোয়চেন চেলহল্লি। ঐসু ইথৌনি হায়দুনা সে-মাই মনা-মনিন নাইদনা অদুম মতৌই। ইথৌমক্তা নম্বো পোবদা ইশাসু হাইফেৎ নোয়জরে; কুরোনসু হুবে। অদুবু থৌনাদি ঙসি ফাওবা হনজদ্রি। তৌ হায়দুনা পীরকপা ইথৌবু কোয়চেন চেনবা হৌজিক ফাওবা তোকচদ্রি, থৌওইনা ঐবু খুরৌ লৌবমক য়াওদ্রবদি । অদুবু থৌওইনা খুরৌ লৌখিদবসু নত্তে । ইফোং ফোংনা কেকু লোৎহন্দুনা ঐবু থবক শূনিংদবা তাহনবসু কয়ারক য়াওখ্রে।

ঐগী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক অমগী পাউদুম তম্লীংঙি। ইকুই কুইর্খাদ্রি; থা খরগী মমাওগী ব্রানি। মহৌশানা ঐঙোন্দা শিন্নবা থবকসি খরা লুবা জাৎ ওইবনা দিল্লিং ক্লর্কনা ঐবু খরা চেকশিন্না আলমিরা মনুংদা হেক হেক থম্মি। নোংমা নীপা অমনা মাগী করিগুম্বা থবক অমগী দরখাস্ত থারকখি। মাগী থবক্তুগীদমক ঐ খরা কোয়চেন চেনবা তাখি। ঐগীদি ইথৌনিনা ব্রাবা-ব্রাদবা থিদনা তৌবা তাবনি, চেনবা তাবনি। নীপাদুনা খরা হায়জ-খোৎচবদগী মাগী তৌফম থোকপা তৌরগা দিল্লিংনা ঐবু পিওন অমদা শিন্নদুনা হেদ ক্লর্ককী মনাক্তা থারকখি। নীপা মশাদুনা মোল্লি-মোল্লি ঐগী ইতুং ইন্নরকখি। মহাক্লা হেদ ক্লর্ক সাহেবতা অচম্বা ব্রাহৈনা মাগী থবক অদু থুনা তৌবিনবা হায়জখি। হেদ ক্লর্ক সাহেবনা মথৌ চিনবা উত্তুনা মতম খরা চঙগদবগী ব্রাফম ফোঙদোকখি । নীপাদুনসু য়ারবদি হায়দুনা খরা থুহন্নীংবগী মওং ফোঙদোক্লম্মি । হেদ ক্লর্ক করিসু থৌশা-ব্রাশাদনা য়েংগে হায়দুনা লৈহৌখি । নীপাদুনা চৎখ্রবদা ঐবু

ফাক্তোক্তুনা হাইফেৎ য়েংঙি, অদুদগী মাগী তেবলগী দ্রাৱর মনুংদা ঐবু য়াম্না চেকশিন্না থমখি।

নুমিৎ তরানিমুক্কী মতুংদা নীপাদু অমুক লাকখি। হেদ ক্লর্কতা মাগী থবক্তুগী ৱাফমদু হংলখি। হেদ ক্লর্কনা মাবু করিসু থৌশাবিখিদে; করি থবক্নো, খঙদে,মাগী মনাক্তা ঐ য়ৌরক্তে খুমখি। নীপাদুনা মরিক চুম্না নুমিৎ, তারিখ হায়দুনা ঐনা হেদ ক্লর্ককী মনাক্তা য়ৌরকখিবদুগী মরমদা তমখি। অদু ওইরবদি হায়দুনা হেদ ক্লর্কনা নীপাদুদা ফাইল নম্বর হংখি । নীপাদু ঐগী নম্বর তাকপা ঙমখিদে। অদুবু মানা হায়জমনবদগী হেদ ক্লর্ক সাহেবনা ঐবু কোয়থি থিজিন্নে। নীপা অদু থাজদে। মশানসু হেদ ক্লর্ককী তেবল মথক্তা মথং মথং লোম্দুনা লৈরিবা ফাইল ময়ামদু হইগৎ-হাইগত্লনা ঐবু থিখি। অদুবু মফমদুদা ঐদি য়াওদবনিনা থিবা ফংখিদে।

অসুম্না ইফোং ফোংনা কেকু লোৎপীদা ঐগুম্বা কয়াসু য়াম্না লায়না মাঙহনবগী থৌদোক কোঙ্গায়নি। হীরম অসিদা হেদ ক্লর্ক সাহেব য়াম্নসু হৈ-শিংঙি।

নীপাদু মথোঙ মরম খঙদনা অদুম হনখ্রে। মহাক চৎখিবদা মঙায়রি ; অতোপ্পা নীপা অমা লাকখি, মখুত্তে চে অমা পায়রদুনা । নীপাদুনা চেদু হেদ ক্লর্কতা লানশিল্লি । চেদু মুন্না য়েংলবা মতুংদা হেদ ক্লর্ক সাহেবনা ঐবু দ্রাৱরদগী পুথোকখি। দিল্লিং ক্লর্কপু কৌরগা চেদুগা ঐগা শিন্নখি। খূদক অদুমক্তদা ঐবু অমুক থাগৎলক্লবা ৱা হায়খি। দিল্লিং ক্লর্কনা ঐবু পুরগা চেদু ঐগী নারেংদা লেংশিল্লদুনা মাগী হৌনবী ইগদবা খোৎকদবদু তৌরগা হেদ ক্লর্কতা অমুক পীখৎখি। ঐনা হন্থনা য়েংলুবদা অনৌবা চেদুদা থোইদোক্লা ইকাই-খুম্নফম ওইরবা, লৈবাক্কী যায়তোং-খমদোংবশিংগী মকোক ওইরিবা মহা মহিম চীফ মিনিষ্টর ইবুংঙোগী মখুৎমক্লা ইবা থুনা তৌখো হায়বা ৱারোল য়াওরম্মি। ঐ তনবা য়াখিদে। হেদ ক্লর্কনা ঐবু ওফিসারগী মনাক্তা, ওফিসারনা অমুক মাগী মথৌদাং লোইরগা মরী লৈনবা মন্ত্রীগী মনাক্তা থায়। মথং মথং অমুক হন্থরকখি। হৌনবী লোইরদুনা ওর্দর থোকখি , নুমিৎ নিনিগী মনুংদা ।

থবক অমা লোইখিদুনা ঐ হেদ ক্লর্ক সাহেবকী তেবলদা পোত্থাবা ঙহাক্তবু মঙায়রি। অহানবগী নীপাদু থুংলখি। হায়জ-ৱাতাদা হেদ ক্লর্কতা মাগী চেদুগী ৱা হংলখি। হেদ ক্লর্কনা করিসু থৌশা-ৱাশাবিদনা মঙোন্দা ঐ য়ৌরক্তে, খঙদে খুমখি। নীপাদুনা পাউখুম অদু থাজবা ঙমদদুনা ঐমক য়াওনা লৈরিবা ফাইল থরদু মথং মথং

হাইগত্তুনা য়েংখি। হেদ ক্লর্কনা নীপাদুবু ওফিসকী ফাইল ৱাহং পাউহংদনা পায় হায়দুনা তথি-তথি চৈবিখি। নীপাদুগী মখুৎনা ঐবু শোক্লম্মবনি । অদুবু হেদ ক্লর্কনা মাগী মখুত্তগী মুনবিখি। নীপাদু তিঙক মায়ঙক্লনা ঙহাক তুমিন লৈখি, অদুদগী য়াম্না তপ্না হায়রকখি —"তামোখোয়গী ওফিসকী ফাইল অসি হেক হেক মাঙলিবসি করম তৌরিবজাৎনো?"

হেদ ক্লর্কনা মাগী ৱাহং অদু মনাদা হাপখিদে। ঐগা কোন্ননা লৈমিন্নরিবা ফাইল খরা মাগী তেবলগী দ্রাররদা হাপচিল্লগা শো লোনশিল্লি। অদুদগী মপান্দা অশেংবা নুংশিত্তা হকচি লাংবা থোকখি।

নুমিৎ মরি-মঙানিগী মতুংদা নোংমা হেদ ক্লার্কনা ঐবু তরাম্না পুথোক্লগা নীপাদুগী চেদুগা মরী লৈননা থবক পীখি। নীপাদুসু মতম চানা লাকখি। মহাক্না হেদ ক্লর্কতা চম্না কৌখি — 'তামো' । অতৈ ৱা মখা তানা হায়খিদে নুমিত্তু। হেদ ক্লর্ক সাহেব নুমিত্তু শাউরংনখিদে, থবক য়াম্না চিনবা মতৌ উৎখিদে। তরাম্না নীপাদুবু মমাঙদা থাবিবা চৌকিদুদা ফমহনখি। ঐবু য়াম্না থুনা ওফিসাবগী মনাক্তা থাজিনখি। থৌদৌদু ঐ নোক্লীংখি। অদুগুম্বা কয়া থেংনদুনতা লাক্লবনিনা খঙবদা মতম চঙখিদে। হৌনবী খঙবা ৱাৎপদগী মতম খরা নীপাদুগী থবক পল্লুবদু হৌনবী হেক খঙলকপদগীদি পনখিদ্রে। ঐসু কোক ঙাওবমখৈ কোয়চেন চেনবা তাখি। অদুবু নীপাদুনা হৌনবী খঙবদু ওফিসাবগী শরুক ৱাৎপদগী ঐ ওফিসাবগী মনাক্তা মতম খরা অমুক হোৎনেন-হয়েং তৌদুনা লৈখি। মমৈথঙদা হৌনবী ৱা খঙবা পূমলোই লোইরবা মতমদুদা নীপাদুগী থবক্তু লোইথোক্তুনা ঐ নে তানা পোত্থাবা ফংখি।

ঐগী ৱাৰীসি ঐ ইতোমতগী নত্তে। ইমান্নবা ঐগুম্বা কয়াগী ৱারীনি। ঐঙোন্দা অসিগুম্বা থৌদোক অমুক অনীরক্তা নত্তে; য়াম্না তোয়না থোকপনি । কারগুম্বা অমত্তা অনৌবা নত্তে। অসিগুম্বা থৌদোকশিং অসিগী মবক্তা পুন্সি অসি লেপ্পকপা হনা কুইবক্লে। অনৌবা অহোংবা কবিসু লাক্তে ।

হৌনবা খঙবা খঙদবগী, অবোৎ-অফোংগী কেকুলোৎপী ইপুন্সিদা অসুম য়াওগ্নার, মবক মবক্তা, করি কারবগুম্বদা য়াম্না তোয়না, মথেন অমা ওইনা ।

ইম্ফাল

১০/৫/৭৯

# ঈশ্বরগী মচা

ঐনা মফম অসিদা লাকখিবা ঙসিদগী চহী নীপানগী মমাঙদনি। চহী নীপানগী মতম অসিদা মফম অসিদা লৈরম্লিবা অমদি লাকখিবা মীওই কযাগী তাংকপা ৱারী কয়ানা ঐগী মিৎ অমসুং নাকোঙগী কুমহৈ মশীং লাকঙমদনা শাগৎখ্রে। ঐনা মফম অসিদা লাক্ত্রিঙৈদা মফম অসিগী মতিক মগুণ কয়া তাখি। অদুগুম্বা মগুণশিং অদু ঙসিদি নাকোঙনা তাবগা ঈবোয়ননা মিৎনা উবগী খুদোংচাবসু ফংলে। অহানবদা ঙক্লা থোকখি, অদুবু তোযশিল্লক্লবদা ঙকপগী চাং হন্থরকখি। ঙগুম্বা খরতদা ঙক্লা থোক্লুবা ওইবম্বসু য়াই। ৱারী কয়াগী মচাক শাগৎনবা ওইরিবা মখোয়শিংদদি করিসু ঙক্লমদবা য়াই। মাঙদা লৈরিবা ঈপাক্কী মক-অথেন কুমদুনা যংলিবা মীদুতনা মখণ্ডি।

কযা'মা অদুম লেঙদনা লৈবম্মি, লৈরি, লৈখিগনি। কয়া'মা লাকখি, লৈরম্মি, চংখি। মসিগী মবকসিদনি ৱারীগী য়ূম্ফম কয়া শাগৎখিবা। অৱা-নুংঙাই, কল্লক-যেংথী, অকি-অখং, তুক্কজ-হঙ্গোই, ইকাই নুংশি কয়'মনা ৱারীগী মচাক্লি। ঐ ইশামকসু ৱারীগী মচাক পোক্লবা মচাক অমা ওইবম্বা য়াই, কনাগুম্বগী মিংয়েংদা। কনা-কনাগুম্বসু ঐঙোন্দা ৱারী, ৱারীগী মচাক, ৱারীগী মচাক্কী মচাক ওইখি, ওইবি। ঐসু করিগুম্বদা মিতাখি, থোয়বাঙখি; ঈখৌ লাংখিদবসু নতে। খৎ তিংথোক্লীংখি, তিংথোক্কে তৌখি। খোঙ থাংজিন্নীংখি, থাংজিনগে তৌখি। মখা তাবদি ইশাগী

ঔতোগ্রাফমক্তি নত্তবনিনা অসুম মতোক্লগে। ঐনা হায়বা ঙাক পূম্নমক্কী থাজনীংঙাইসু ওইদে। তৌবতদি থম্মোয়গী মথুম-মরাঙ ঐগী থম্মোইতনা মখঙজৈ। তিন শিৎনীংখিদবসু নত্তে। কয়ারক্লি, অদুবু শীৎপমক্তি ঙমখিদমানে । মতম অসে মতম অমনি। কলি যুগনি, খম থেংবা কলি যুগ ! হায়নবা লৈ — কলিদা খূদৈ কংদে। হায়নবা ব্রাফম অসিদা ঐসু খরদি খন্থদবা নত্তে।

ব্রারী কয়ানি, মখন মখনগী। মহাউ খেন্নৈ, মচু খেন্নৈ। অমম-অঙানগী ব্রারীনি; তাইবঙপান্সিগী ব্রারীনি। মালেমসিদা থোকপনি, অরোৎ-অফোংগী ব্রারীনি। নঙগা মাগগী ব্রারীনি, মাগা ঐগগী ব্রারীনি, নঙগা ঐগগী ব্রারীনি।

তাইবংপান্সিগী অরোৎ-অফোংগী ব্রারীসি অঙকপনি। লোৎলিবোই মনীংঙি, ফোংলকপনা মহাল্লি। মল্লিবোই মখল্লি, ঙাল্লকপনা মহাল্লকই। অদু ওইরবদি অরোৎ-অফোং হায়করিবনা কবিগী? ফোংবদা মতারবদি করিগী অমুক লোৎলুরিবা? ফোংদোক্লবা লোৎলুরিবরা? অদুবু লোৎনীংবা ঙাক্লি। খঙদ-তাদবা য়াররোইদবদু খঙহন্নীংদে, তাহন্নীংদে। অমোৎপা, অরোনবা, অমম্বদুবু পাম্বসু কোঙ্গায়নি। অপাম্বদুনা খুরৌ লৌগনি হায়বা পাম্মিঙৈ তানজাদুদা কাউথোকই। কাউদ্রবসু কাউশিন্নৈ, খঙলবসু খঙশিন্নদে। মসিনি তাইবঙ মীগী খ্বাইদগী অশোনবা! নত্ত্রগা থৌশা-ব্রাশাদবা হায়বদু !

মসিগুম্বা কয়ানা তাইবংপান্সিগী ব্রারী কয়াগী মচাক কয়া শাগৎখি, শাগৎলি অমসুং শাগৎলকখিগনি।

ঐঙোন্দগী মহাক্লা কোল্লি মফমসিদা লাকপা। মতৌ মান্দে, থাজরুদে। অদুবু থাজদবা অসিমক অচুম্বা ওইরমদে। হৌদোঙ তুমিন লৈবনা চফূ ঙম্মি হায়বা ইপা-ইপুগী চুম্লবা পাউরৌদু কক্লবা থৌনা লৈখিদে। মপা বৈষ্ণবকী মচা, মতৌসু সাধু; অদুবু হন্দক ব্রা লাউনা ফোংখিবা থৌদোক অদু ঙারী-খরূং কায়বগুম্মি। নমশিনবা য়াখিদে।

ঐগা মাগা পঙলাপ লাপ্পদে লৈরিবদু। অদুবু ওহোক্লা হৈনা অরোনবা থবক অদু পায়খৎলম্মি। অপঙবা হায়গদ্রা? অদুবু ঙাঙথোক-শক্তোক্লকপদদি ঐখোয়বু যোন্দুনা চাবা ঙমগদৌগুম তৌই। ফংজদ-চাকচা হায়সিরা ? নত্ত্রগা ফজদা চাকচা? শঙ্গোম চাবা লমদম্মৈ হায়বদুগী থৌদৌদুরসু খঙদে। অমা নত্রগা অমা ওইরবসু মাঙদা তারক্লিবা ফলদুদি লেঙদনা খিন্দুনা লৈখি। লৈবাক-কুমহৈ হায়বদুমক ওইখ্রে

হায়বমক্তি য়ানীংখিদ্রবসু খরদি মশক নাইখি। লাং অদুসু ফনা ফজনা থাকখি। মহাকসু ফজনা থুখি। তৌবগীবুদি থাক্লিবা লাংদু লেম্না মাঙগন্দবা য়াম্না থুগনবা লাংদানি। অদুমক্লা থুখিবনি। অদুগা খরসু থুজনীংলুবনি, মাঙ-তুংগী ব্রা খন্দনা।

অমদুগী মীৎয়েং-নায়েংদু কয়া চুমদবনি। য়াম্না চিংননীংঙাই ওইখি। অদুবু মতৌদি ইমান মান্দে। ঐমক দশা খীত্তং ফবদগী নাম্বোকহৌবনি। তৌবগীবুদি ইশানা জতন (যত্ন) খরা তৌজবগী মহৈনি। অদুবু মতম অদুদদি কনাগুম্বনা ঐবু মীকিথী হায়খি। মামক্লা ঐবু য়াম্না নোক্লখি। পাঙদবনি হায়না য়াম্না লঙনখি। অদুবু মাগীদি অমা নত্রগা অমা, মতম-মতমগী ফানবা মতম পুম্নমক্তা থাক্লুনা থমখিবা লাংনি।

নোংমতা মহাক্লা ঐখোয়দা হায়দোকপদি লায়রদনা লংলা-লংজিন ফংবা য়াবা থৌওং অমতা উহনখিদে। অদুবু মহাক্লা তৌখিবা অমতংদি লৈ। মহাক অয়াম্না মতমদা ঐখোয় খ্বায়দগী নাইতোম তাই। খ্বায়-স্বায় চেকমাঙ মাঙবগী হৈনবী অমা মঙোন্দা লৈখি। অদুবু ঐখোয়না য়াম্না চম্না খল্লুই, ঐখোয় খ্বায়গী লমচৎসি মা কয়া হৈনদদুনা তৌবজাৎনি হায়না। অদুবু হৌজিক্তি খঙলে, — মহাক কনানো? করম্বা মীওইনো ?

হৈনা থাকপা লাংদা পঙনা থুখি। থুরুগনি থাজদবা জাৎনি; থুরুরবা মতুংদা নাম্বোক্লবা ফনা হোৎনখি। শেন কয়া তিংখি, ইকাইবা কয়া নংখি। হুমাং অনপ্লা কয়া হায়ফম খঙদনা কাংখি। য়াগে তায়দুনা অমসু চোংথোরকখি। মহাকসু মদুতবু তৌবিখ্রবদি দশা কোক্লুগনি খন্দুনা শেন পীখি, য়াম্না হরাওনা। শেন ফংলবদা অমদু মাঙখি। মহাক অপঙবা তাহৌই। অমনা অমুক নুংশা থীগনু, ফনবা শীনবিগনি হায়দুনা মাগীদমক লৈপ্লে। শেন তিংখি। অদুবু মদু পুম্নমক্কী ফলদি মতমগী পুংজৈনা লেপ্তুনা চৎখিবগা লোয়ননা অরেঙ অরেঙ পুখবগুম তৌখি। ফাজিল্লিবা লাংলী মপোপ চাউবা হেল্লকই, কিশি থোইনা চেৎশিল্লকই। মহাক্কী হুমাংসু নিংথম ঋতুদা নীংথিনা মপান্দা ঈচিক থেম্বা থোরকখি।

ঐখোয়না খল্লম্বগা মহাক থাজদনা মরাইবক ফখ্রে। মহাক মশামক থাজরম্মোই। গ্রহণ থাদোরকপগী থাজনা নীংথিবদুমক মহাক্কী ব্রারম্বা অদু খঙহৌদনা কোক্লুনা মতম কুইনা মাঙলুরবা মোমোন্নবা মায়থোঙ উবা ফংখি। শেন তিংখিবদি ওখাকনি। ময়ূমগী নপী-অঙাংবু খঙলিরোইদ্রা ? মুশুক-মুশুক শরা শনখ্রবা ব্রাফমদু

খঙলম্লোই হায়বা ঐদি থাজদে। অদুবু থাজদনা মরাইবক ফখ্রে। লোয়ননা মহাকসু উবা ফংখিদ্রে। মহাক মফমদু থাদোক্কুনা চৎখ্রে।

থাজদনা লোইশিনখ্রবা পন্দুপ অদুগী মরমদা ৱাফম অমা নোংমা ঐনা মফমদুগী লুনা চান্না তিন্নবা মরুপ অমদা করম তৌখ্রে হংলুই। মহাক্না য়াম্না শন্না খুন্নকখি —"ইভরিথিং ইজ ও.কে.।"

ঐনা হংখি — "করম্না?"

"নখোয়গী মরুপ অদুদি ট্রান্সফর তৌখ্রেদনা ৱানোমদুনা। নখোয়গী জাৎসিদিনে য়াম্না চোপ্পিহৈ।" মহাক্না হায়খিবনি। ঐনা মখা তাখি—"চোপ্পা-চোপ্পুবগী ৱাদু নত্তে ঐনা হংবদি। মহাক চৎখ্রে হায়ববুদি ঐসু খঙঙিনে। ঐনা হংবদি নূপীদুবু কমদৌখ্রবগে হায়বনি ?"

"পোকখ্রে, নূপীনি।"

"নূপী!" অদুদগী য়াম্না অর্থ লৈনা ঐনা ৱাখল খল্লখি।

"লাইশঙদা পুখত্তুনা ঈশ্বরগী মচানি হায়না ময়ামদা লাউথোকখ্রে।"

মরুপ্তুনা অমুক হায়রকপা ৱাফম অসিনা ঐনা অর্থ লৈনা খল্লকুবা ৱাখল অদুগী **ঈচেন** থৈহনখি।

চুড়াচান্দপুর

৯/১০/৭৮

# শনিগী দশা

ইকুই কুইদনা থা অনীমুক্কী মমাঙদা মপুরোইবগী কুথি য়েংলুবদা পানজিনা হায়রকখি ---

"শনিগী দশা লোইগদবা থা নীপান ৱাৎলি। শনিগী দশাদি লোইশিল্লকপদা প্রতাপ পীগনি । যন্ত্র তৌ । প্রতিকারদি লৈ অমুবা, ফি অমুবা, থোইদিং অমুবা শনি ঠাকুরদা কৎলু। চাকহাউগী খেব কৎলু । শনিসু অমুক্তং খুরমথোকউ ।"

মহাক মশাগী য়েংঙুবদসু পানজিনা হায়রকখি--- 'দশা পাঙদে, ইশাগী ওইবা অপানবা পোং মাংবা, মীনা মুল্লু হায়বা লৈ। চেকাশল্লু, হৈনা চৎলু।"

ইবেচাউবী মহাক মশাগীদি থোইনরু খল্লদে, অদুবু ঙাচেৎ-থুমচেত্তগী হৌমিন্নবকপা মরা-মপুবোইবগীদমক মহাক য়াম্না নুংশা থীজৈ। করিগুম্বা খুদোংথিবা থোক্লনা মপুবোইবনা অরা- অনা নংবা থোক্লবদি মতৌ মনাউনা যাইফ-যুম্বানগী পাউতাক লৌহৈদবদগী ফংলকপা মচা নীপান অদুগা মাংগনা ৱাগদবদু খল্লুবদা থোইদোক্লা মিপাইজৈ । অদনা মহৌশানগা ঈশ্বরদা ভক্তি লৈজবী ওইবনা ইবেচাউবী কোযচেন চেন্দুনা পানজিনা কৎলু হাযবকপা পোৎলম পুম্বা লাঙলগা থাঙ্গাল বাক্তাবদা লৈবা শনি ঠাকুরদা কৎচৈ । বিষ্ণুদা চাকহাউগী খেব কৎলি । থাঙজ খুদিংগী ব্রত তৌদুনা মযুমদা শনি পূজা মরি-মঙাবক কৎচৈ। মপুরোইবা মণিজাতিসু মাগুম্বী নুপীবু পুন্সিগী লোযনবী ওইনা ফংজবদা চাযাম পোকপা অমাদ

লৈত-লাইরগী অৱা-অনা কাউজে। মতৈ মনাউ য়াম্না নুংশিনজে ; য়াম্না চান্না-চিন্নবা পান্নজে।

হন্দক পাউ অমা তায়। মণিজাউদু নুপী মৌনহা অমা চেল্লুরে হায়না নিনফুং-নিনফুং ঙাঙনৈ। কৈরোন-লৈকাইনা পাউ অদু তাবদা থাজনদে। অতাবা খুদিংমক্না ঙম্না হায়নৈ —

"মণিজাউবো? থাজদেদা। কনানা হায়জিল্লিনো ? কনানা পুরকপা পাউনো ?"

অদুবু থাজদবা পাউসিনা হেল্লি থুনা শরা শনবা। নুপী-অঙাং, নহা-অহন লোইনা তানরকই। লৈকাইদুগী অহন চাউচৌসু পাউদু তারে। তাবদা ঙকই, থাজদে। লৈকাইগী অহন অমা ওইবনিনা মানা তারিবা পাউ অদু চুম্না হায়না মণিজাউখোয়দা হংবা চংলি। মণিজাউ ময়ুমদা লৈরমদে। ইবেচাউবী চিন্তা তৌনা খোয়রাঙ-খোয়শাউননা লৈবম্মি। ইবেচাউবীগী শকফমদু উবদু চাউচৌ তারিবা পাউদু চুম্লম্লগনি হায়না খল্লি। অদুবু মপুক্লীংদা থাজবদি ইঙম ঙমদে। খল্লি —"মণিজাউদুবু তশেংনমক নুপী চেন্দ চেল্লমগদ্রনে?"

চাউচৌনা মণিজাউখোয়দা চংলুবা মতমদুদা মচা ময়াম অদু কৈথেনগী ঙায়োনফমদৌনা ইরাঙ লাঙদুনা লৈরম্মি। ইবেচাউবী শৌ শৌ লাউনা মচাশিংদু চৈ-থাংলম্মি। চাউচৌ লাকপা উবদা ইবেচাউবী শাউবা খরা হঙ্গে। মচাশিংবু চখোকখ্রো হায়দুনা তাহ্লোকই, অদুগা ফিদা থাদুনা চাউচৌবু ফমহল্লম্মি। চাউচৌনা থাজদবা পাউ অদুগী মরমদা মঙোন্দা হংলম্মি। ইবেচাউবীনা খুম্নকখি —

"খঙদে খুরা, ঐসু পাউদি অদুম্না তায়। তাংদাংবা অমতং খঙননবা ইচানীপা অহন্দু মপাগী খোঙ্গুন লীরু হায়দুনা থাখ্রি।"

ৱাফম অসিগা লোয়ননা ইবেচাউবীনা চাউচৌদা মখোয় অনীগী কুথি য়েংলুবদা পানজিনা হায়রকপা পূম্না মথং-মথং অমতা চিখদনা তম্লম্মি। চাউচৌনা ইবেচাউবীদা মপুক্লীং ফাথনবা অহন অমা ওইবগী থেমজিন্দুনা হায়রম্মি—

"ইবেম্মা, নঙ শাউবা য়াদে। শাউনীংবা কোঙ্গায় লৈরবসু নপুক্লীং ফাথগদবনি। নচা ময়াম অসিগীসু খল্লু। নীপানি খরা ঙাওরুরবসু নঙনা ঈংনা-চিক্না লৈরবদি ননাক্তা মরাইনা হনজরক্কনি। নঙ মীতেক মীরৌ খঙনা, হৈনা লৈবা তাবনি।........ অদুবু হন্দক মানা তৌবিবসে থাদি থাজখিদ্রেদা!"

অসুম্না ৱারী শানরিঁঙে তানজাদুদা পুংকক-পুংকক চাউরব জ্ঞানদি পঙতা তাদ্রিবা ইবেচাউবীগী মচা অনীখক্লা 'বাবানা ইমাতোন পুরকএ— বাবানা ইমাতোন পুরকএ" হায়দুনা কোয়লাঙ হেক লাঙলক্লম্মি। ইবেচাউবী খঙশাউ শাউরক্লম্মি, অদুৱাইদা তাবা ৱাচেৎ তংখায় মতেক অমনা মচা অনীদু ফৎ-ফৎ কন্দুনা ফূরম্মি। চাউচৌ জ্ঞান মাঙলমানে, চৎলগে হায়রম্লগা তুমিন চৎখিরম্মি।

ময়ূম য়ৌবদবু মঙায়রি, মণিজাউগী মরুপ অমনা নুপী হায়দোকপা চৎপিদবা য়াদে হায়না চাউচৌবু কৌররম্মি। চাউচৌ চত্তবা য়াদদুনা চৎলম্মি। চেল্লক্লিবা নুপী অদু মণিজাউনা থবক মচা অমতং তৌজরিবা ওফিসতুগী থোঙ্গান্দা পোৎফম ফমমানে। ঙহাক লৈতনা মখোয়গী ওফিসারগী চুরুপ ক্লানচিংবা লৈথোক-লৈশিন তৌবদগী নকশিন্নখিবা ওইরমানে। হান্নগী নীপাগী মচা অহুমসু লৈ হায়। চাউচৌ মণিজাউগী-দমক নুংশা থীবি। মণিজাউগী মওং মতৌদা নুপী অনৌবী অমা চেল্লুবগী থোইনা হরাউ-তয়াম্বা উরক্তে। নুপী অদুসু মপামদা অদুম থম্মগদবগী মওং ওইনা তৌহৌবদু হাইফেৎ খঙলকই।

মণিজাও নুপী অমা চেল্লুরে হায়নবদুগী মতুং নুমিৎ মরি-মঙানিরোম শুবগী নুমিদাং অমা মখোয়গী ইমুংদা উরাউ-থরাউ পঙলাউ লাউনবা তারম্মি। মচানীপা অহন্না লাউ-খোংদুনা অকাম-থুনাম্বা ৱা ঙাঙবসু হাইফেৎ-হাইফেৎ তারম্মি। অসুম ঙহাক তারম্বদগী কৈরোন-লৈকাই ওইবনিনা নুংঙাইত্রদুনা চাউচৌদু হংবা চৎলুই। মণিজাউ মকোক-মরূ ইচাউ চাউরদুনা খূদৈ মনজুনবা অমনা মখুকউদা য়েৎলগা ফুঙ্গা ময়াদা তুমিন ফমদুনা লৈরম্মি। ফুঙ্গাগী নাকন অমদনা ইবেচাউবী কৈজেং হৌরবী কৈ অমোমগুম ফী-ফী কাম্বমখৈ পেরে-পেনা খোংলম্মী। চাউচৌনা অহন অমা ওইনা চৈবোই-থেম্বোই ঙাঙবদগী ইবেচাউবীসু মচানীপাদুসু তুমিন তুমিন লৈখি। ঙহাক ইমুং অদু পূমচিক চিক্লুরবা মতুংদা চাউচৌ ফাওবা কৌদনা তুমিন উংদুনা লৈরুরবা মণিজাউনা মহাক্কী নুপী ইবেচাউবীদা য়াম্না তপ্না হায়রকখি—

"ইবেচাউবী ! নঙ শাউরনু। থোকখ্রবা থৌদোকসে ঐঙোন্দা মঙগা চপ মান্নরে। করিনুংগী তৌরুবনো, ঐবু হায়ফম খঙদ্রে। ঐসে দশা য়াম্না ফত্রমানে।"

ইবেচাউবীনা তাপ ওক্লুনা খুম্লক্লম্মি—

"ঐনা নহান্না হায়জদ্রাও? দশা পাঙদে, জতন তৌবিয়ু, হৈনা-শিংনা চৎপিয়ু হায়না। শনিগী দশাননি। পানজিনা শনিগী প্রতাপতি লোইরমদাইদা পী হায়। থা মঙারোমদা ঙায়রবনি চোংথোকখিগদবা ।"

"অদুবুদি নঙগী দশাসু ফত্তে। ফত্তবগী মহৈদু ঐঙোন্দা লোইনা হৈজিল্লবা ওইরমানে।" মণিজাউনা খুল্লম্মি ।

মমাগা মপাগগী ৱারী-ৱাতাইদু তাবদা মচানীপা অহন 'হুম' হায়রম্লগা শউম অমগা লোয়ননা মপান্দা থোকখি। চাউচৌ তঙক-তঙক য়েংদুনা লৈহৌই।

ঙসিদি ইবেচাউবীগী ৱাঙাঙ-শাঙাঙ হান্নগীগা মান্নদে ; য়াম্না তেথরম্মি । অহানবদা মপামদা চৎখ্রগনি, নচা ময়ামসি যোকচহৌরোকো হায়দুনা পেবে-পেনা খোংলম্বদু মকুম-মথা নত্তনা হৌরক্লম্বা নোংহৌনা খরা লাউ-খোংলম্লগা থাজদনা স্বাই মাঙখিবগুম মাঙখির্রম্মি । থোক্লিবা পূম্নমক দশাননি খন্দোক্তুনা মপুরোইবগী মফমদা মীনুংশি মচা অমতং উৎলম্মি ।

চাউচৌ তৌনরিবা মওংদু উর-তারবা মতুংদা চৎলগে ফাওবা হায়রমদনা তুমিন মখোয়গী ইমুংদগী থোরক্লম্মি । অমম্বদুদা চৎনা-চৎনা নোকমি-নোকমি খল্লকখি —

"পূম্নমক দশাননি, শনিগী দশা ! কুইবরোই, চোংথোকখ্রগনি ।"

ইম্ফাল

৮/১০/৭৯

# চিফ গেষ্ট

ঙরাং পাঙথোকখিবা থৌরম অদু নীংথিনা পাঙথোকপা ঙম্মবা হৌনবী মতুং ইন্না থা অমগী মমাঙদা শীল্লুপকী একজেক্যুটিভ কমিতিগী মিতিং ফমখি। মিতিং অদুদা ৱাফম কযামুক খন্নখি। অহানবমক্তদা থৌরমদুগী থৌরম-পরেং করি করম ওইহনবা হায়বদু খন্নখি। মথংদা চাউরাক্লা চঙগদবা শেনফমগী মরমদা খন্নখি। অদুদগী মথং মথং ওইনা সব-কমিতি অনী অহুম শেমখি। অসুম্না মথং মথং খন্নদুনা ৱারেপ লৌখিবশিংগী মরক্তা য়াম্না মরুওইবা ৱারেপ অমদি চিফ গেষ্টকী মবমদনি। থৌরম অমা পাঙথোকপা তারবদি প্রসিদেন্ট অমসুং চিফ গেষ্ট কনা কনানা ওইহনবা হায়বসি খন্নদবা য়াদবা মতাংনি। ঐখোযগী একজেক্যুটিব কমিতিগী মিতিংদসু চিফ গেষ্টকী মরমদা কুপ্না খন্নখি। ইহান হান্না জেনেরেল সেক্রেটরীনা চিফ গেষ্ট অসি কনাবু ওইহনসিগে হায়বা ৱাফম মযামগী মাঙদা পুখৎলকখি । মেম্বর অমনা খুদক্তা কনাগুম্বা মিনিষ্টর অমবু ওইহনসি হাযবা ৱাফম পুখৎলকখি। ৱাফম অদুবু শৌগৎলদুনা অতোপ্পা মেম্বর অমনা পাঙথোক্কদৌরিবা থৌরম অসি নাৎকা মরী লৈনবনিনা কলচব অমসুং ইদুকেশন অনী পূন্না পায়রিবা ইদুকেশন মিনিষ্টরবু ওইহন্নসি হায়রকখি। মেম্বব অনীগী মোৎ তারবা মতুংদা ঐসু ঐগী ওইবা মোৎ ফোঙদোকখি। ঐনা হাযখি----"থৌরম অসি জাতি অাসগী নাৎকী ওইবা, য়াম্না চীং-লেম্বা থৌরম

অমা ওইগদৌরিবনি। মসিদা মশাগী ওইজবনা মাঙওইনরগা দেশ-সেবাগী মিংদা মথৌ চিনজবা রাজনীতিৱালাশিংবু করিগী চিফ গেষ্ট ওইহনগদৌরিবনো? মখোয় অমা লাকপদা শা-লান্দু মঙায়, নোংমৈ পায়বা সিফায় কয়া থৌগন লোয়নরক্কনি । মতম চানসু লাকপিরোই । মন্ত্রী ঙাইনবদা থৌরম মতম চানা হৌবা ঙম্লোই । ঐখোয়গী য়াম্না ঈংনা, লেম্না পাঙথোক্কদবা থৌরম অসিবু তাৎকী মায়খুম উপ্পা মন্ত্রীবু কৌদুনা সিফায়ও-করিও শা-লানগী মওং মালহনবসি ঐদি পামজদে । মসিগী মহুত্তা নাৎকী মরমদা খঙহৈরবা, লৈবাক্তা শকখঙ-মায়খঙলবা মীশক, কনাগুম্বা পণ্ডিত-মায়চৌ অমবু চিফ গেষ্ট ওইহনবনা হেন্না ফৈ। মদুনা ঐখোয়না পাঙথোক্কদৌরিবা থৌরম অসিগী মগুণ হেনগৎকনি।”

ঐগী মোৎ অসি মেম্বর অমনা য়াম্না চুম্বা ৱাফম্নি হায়না শৌগৎখি, অদুবু মরম অমা পীরগা য়াম্না ফজনা অমুক ককথৎখি। মহাক্না হায়খি — “মরুপ্না হায়বিরিবসি য়াম্না চুম্মি; য়াম্না চীং-লেম্না, ঈংনা-চীক্না পাঙথোক্কদবা থৌরমদা সিফায় ময়াম্না থৌগন তৌবা, মপুকচেন শেংদবা, তাৎকী মায়খুম উপ্পা মীওইশিংবু য়াওহন্দবা হায়বসি য়াম্না ফজবা ৱাফমনি। অদুবু ঐখোয়গী শীল্লুপ অসিগী ফণ্ড মরাং কায়না লৈতবনিনা কনাগুম্বা মন্ত্রী-ফাত্রী অমবু চিফ গেষ্ট ওইহল্লগা মহাক্কী দিস্কশনরী ফণ্ডদগী শেন খরা দান তৌহন্নবা হোৎনবা ফৈ। অদুনা মতুংগী থৌরমদদি তৌদ্রবসু হন্দক্কী অসিগীদি কনাগুম্বা মন্ত্রী অমবু চিফ গেষ্ট ওইহনবা হায়বসি ঐগী মোৎনি ।”

অতোপ্পা মেম্বর অমনা মহাক্কী ৱাফম অসি শৌগত্তুনা হায়খি — “হায়রিবসি য়াম্না চুম্মি। থবক তৌবা তারবদি শেন চঙঙি। ঐখোয়গী শীল্লুপ অসিগী শেন মরাং কায়না লৈজদে। অদুনা শেন খরা দান তৌহল্লম্বা মিনিষ্টর অমবু চিফ গেষ্ট ওইহন্দবা য়াদে। ঐগী মোত্তদি হন্দক্কী থৌরম অসিগী চিফ গেষ্ট অসি ওনরেবল চিফ মিনিষ্টরবু ওইহনবা পামজৈ।”

অহানবদা ইদুকেশন মিনিষ্টরবু চিফ গেষ্ট ওইহনসি হায়খিবা মেম্বর (মশামক ইদুকেশন মিনিষ্টরগী কন্সটিট্যুয়েন্সীগী মীনি ) অদুনা হায়রকখি— “থৌরম অসি কলচরগা মরী লৈনবনিনা কলচরগী থবক পুরিবা ইদুকেশন মিনিষ্টরবু ওইহনবনা ফজগনি ।”

চিফ মিনিষ্টরবু সজেশন তৌখিবা মেম্বরদুনা হায়রকখি— "চিফ মিনিষ্টর হায়বসিদি চিফনি; মিনিষ্টর পূম্নমক্কী মকোক্নি। মখোয়গী থৌরম অদু কনানা চিফ গেষ্ট ওইখি? চিফ মিনিষ্টরনা ওইখি। তাবদা ফজে, লেমজনীংঙাইনি। অদুগী মথক্তা চিফ মিনিষ্টরনিনা দানগী শেনফমসু খরা চাউগনি। থৌরম অসিগী প্রসিদেন্ট তাইবুংঙো (শীল্লুপকী একজেক্যুটিব কমিতিগী প্রসিদেন্ট)না ওইবিগদৌরিবনিনা তাইবুংঙো য়াওনা চৎলগা হায়বিরুবদা ওনরেবল চিফ মিনিষ্টরনসু য়াবিরক্তবা তৌরোই।"

ৱাতা অমং কোৎশিল্লুবদা শীল্লুপকী প্রসিদেন্ট তাইবুংঙোনা মাগী তৌবা ঙম্বা উৎলদুনা হায়রকখি— "নহারোন নখোয়না অপাম্বতা খল্লু। করম্বা মিনিষ্টরবু ওইহনসিগে, ঐ হায়নগে। নখোয়নবু লেপ্পরবদি চিফ মিনিষ্টরবুদি ঐগী দায় ওইগে। দানসু লুপা লিশীং অমদগী তাহল্লোই। চৎপদি জেনেরেল সেক্রেটরীনে নখোয় কনা-কনানো অহুম-মরি চৎলুসি।"

তাইবুংঙোগী ৱা তাবদা মেম্বর পূম্নমক "য়ারে-য়ারে, মতুংগীনা মতুংগীনি; হন্দক্কীদি চিফ গেষ্টসি চিফ মিনিষ্টরবু ওইহল্লসি" হায়নদুনা য়ানখি। ইতোমতমক ঙায়হৌই খুমহৌদবা। দেমোক্রেসী চৎপা লৈবাকনি, দেমোক্রেসীগী য়ুগনি। ভোইস ভোটতা চিফ মিনিষ্টরবু চেফ গেষ্ট ওইবিনবা হায়জবা হায়না ৱারেপ লৌখি।

● ● ●

থৌরম অদু ঙরাং য়াম্না চীং লেম্না অমদি মায় পাক্লা পাঙথোকখি। চিফ মিনিষ্টরবু ঙাইনবদা পূং অমা থেঙথনা হৌখি। ওনরেবল চিফ মিনিষ্টর য়ুনিফোর্ম শেৎপা অমদি শেত্তবা থৌগন লাংগন কয়া লোয়নরকখি। পব্লিসিটিগী ফোটোগ্রাফর অমসুং রেদিওগী পাউমী লাকখি। (শীল্লুপ অসিনা শীনবা মমাঙগী থৌরম কয়াদদি মিনিষ্টর অমতা য়াওখিদবনিনা অমুক্তা লাকখিদে) মীসু ওখাক তিনখি। থৌরমগী অহৌবমক্তদা লাকখিবা মীয়াম্বু ওকপগা লোয়ননা শীল্লুপকী জেনেরেল সেক্রেটরীনা মহাক্কী রিপোর্ট পাথোকপদা শীল্লুপকী লৈত-লায়র উৎথোকখি; অদুগা পাঙথোক্লীংবা থবক কয়াসু ফোঙদোকখি। লোয়ননা সরকারগী অমদি ইকাইখুম্নফম ওইরবা চিফ মিনিষ্টরকী মিৎয়েং চিংশিনজরি হায়না মরৈ অমা লৈশিনখি। ইকাইখুম্নফম ওইরবা চিফ মিনিষ্টরসু মহাক্কী চিফ গেষ্টকী স্পীচ ফজনা পীখি। ওনরেবল চিফ মিনিষ্টরগী স্পীচতগী লৌথোকপা মতেক খরা —

"..................... ঙসিগী চীং লেল্লবা অমদি য়াম্না মরু ওইরবা থৌরম অসিদা কলচরগী মরমদা করিসু খঙজদ্রবা রাজনীতিৱালা ঐবু চিফ গেষ্ট ওইহনবিবা অসি ময়াম্না ঐবু নুংশিবিবদগীনি। .... ঐনা চেৎনা থাজজৈ, মদুদি ঐখোয়গী নহারোনশিংনা ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা লমদম অসিগী, জাতি অসিগী নাৎপু কনবদা অমদি য়োকখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌগানি হায়না । মসি ঐখোয় খুদিংমক্তা তৌদবা য়াদ্রবা অমনি। (নেতাশিংগী লোন্দাদা) ..... ঙসি শীল্লুপ অসিনা শীল্লিবা অসিমক য়াম্না থাগৎনীংঙাইনি । শীল্লুপ অসিগী মেম্বর খুদিংমকপু ঐনা পুকনীং-হকচাং য়াওনা থাগৎচরি।..... ঐ ইশামক্তি রাজনীতিগী মীনি । রাজনীতিৱালাশিং অসিদি, ময়াম্না হেন্না খঙবিরিবদুনি, মথৌ য়াম্না চিল্লি। লৈবাক্কী থৌগায় কয়া সরকার অসিনা পাঙথোক্লবা হোৎনরিবনি। ...... ঐ ইশামক কলচরগী মরমদা করিসু খঙদ্রবসু কলচরবুদি নুংশিজবা মীশক অমনি। অদুবু থম্মোইদা নুংশিজবদা মঙায় । কলচরগীদমক চেন চোংদুনা থবক তৌজবদি ঙমজদে। হীরম অসিদা ময়াম্না তৌবিবক্লিবসি ঐ য়াম্না নুংঙাইজে । থোইদোক্লা অসিগুম্বা থৌরম অসিদা ঐবু য়াওবা ফংহনবিবা অসিদা য়াম্না হেন্না নুংঙাইজে । .... ঐনা মীয়ামদা আপল তৌজরি , লৈবাক্কী যাইফনবদা, জাতি অসিগী চাওখৎনবা থবক্তা ময়াম্না লিংজেল মান্নরা চপ মান্নবা থৌদাং লৌমিন্নগনি হায়না।...... ঐ ইশামক্তা, ঐগী সরকারনা অসিগুম্বা হীরম অসিদা হেক ঙম্লিবমখৈ পুক্নীং থিংজিনজগনি । ঙম্লিবমখৈ জাতি অসিগী, লমদম অসিগী নাৎ চাওখৎনবা হোৎনবদা সরকার অসিনা শেন য়াম্না থাদদুনা থবক য়াম্না তৌনবা হোৎনগনি । অসিগুম্বা থবক-থৌরম কয়া পাঙথোক্লিবা শীল্লুপ কয়াবু সরকারগী মায়কৈদগী মতিক চানা শেনগী মতেং পীগনি। (তারিবা মীয়াম্না নুংঙাইরদুনা খূবাক খূই ) অরোইবদা ঐনা ঙসিগী থৌরম অসিবু শীনবিরিবা শীল্লুপ অসিবু অমুকসু হন্না থাগৎচরি । পঙয়ামদি য়ামজদ্রে, ৱারৌবিবা য়াদে; ঐগী দিস্কশনবী ফণ্ডদগী লুপা লিশীং অমগা শুপ্পা অমদং শীল্লুপ অসিদা দান তৌজরি । (মীয়াম্না অমদি শীল্লুপকী মেম্বর খুদিংমক্তা খূবাক প্রোক প্রোক খূই । ঐসু খূগেদি থল্লুদনা মীয়ামগী মতুং ইন্দুনা খূবাক অমুক-অনীরক খূকই )"

সভাপতিগী তাঙবন্দা ঙাম্বোইরিবা তাইবুংঙোনা ঐঙোল্লোমদা ওনশিল্লগা হাইফেৎ মোমোন নোক্লকখি।

*ইম্ফাল*

*৫/৪/৮০*

# ইমা অতোনবী

"ই···মা ! ঙসি ঐ নঙোন্দা ৱা অমত্তা হংগে ।"

ঐগী ৱা অসি তাবদা মহাক খরা ঙক্লপ তৌরম্মি। ৱোঙ ৱোঙ শৌরবা চাক চফু অদু মঙক্তা চেগপ্পা চপ্তুনা থাংথরগা মমায় অদু ওন্থোরক্তুনা ঐঙোন্দা য়েংখৎলক্লম্মি। ঙকফম থোকই, ঐনা মঙোন্দা 'ইমা' হায়না কৌবা নুমিত্তুনা অহানবনি। ঐসু মহাকসু ঙহাক তুমিন-তুমিন লৈনরবা মতুংদা মহাক্না চাক চফুদু য়াইশিন-য়াইশিন্না হংলকখি — "কবি ৱানো ?"

ফুঙ্গা মনাক্তা লৈবা মোবাদু লৌশিল্লগা ঐ ফন্নম্মি। হংগে খন্না চঙলকপা ৱাফমদুদি পাক হৌদোকপা ঙল্লমদে। মহাক্না য়েন্সাং থাউ ভৌগদবগী খৌবাঙ তৌরিবদু তুমিন মুন্না য়েংদুনা লৈবম্মি। য়েন্সাং থাউ ভৌবা লোইদুনা মহী হাপ্লবা মতুংদা ঐঙোল্লোমদা অমুক য়েংথোরক্লম্মি। ঐনা হংলক্কনৈরিবদু করিনো খনবদা মহাক মিপাইবোই-করিবোই নিংথমথাদা হুমাং হাইফেৎ কাংগুম তৌরম্মি। ঐগীসু হংগে খনবা ৱাফম খৌনাউদা পন্দুনা লৈখি। ঙহাক লৈরগা খাবৈনা য়েন্সাং ওৎল-ওৎলদুনা মহাক্না শোঙ্গাংননা হংলকখি— "ইবুংঙো, করিনো হংগে হায়বদুবু ?"

চহী মঙা ফানীংচিৎ লৈমিন্নবকপদা মহাক্না ঐঙোনদা 'ইবুংঙো' হায়না মিঙ্গৈবা নুমিত্তুনা অনীরকশুবনি। অহানবনা চহী অমা মখাযরোমগী মমাঙদা, পাবুংনা লৈখিদবা থা অহুমলোম ফারকপগী মতমদুন্নাইর্দনি। নুমিত্তু নোংমাইজিংনি।

নোং ঙানবদগী য়ুমদা লায়য়েংবা লাকপা পেসেন্ত কয়া য়েংবদা চোকথরদুনা চুরুপ মচৈ অমা চন্নগা ইজি চেয়ার অমদা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্লগা পোত্থারিঙৈনি। মনুংগী কারোমদগী ঐগী কাদা চঙলক্লগা মহাক্না ঐঙোন্দা হায়রে — "ইবুংঙো, মী খরা লৎলিঙৈসিদা চাক-ঈশিং চাথোক্লবা তৌবনা ফরোইদ্রা?"

মহাক্না থাজদনা কৌরকপদু তাবদা ঐ খংবদৌনা খরা ঙক্লপ তৌনা ইজি চেয়ারদা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্লম্লদগী ফুক হৌগৎলম্মি। ঐ খুমখিদে, খুমগনি হায়বসু খল্লুদে। মিৎ পাঙনা-পাঙনা মঙ মচা অমা মঙবগুমখি। 'ইবুংঙো!' মহাক্কী মচীন্দগী ঐগী নাকোঙসিনা তাবা অহানবনি। পাবুং লৈরিঙৈদা অমুক্তা অসুম্না কৌরকখিদবনি। করম্বা মথৌনানা ৱাহৈ অসিমক্না নুমিৎ অদুদা ঐঙোন্দা মহাক্না মিঙ্গৌরকখিবা? ৱাহৈ অসিদি লায়রদুনা ঐগী মিং ফাওবা অমুক্তা পন্দবনি। ঐ লৈবা মফমদা য়ারিবমখৈ চঙদনবা হোৎনবনি ; ঐঙোন্দগী থাপতোক্লবদা হোৎনবনি। ঐবু য়াম্না হঙ্গোইবা উৎপনি। তঙাই ফদনা ৱা-লাং ঙাঙনদবা য়াদবা মতাংদসু শম্লপ্পা ৱাহৈ খরতমক, মদুসু বাবহারগা লোয়ননা, নমহায় ওইনা। য়ারিবমখৈদি ঐঙোন্দগী থাপতোকনীংবা মতৌ! ঐসু মঙোন্দা ৱা কয়া ঙাঙখিদে, ঙাঙনীংখিদে। মদুমক্লসু মহাক্না ঐবু অমুক্তা হেন্না হঙ্গোইখিবা জাৎনি। মতম পূম্নমক্তা মহাকসু ঐসু কমপ্লেক্স অমমম অদুম মরৈনখি। কমপ্লেক্স অদুমক্না ঐখোয় অনীবু অসুম লাপথোক্লনবা পাম্বৈসু ওইখি। পাবুংনদি ঐখোয় অনীগী মরক্তা মমা মচা ওইবগী মরী অদু লৈননবা য়াম্না কন্না হোৎনখিবনি। অদুবু ঐগী মনুং কনবা ফত্তবা চক্রি পাবুংনা মুন্না খঙদি। ঐগী হোই -মাই হায়দবা, তুমিন উংদুনা লৈবা মতৌসিদা মহাক মখা তারকখিদে। মথৱায়সু য়াম্না নুংঙাইখিদে। মদুমক্না লাইমন ওইদুনা মহাক্কী পুন্সি তেনখিবরা খল্লি।

নুমিত্তুগী থাজদবা ৱাহৈগী মিঙ্গৌ অমা —'ইবুংঙো'! মিৎকুপ খবদং উংলুই মঙ মঙবগুম। জ্ঞান তাদবদৌনা লৈখি। পঙকান কান্নবদি নত্তে, জ্ঞান তারক্লুনা হন্না য়েংথোক্লবদদি মহাক ঐগী কাদা লৈরমদ্রে।



কলিকতাদা প্রি-মেদিকেল তম্বা চহী অদুদি ঐসু মৈতৈ মচা অমা ওইবগী হৌনবা হোম-সিক্কী লায়না চেন্দুনা পূজাগী ছুটি থাবা ঙাইঙমদনা য়ুমদা পাইথোরকখি। চহীগী পরীক্ষা লোইবগসু অদু মঙায়, ঙাইঙমদনা চেম্থোরকখি।

মথংগী চহীদুসু পূজাগী ছুটি ঙাইঙমদনা ঙাইখি। অদুবু ঐখোয়’ কাকামচানা থারকখিবা চিঠি অমখক্তী ব্বারোন খরদগী ঐঙোন্দা চেল্লম্বা হোম-সিক্কী লায়না অদু খঙহৌদনা মাঙখ্রগা ওহ্লোকপা মওং অমগী কমপ্লেক্স মরু হুনখি। কাকামচাগী চিঠি অদু মথং মথং পাথরকপদা মরক্তা য়াওরম্মি,

“... য়াম্নুং হন্দক নুপী অমা পুশিল্লক্লে। য়াম্না নহানি, নৈশাবীনি। মবুক মপাউ ফগদবা মাল্লি; ফসু ফগনিদা।.........”

অদুদগী অমুক মখাদা অহন অমা ওইবগী হৌনবা হায়ফম থোকপা ব্বাহৈশিং, পীফম থোকপা পাউতাক,

“নশা নাদ-য়েক্তনবা হোৎনৌ। লাইরিক নীংথিনা ঔরাইয়ু। কোয়-লংদুনা লৈথোক্কনু, শেন-নুং হৈনা শীজিন্নৌ। নঙগী য়াইফনবা ঐখোয় পূম্নমক্না ঈশ্বরগী মফমদা প্রার্থনা তৌরি।.....”

অসিনচিংবা কয়া।

ঐখোয় পাবুংদগীদি ব্বাফম অসিগা মরী লৈনবা চিঠি অমতা লাকখিদে। কাকামচাগী চিঠি অদুনা ঐগী পুন্সিগী মশক থীনা হোংহনখি। য়ূম থোক্লীংবগী ঙাইঙমদবা মফম খঙদনা মাঙখি। পূজাগী ছুটিদি লায়রদনা চহী-পরীক্ষা লোইরবা ফাওবদা য়ূমদা হল্লক্লীংখিদে। ওল্লাংথাগী হায়ফম খঙদনা শারবা নুংশা মীরমদা অদুম খাঙখি। মথং মথং অদুম তমথদুনা হাউস সর্জন লোইবা ফাওবা ঐ য়ূমদা শুকথোক থোরকখিদে। য়ূমদগীদি চিঠি য়াম্না লাকখি--- পাবুংদগী, কাকামচাদগী, পাবুং য়াইমদগী, মমাঙদা অমুক্তসু ইরকখিদবা ইন্দোনবেম্মা অনীমক্তগী। শাউবগী মওং, থেন্নবগী মওং--- মখন কয়াগী খুৎইনি। অদুবু ঐনা হঙ্গৎ-হন্দাগী জর্নি য়াম্না ব্বায়, হকচাং শোকই খরা হায়; দিভিজন ব্বাংনবা লাইরিক পাদুনা লৈরগে খরা হায়জিন --- মরম অমা নত্ত্রগা অমা হায়জিন্দুনা য়ূমদা শুকথোক থোরকখিদে। তশেংবমক্তি মখোয় পূম্নমক ঐনা য়ূমদা শুকথোক থোরক্তবগী অশেংবা মরম খঙবা জাৎনি।

ব্বারী-লাইরিক কয়াদা থেংনদুনা লাক্লবনি নুপী অতোনবী, পোক্তবী মমাগী কেরেক্তর কয়া। অঙাং ওইরিঙৈদা অবোকশি অমদি ইধৌনা লীবিরকপা ফুঙ্গা ব্বারী কয়াদা মমা পোক্তবীনা পোক্তবা মচাবু থীনা থীনা তৌবিবগী মতাং য়াম্না তোয়না তারকখি। মতমসিগী ওইবা সিনেমা-দ্রামানচিংবদসু অতোনবী নুপী, পোক্তবী মমাগী ফত্তবা চরিত্র কয়া ময়েক লানা উৎপা মরক মরক্তা থেংনখি। পূম্নমকসিগী মমি ঐগী

কোক্তা নৈ-ফাংগুম্না চুদুনা লৈখ্রবা করিনো, পাবুংনা নুপী অমা পুশিল্লক্লে হায়বা কাকামচাগী চিঠিগী মরোন অদু হেক ফংবদগী ঐঙোন্দা হায়ফম খঙদনা নুংনাংবা, লাঙতক্লবা মওং অমা ফাওখি। ইমাদি ঐনা পিক্লিঙৈদা লৈখিদ্রবনি। অদুবু ইমাগী মতুংদা পাবুংনা থিরকপা নুপীনিনা মহাক অতোনবী হায়বদু ওইখি। ঐবুসু মহাক্লা পোকপা নত্তবনিনা ঐগীনা পোক্কবী ইমা হায়বদু ওইখি। ঐখোয় ইমুংদা ইমানা লৌরম্বা থৌদাং, ফংলম্বা অধিকার অদু মশক-মশা খঙদবী নুপী অমনা লাক্লগা পুম্নমক মহাক্কী ওইবা তাখ্রবা ! ৱাফম অসি খনবদা ঐ খাঙবা ঙম্লমদে। কাকামচানদি ইরকখি— 'মবুক মপাউ ফগদবা মাল্লি ; ফসু ফগনিদা। ......'ফবা-ফত্তবগী ৱাফমদুদা ঐ খল্থবা ঙম্লমদে । ঐনা মতম পুম্নমক্তা খনখিবদি —"মহাক্লা ঐবু পোকপী ইমাগী মহুৎ শিনখ্রবনি । পাবুংগী নুপী অতোনবীনি, ঐগীনা পোক্কবী ইমা ! ইমা অতোনবী!"

হায়ফম তৌফম খঙদবা ৱাখল্লা ঐগী কোক অসি অঙকপা ফংনা ওৎ-নৈখি। "পাবুংনা নুপী অতোনবী অমা পুশিল্লক্লবা, ঐবু পোক্কবী ইমাগা লৈমিন্নবা তারবা, অপোকপী ইমাসু নত্তনা মঙোন্দা ইমা কৌবা তাববা ! ঐ শুকঙম ঙম্লোই, মহাক্কী মশক ফাওবা য়েংনীংদে । য়েংসু য়েংলোই, ইমাসু কৌরোই ।" ঐনা মতমদুদা খনখিবনি । ঐগী ৱাখন য়াম্মা শাহীখি । অদুনা ঐ য়ুমদা শুকথোক থোক্লকাখ[illegible] । হাউস সর্জন [illegible] [illegible]লাইদুনা য়ুমদা থোকপা তাবক্লবা অদু ফাওবদা য়ুমদা থোক্লনি হায়ব[illegible] নু[illegible]ইবা মচেৎ অমতা ঐঙোন্দা ফাওখিদে। থোবক্লবা ফাওবদসু য়ুমগী মখাদা ঙহাক্তা লৈনীংখিদে। এপোইন্টমেন্ট ফংদুনা পোষ্টিংগী মতাংদা মী অতৈনা পাম্নদবদু ঐদি ইশানা আউট পোষ্টতা থাপ্পা চাংদা লৈজগে হায়না বানোমখি। ঐগী পোষ্টিং তমেংলোংদা তাহনখি, য়ুমদা তোয়না পাক্তনবা। মতমদু ফাওবা ঐ মহাক্কী মশক খঙখিদে; খঙনীংখিদে।

পাবুংনা য়াম্না কন্না নাশিল্লক্লবদা কাকামচানা মশামক তমেংলোংদা লাক্তুনা কন্না হায়ববা অমদি চৈবদগী তঙাইফদনা ঐ ইম্ফালদা ট্রান্সফর তৌহল্লকখিবনি। পাবুংনা য়াম্না আশা তৌনা অমাদ শেন চঙনা ঐবু ডাক্তর ওমহল্লকখিবনি; অদুবু ঐনা পাবুংবুদি কনবা ঙমখিদে । অরোইবা মিৎকুপ নকশিল্লক্লবদা পাবুংনা ঐবু মনাক্তা কৌশিল্লগা মাগী খুয়াদা ফমদুনা সেবা তৌরিবী পোক্কবী ইমাগী মরমদা হায়রকখি—

"নীপামচা, নঙ ব্রাখন শেরান্নবা লৌগনু। মরাইবক থীববী নমানি। মাগীনি হায়বা নঙ নত্তনা কনা লৈত্রবনি। মাবু নঙোন্দা শিন্নরম্লবনি।"

পাবুংগী ব্রাফম অদু মতমদুদা ঐগী নাদা হাপ্তবগুম তৌখি। খূযাদা ফমদুনা ফমশেন্নরিবী মহাক্তি হিক-হিক কপখি।

তশেংবর্মক্তি মহাক ঐগী ব্রাখনগী ওন্ন-তৈনরম্মি। মহাক্না ঐবু য়াম্না হঙ্গোইনা তৌই। ঐবু কিনা, লুনা লোয়নৈ। ঐঙোন্দা ব্রা পাক হায়বা ঙমজদে। মহাক্কী মপুকচেন ঐ খঙবা কুইদ্রি। অদুবু চেৎনা মচু শঙখ্রবা ঐগী কমপ্লেক্স পাক কোকহনবা ঙমখিদে।

মহাক চহীসু পঙয়াম য়ামদ্রি। ঐগী লেঙ্গা ওইগনি। পাবুংগা মাগা ওন্থোক্লা লাম্বা চানদে। অদুবু পাবুংনা লৈখিদবদগী পাবুংগী চহী অদু মাগী চহীদা তিনশিনখ্রবগুম তৌখি। মহাক্না ঐগী ইফমদা মমা অমা ওইবগী চপ চাবা থৌদাং লৌখৎলকখি। ঐগীদমক ইন্দোনবেম্মা অনীগা লোয়ননা নুপী ডাক্তর কনা-কনাগুম্বীকা য়েংবা চৎলি হায়বা পাউসু তাবম্মি। ঐঙোনদা হকচাংনা বা হায়বা ঙমদ্রবসু ইম্মুং মনুংগী ওইবা মরু ওইবা ব্রাফম কয়া ইন্দোনবেম্মা অতোনবী নত্তুগা কাকামচাদা হায়দুনা ঐ লৌহল্লকখি। মঙোন্দসু মতমদুফাও কোকপা ঙমদ্রবা কমপ্লেক্স সমাদি অদুম মরৈখি।

পাবুংনা লৈখিদ্রবা মতুংদা ঐনা মাগী মবমদা ব্রাখন খজিক্তং খঙ্বকপদা ঐগী মাঙদা ব্রাহং কয়া পবেং লেংলকখি--

"মহাক্কী খঙন-চান্নজবা মশুং-মমান্নবকো লৈরক্তব্রা?"

"মশুং-মমান্নবসু নঙনা মহাক্না পাবুংনা কবম্মা লৈবকপা? কবিগী লৈবকপা?"

"মথেন্না কারকপগী নুংঙাইবা পুম্নমক থাদোক্লুনা ঐগীদমক মমা অমগী লৌফম থোকপা থৌদাং চপ চানা লৌবক্লিবদসিনা কবিগী?"

"মসিদা মহাক্কী করি তোংজবা?"

মথং মথং ব্রাহং কয়ানি। ঐগী ব্রাহং খুদিংমক্কী মখেক চম্বা পাউখুম মঙোন্দা শোয়দনা লৈরমগনি হায়বসি ঐনা চেৎনা থাজখি।

"ইবুংঙো, চাকসু লোইরক্লে। নঙনা হংনীংঙিববু করিনো?"

"করিসু নত্তেদা ইমা। হংদবসু য়াবা জাৎনি।"

ঐনা অহানবা ওইনা 'ইমা' হায়না কৌনবা হোৎনবদা খরা লুনা থোকখি। অদুবু অকোনবগীসিদি য়াম্না লায়না হায়দোকখি, পুক্লীংদা করিসু চিংনদনা। মহাকসু নুমিত্তু ঐঙোনদা 'ইবুংঙো' অমদি 'নঙ' হায়বা ৱাহৈ অনীসি য়াম্না কোম্না হায়দোকপগুম তৌখি, করিসু চিংনবা তৌদনা।

মহাক্কী মরমদা ঐনা করি খল্লুবননো নত্রগা মহাক্কী য়াম্না চম্বা মতৌদু নুমিত্তুদা নীংথিনা খঙলু-উরুবনরা— হৌজিক ফাওবা ঐ খঙজবা ঙমদ্রি। নুমিত্তুদা ঐনা মঙোন্দা হংগে খনখিবা ৱাহং হংবা ঙমখিদে; হংগেসু খনখিদ্রে। হংবগী অর্থসু লৈখিদে।

*ইম্ফাল*

*১২/৬/৮৬*

## লমন

ইবেচাউবী মতম অসুক্ত কুইবসি মপুক্লীং ফাথদুনা খাঙলকপনি। খল্লম্মি, মচানীপঃ অমা লৈরবনিনা মহাকসু শোয়দনা খম্বরক্কনি; হান্নগীগুম্মক নত্রবসু লৈনবিবা ফিভর্মসি খরদি শাফরক্কনি। খাঙবা য়াবমখৈ খাঙলে, অদুবু নোংম-নোংমগী নীংবা কাযথরকই। মমৈথঙদা নীংবা কায়বগী মরক্তা অশাউবনা মথি ফোংলকই। নীংবা কায়বা অমদি শাউনীংবগী ঈথক-ইপোম্লক্তা উরকই মশেল-মরাং—

ওইনদুনা লৈরিবা ইবেচাউবাবু বোরাজাউনা থেমজিল্লি ,"শাউগনুনে ইবেচাউবী, য়ৃমগী নুপীনা অদুম্না তৌরগা নীপাগী থবক-ইনখাং করম্না মঙ্গল ওইগদৌরিবনো?"

"ঐনা হায়রিবসে শাউবনি হায়না লৌবিগনু। ইমুংসিগী শোকচিল্লক্লিবা ফিভম অসিগীদমক হায়জবনি। ঐসু য়ারিবমখৈদি হোৎনবনি, অদুবু ......।

" ঐ খঙঙি, ইমুং অসিগী ইজ্জৎ নঙনা ঙাক্লি। নঙবু ঐগী নুপী ওইনা ফংজবা ঐগী লাইবক ফর্বনি। ইমাগা পাবগনসু নঙবু য়াম্না য়াই। মমৌনি খন্দে, মচামক্লি খল্লি ।..."

"ইমুং অসিদগী ফংফম থোকপা নুংশিবা ... ইজ্জৎ ঐ ... চপ চানা ফংজরি। ঐনা হায়জনীংলিবদি ইমুং অসিগী তুংগী ....

" নঙনা ৱারিবা, খল্লিবদু চুম্মি। ঐখোয় কুইনা ৱাররোই। ঐনা মতম কুইনা পার্তিগীদমক মতম মাঙলকপা, ৱাজরকপগী মহৈ ফংলগনি। লাক্কদৌরিবা মীখন অসিগীদমক ঐ পার্তিগী তিকেৎ ফংলগনি। মায় পাক্লবা হোৎনদবা য়াদে। ভোৎপু কাববদি মংলিবা নোং অসে মরাইনা হাইদোকচখ্রগনি।"

হৌজিকালগী মীখনসে ঐদি ওন্থোক্না নুংশা থীখ্রে।"

"করিসু নুংশা থীকনু। ঐগী মী য়াম্না লৈ। কাবু কারবদি মন্ত্রীদি ওইদবা য়াদবনি। মতম অদু ফাওবদং খাঙখো। মতমদুদা ঐনা নঙবু নুংঙাইহনগনি। ঐগী মঙ মঙফাওনগদবা কুইদ্রবনি।

বোরাজাউগী মঙ মঙফাওর্নখি। পার্তিগী তিকেত্তা মীখন থেংনখি। শেঞ্জাউ পায়র্বাশিংনা শেনগী তেংবাং হৈথরকখি। মায় পাকখি। মন্ত্রী ফম ফংখি। মুখ্য মন্ত্রীগা খরা লোন্দিন্নরুবনা মরুওইবা পোর্ফোলিও ফংখি।

মন্ত্রী ওইবা চহী ফাবাক্তনা থা অনীদং কাংনা বোরাজাউগী মমাসু মপাসু লৈখিদ্রে। শ্রাদ্ধ-কর্ম্ম ফনা নীংথিনা চাউনা পাঙথোকখি। মপাগী শ্রাদ্ধগী মতুং থা মঙা লৈবগা অমত্তা ঙায়জরবা মচানীপাগী মনা ভুৎপগী থৌরমসু পাঙথোকখি। মী ওখাক তিনখি।

নোংমা নুমিদাং। মন্ত্রী বোরাজাওনা ইবেচাউবীদা হায়খি -- " ইবেচাউবী, ঐনা হায়খিবদু চুল্লদ্রাও? হৌজিক ঐখোয় ইমুংদা নোং মংদ্রে।"

বোরাজাওগী বাদু তাবগা ইবেচাউবীনা খুমকই - "উম, নোংদি মংদ্রে. অদুবু খঙ্গহৌদনা অখাক অবাউ তারক্কদ্রা হায়না য়াম্না নুংশা থীবে।"

"করিনো নঙনা হায়বিবদুবো"

" বানোম্বনি হায়দুনা মফম-মবাং খঙদনা নুপি নঙা পঙচঙদা চঙলকপা ঐ কয়া নুংঙাইদ্রদে।"

"নখোয় নুপীসি ওন্থোক্না খম্লন চাউবনা খ্রেদা ইবেনমা। নঙদম মাওক মীচান শবা ফৌ। চঙলাক্লবাশিংসি লৃদা ঙা চঙবগুম্না।"

"ঙা মবক্রো মহ পূবা লিন য়াওরক্কদ্রা চিংনেঙ্গা বনি।"

ইবেচাউবীনা চিংনাভবদুমক অচুম্বা ওইখি। থা খরগী মতুংদা মী পুম্নমক্না শকখঙলবী শকহেনবী মন্ত্রী বোরাজাউগী অংতানবী ওইখি। নুংশুক নুংঙানবদা ইবেচ বীবু নোংমা বোরাজাউনা থেমজিনখি--- " ইবেচাউবী, নঙ শাউগনু। ঐনা

রাজনীতিদা খোঙ থাংজিল্লুরবনিনা তুংগী রাজনীতিগী অচেৎপা খোঙদাফমসু য়েংদবা য়াদ্রে। ঐনা শকহেনবীবু লৌবসে ঐগী রাজনীতিনি; নঙবু মিরাইবা নত্তে। নঙদি ঐগী থম্মোইগী মবেম্মনি।"

বোরাজাউনা অদুম্না করিগী হায়রিবনো হায়বসি ইবেচাউবী করিসু খঙ্কুদে। ৱারৌরপ তৌনা পাউখুম অসিমতং পীখি — "ঐনা শাউবগী করি ইতিক লৈবগে?"

নুমিৎ খরনিগী মনুংদা হৈ-শিংবী শকহেনবীনা মন্ত্রী বোরাজাউবু খুদোনবীদা ঊংদুনা পুখি। বোরাজাউনা ইবেচাউবীবু মীরায়রকই; মচানীপাবু থৌওইরক্তে। মমৈথঙদা মমা-মচাবু শাথীনা ওৎ-নৈরকই। শকহেনবীগীনা নোংম-নোংমগী মপান ফগৎলকই; মহাক্কী হৈজ-শিংজবনা মন্ত্রী বোরাজাউগা মখোয় অনী নিংথৌ লাইবক যূমদিন্নবা হায়বদু ওইখি। মন্ত্রী ফাওবা শকহেনবীনা ওইবগুম তৌখি।

খাঙবা য়াবমখৈ খাঙলম্লগা ইবেচাউবী মচানীপাবু পুরদুনা মপামদা লাকখি। খনজখি, থাপ্ল-তাম্লরগা মমা-মচাবু নীংশিংবিরক্লনি। নুমিৎ অদু ঙাইদুনা লৈখি।

নীংবা কায়থবকপগী ঈথক-ইপোম্লক্তা মবিক-মবিক কারকপা শাউনীংবগী ঈফুৎ হৌখিবা থৌদোক খরনা হেক-হেক নমথরম্মি। থৌদোকশিং অদুগী মরুমদা মঙানি মচা অমতং উবগুম তৌরম্মি। অদুবু মঙান্দ নোংম-নোংমগী মাম শামথবগুম তৌরক্লবদা অশাউবগী নোংলৈনা নৈথেকপা হৌরক্লম্মি। মতম অমদা খল্লম্মি, অখাঙ কনবা নুপী ওইবগা ফজরবা গুণ অমনি। হৌজিক্তি গুণ অসি হৃগুম খারক্লে। লমন খুম্নাংবগী মৈরকশিং মৈবা থোক্লাংলক্লে।

ইবেচাউবীগী মখুবা তোমাল রাজনীতিদা মথরায় লুপচবা মীশক অমনি। মতম অমদা মমাকনাপা বোরাজাউবগাদমক্তা ফৈগাক ফৈনা পুরম্মি। মচানুপী ইবেচাউবীবু মীরায়রকপা অমদি শকহেনবীনা রাজনীতিদা কা হেন্না হৈ শিংজল্লকপদগী বোরাজাউগা য়ানবক্তে। থোইদোক্লসু লম অদুদা বোরাজাউবু য়াদবগী মশীং নোংম-নোংমগী হেনগৎলক্লম্মি। তোমালনা মদুগী খুদোংচাবা লৌবম্মি। অদুব মীখন্দা বোরাজাউগা লাম্না পানগদবা য়াম্না লৈরম্মি। বোরাজাউগা লাম্না পাননাংবা, লুচিংবা ওইনাংবা মীওই কয়া চোংখোবক্লম্মি। বোরাজাউ করিশু হৌশাদে। চহী মঙা চুপ্পা মন্ত্রী ওইদুনা তাল্লকপা শেন্না মথংগী চহী মঙাগী অধিকার লৈবা মঙোন্দা লুনা থোক্লমদে। অদুগীসু মথক্তা হৈ-শিংলবী শকহেনবীনা মহাক্কী এন্তভাইজবনি।

হৈত-শিংদবা তোমাল নত্তে। বোরাজাউবু য়াদবশিংগী লাল্লোং হোংখি। মখোয় পূম্নমক অমতা ওইনা পুনশিল্লগা পূম্নমক্না য়াবা মীরেপ থিরকখি। মীরেপ ওইবা য়াবশিংগী অফ-ফত্ত পুথোক্লুনা খন্ন-নৈনখি। য়াম্না হৈশিংনা তোমালনা মচানুপী ইবেচাউবীবু বোরাজাউগী মায়য়োক্তা লেপ্পবা মীরেপ ওইনা পুখৎলকখি। য়াম্না মুন্না খন্নরবা মতুংদা হৌখিবা মীখন্দা বোরাজাউগী নুপী অমা ওইনা ইবেচাউবীনা লৌখিবা থৌদাং অমদি বোরাজাউ অমসুং ইবেচাউবীগী য়ূম্বান-পুন্সিগী ইতিহাসতা য়ূম্ফম ওইরগা ইবেচাউবীবু য়েৎনবা লৈতনা বোরাজাউগী অমতা ঙায়রবা লাম্বা ওইনা থাগৎপা হায়না য়ানখি। পাউ অসি তাবদা ইবেচাউবী ইপা পাখৎপগুম তৌখি। তূম্ফম চাফম খঙখিদে। করম্নসু মপুরোইবগা মহাক্না লাম্বা পাগদগে? মহাকপু কাওথোকপিরক্লবসু বোরাজাউ মহাক্কী মপুরোইবনি।

ইবেচাউবী মওন-মওন খনখি। কয়ারক হন্না খনখি। মহাক মৈতৈ নুপীনি। মৈতৈ নুপীগী মশাগী ফিদম অমা লৈজবনি। অমুকসু খনখি, ফিদমগী ফজববু ঙাক্লুনা নুপী অমা ওইবগী মশাগী ফিবম লৈখা তাহনবসি ঙসিগী সমাজ অসিগা চূনরিব্রা? অমুকসু মচানীপাগীদমক খল্লি। মহাকপু মীরায়বিরকপগী মৈরি থনুংদা ওমদুনা চাল্লি। থাজদনা ফংলিবা খুদোংচাবা অদুগী মরমদসু খন্দবা নত্তে। অহিং কয়া তূম্বা য়ারক্তে।

নোংমা ইথা থাজদনা কোর্টকী চে অমা মন্ত্রী বোরাজাউনা ফংখি। ইবেচাউবীনা মহাক মশা অমদি মচানীপাগা মখোয় অনীগী চাকথাক তাল্লকপগীনি। বোরাজাউনা নোকমি-নোকমি তৌরগা চেদু তেবলদা করিসু থৌশাদনা থমখি।

খরা লৈরগা পাউ তাখি, ইবেচাউবীনা লাক্লিবা মীখনগীদমক মহাক্কী অমতা ঙায়রবা লাম্বা ওইনা মীরেপ-চে পীশিনখ্রে।

বোবাজাউ নোকপা ঙমখিদে।

*ইম্ফাল*

২৭/১২/৮৯

# মচানীপা পোকপা

অহিংদু ফনা থেঙলম্মি। থম্বান নুংশুক-নুংজাননা ফুঙ্গা ময়াদা ফম্লম্মি। মহাক চাব-থকপা চঙখিদ্রে। মচানীপানা হল্লক্কবা নুমিত্তুদগী মহাক নীংথি-নুংঙাইনা অমুক্তা চারক্কুবনি। অহনজাউসু লময়ায়দা হনগৎ-হন্দা চত্তুনা লৈরম্মী। রা মচেৎ অমতা ঙাঙলমদে। ইমুংদু মী লৈরবসু লৈতবগুম তৌরম্মি । অহিংগী মতমগা ওইরে, পূর্মচিক চিক্লম্মি।

থম্বান চহী কয়াগী মমাঙগী ব্রাফম নীংশিংলক্লম্মি । মথং মথং নুপী ঙাক্তা মচা মঙা। ধারা মুত্তনবা মচানীপা অমতং পামজখি। মাইবা, ডাক্তর, চিংখিদে; লাইফম কাংখিদে । মমৈথঙদা তরুকশুবদা মচানীপা অমা ফংজখি। তাঙনা ফংজবা ইতোন তোনবা মচানি হায়দুনা নুংশিনা মিংথোনজখি --- তোমপোক। কেনা-লুনা য়োকখি। চানীংবা চাহন, শেংনীংবা শেংহন, অপাম্বদা তৌহনখি। কেথোক- মৌথোক্লা য়োকপগী মতিক মমা-মপাগী কোকসু শাখি। অদুবু তাঙনা ফংজবা মচানীপানি। মচাগী মশক অমদি তুংগী আশাদা পুম্নমক খাঙবা ঙম্লম্মি, কাউথোকপসু ঙম্লম্মি।

মকুবোক অহনজাউগী য়াথং ইন্দুনা মশেন-নীপা তোমপোক থিবা চৎখিবা মমাকনীপা মরিদি ঙসী নুমিদাংৱাইরম হল্লক্লম্মে। কনামতা লংলা-লংজিন খঙবা ঙম্লক্তে। মমাকনীপা অহর্নাদি হল্লক্ত্রি। ময়ূমদসু হল্লকহৌদ্রি। মহাক্কী পাউ ঙাইরিবনি। অহিংদি থেঙজিনখ্রে। অহনজাউনা খল্লকই—

" মী খুদিংমক মচানীপা পোকপা পাম্মে। নীপা পোক্তবদা নুংনাংঙি। নুপী ঙাক্তা মথং-মথং পোক্লপদা থম্মানগা ঐগনা কয়াদা নুংনাংখিবা। তোমপোক হেক পোক্লকপদা মা-ঐগী যৃম্মান-পুক্সি মহৈ য়াল্লবোই নীংখি। মতমদুদা ঐখোয় অনীগী ৱাখন কয়াদা নুংঙাইখিবা। অদুগা ঙসিনা তূম্ফম চাফম খঙদ্রে। ইচানীপা পোকপগী নুংঙাইবা হায়বদুবু মসিরা ? চাউবসু মচানীপা অনী পোকই। অহন্দু ঙাওশিন্নবা, য়ূ থকপা অমদি মী ফুনবদা মমিং চৎলি। মমান্নবা অমা মকোক থুগাইরুই হাযদুনা জেলদা লৈখ্রে। মনাউ-নীপাদুনা দ্রগ কাপ্পী হায়বরা করিনো? তোমানগী মচানীপাদুসু জ্বারদা মমিং চৎলি। ওজা পিশক্তি মচা ফজনা য়োকই হায়নবনি। অদুবু মচানীপা অতোনবদু নহাবোন য়াওল্লোই মরক্তা তিনখ্রে হায। চহী অমা হেল্লে ময়ূমদা হল্লক্তবা। ঐখোয়গী তোমপোকসু করিগুম্বা ........! নত্তে, ঐগী ৱাখন লাল্লি। করি মনীং থুংদদুনা তোমপোক্লা য়ূমদা হঞ্জিল্লক্লিবনো? হৌজিক মহাক কদায়দা লৈরমগনি? করিগুম্বা ফও-নুংদা ....... মীনককা ফৃবি-লাকপিবা ..... হাৎন-শুনবা .... কবিগীনো ঐহাক্লা অসুম্না খল্লুরিবা? হে ঈশ্বর, ঐগী ইচা তোমপোকপু তেক্ত-কায়দনা হলহনবিরকউ।"

অহন ওইরবা অহনজাউ মখুৎ অনীনা মকোক পায়দুনা লময়ায়দা ফমথৈ। অমুকসু খল্লম্মি --- "তৌবিবা থৌদৌসিবু কবি লাইচৎনো ? মতমসিগী করম্বা নু:শিৎনো ? নহারোন মখৈ লম্বী কঙাওনরে। ফিজেৎ-চাকচা মথোঙ খঙদ্রে। হাংন-শুনবদা হলেংদ্রে। দ্রগ চাবা, কাপ্পনা অৱাবা পোত্থাবা ওইনরে। হিংনা-হিংনা মশাবু হাত্তোকচরে। হায়রুবগনা পেন্দবগীনি, মনীং থুংদ্রে মহায়বা। মনীং থুংদবগী ময়ূম থাদোক্তুনা চেনখ্রে। লালহৌবা মরক্তা তিনখ্রে; য়াওল্লোই ওইখ্রে। পূম্নমকসি কনাগী মবান ? কনানা চুল্লিবা ? কনানা লাল্লিবা ? মখোয়বু য়োকপদা কবি অশোয়বা লৈরবা ? সমাজ অসিদা অচৌবা অশোয়বা অমা লৈরব্রা? ও:, করিনুংগী ইচানীপা পোকপা পামজরুবা !"

অথাপ্পদা নোংমৈগী অহৌবা মখোন অমা তারম্মি। অহনজাউ অমদি থম্বান, মখোয় অনীমক মমিৎ-মনা চপ য়ুংখৎলম্মি। নহান নোংমগী পাউদু খংনীং নীংশিংলক্লম্মি — " পুলিসকা নোংমৈ কাপ্পবদা নহা অনী শিরে ....."

মতমদুদা শ্রীগোবিন্দজীগী মঙ্গলার্তিগী শরিক মখোন তাবক্লম্মি। মমাকনীপা অহন্না হৌজিক ফাওবা মচানীপাগী পাউ পুরক্লে।

ইম্ফাল

৪/৯/৯০

# চৈফূ

উরিপোক মচীনগী মহারানী থোংখোঙ মক্তদনি। মল্লি-মল্লিরক্লে। রিক্সা ময়াম পরেং-পরেং থারি। ঐ য়ুম থাদোক্লুবা কুইবগী য়াম্না থুনা য়ুম য়ৌনীংলম্মি। খ্বাইরম্বন কৈথেল মনুংগী মী চিনবা মতেক খরদু লূপ্লবা ইয়াব বেগতু পায়রগা কল্লপ তৌবা খোঙথাংদা লাম্হোরকপনি। হান্নকা পাউহংদনা থোং মচীনমক্তদা অহানবা থেংনবা রিক্সাদুদা ঐগী ইয়াব বেগতু হেক্তা থম্মি, অদুগা কোন্না ড্রাইভরদুদা ইরোইশেম্বফাও চৎপা য়াগদ্রা হংঙি। ড্রাইভরদু ঐখোয়গী লেঙ্গনি। অফনবা তুপী অমা মমাযরোমদা খরা উপথবপ তৌরগা উপ্লি। খুদৈ অমনা মঙকশমদা ইকোয় কোয়না কম্ফোতিগুম য়েৎলগা মচীন অমসুং মনাতোনসু খুম্মি। নিংথমথানিনা ঈংদুনা তৌবা মাল্লি। ঐনা মাগী মনাক্তা চঙশিল্লগা রিক্সাদা ইয়ার বেগতু থম্বদা মহাক্কী হান্নদগী উপথদুনা লৈরবা তুপীদু খরগা হেন্না উপথখি। মচীন অমসুং মনাতোন খুমদুনা য়েৎলিবা খুদৈ অদুসু শেমজিনখি। ঐনা ইরোইশেম্বফাও চৎপদা য়াগদ্রা হংবদুদা মহাক্না 'য়াগনি' হায়না তপ্না খুমখি। মতমদুদা ঐ মাগী মওং থোইনা য়েংলুদে, মাগী মরমদসু থোইনা খল্লুদে। য়ুম থুনা য়ৌনীংবনা মহাক্কবু খুমফাক্ত্রিঙৈদা ঐনা রিক্সাদা কাখত্তুনা ফম্বনবু হাল্লি। অদুদগী ঐনা বাবহাবক অমতা য়াওদনা মঙোন্দা হায়খি —

"খেঙখ্রে, খরা কন্না থৌ। ভারাদি কয়া লৌগনি?"

মহাক করিমতা খুমদনা রিক্সাগী হেন্দলদু পায়রগা খোঙফম অমা-অনী তপ্না ঈন্দুনা চৎলম্লগা লেপখি। মদুদা ঐনা অমুক হংখি, — " করি তৌরে?"

হন্দকসু মহাক ঐনা হংবদুগী পাউখুম পীখিদে। মফুরিৎখাউদগী মৈখেৎ পুথোক্লগা রিক্সাগী থাউমৈ চুখৎলি। বীড়ী মচৈ অমসু চম্লগা থকই। অদুদগী ঐবু পুদুনা খরা কল্লপ উরিপোক লমশাংদা চুমদ্রিং চুম্না থৌথরকখি।

নিংথমথানিনা ফনা ফজনা ঈংঙি। রিক্সানগা কন্না থৌবনে, অশিৎ-অৱান থাগী মতম ওইবনা নুংশিৎনগা হুরু-হুরু শিৎপনে ঐদি ওখাক ঈংলে। মহাক্তি রিক্সাগী খোঙনেৎ ওৎপা হোৎনবদা হুমাং খরা মকাংলমগনি। মহৌশানা ঐ তুমিন্না লৈবসি কয়া হৈনদে। খরা ঙাঙজবতনা ঐগী হৈনজবীনি। মৱম মুন্না খঙবা-খঙদবা খরদং ওইরবসু ঙাঙজবা ঐগী পামজবনি। ঙাঙজগেদা হায়দুনা লৈজরবনি। কৈনা ময়া থম্লম্লগা চথোক্তবগুম ঐসু ঐগী ঙাঙজবা পাম্বা ইরমচৎ মতম পূম্নক্তা লোয়নজৈ। অদুনা নুমিত্তুসু ঐ রিক্সা মথক্তা ফম্না-ফম্না ঙাঙবা হৌখি। করি হীরম্না মপৃং ওইখিবনো খঙদে, মখন-মথেন জাৎ শুবমখৈ ঙাঙখি। অমগা অমগা মৱী-মৱী পূমশম শম্নবমখৈ ঙাঙখি। মরক-মরক্তা অমুক-মুক নোক্লীংদনা নোকখি, পেন্দবগী নিন্দা তৌগা ৱাঙাঙ য়াওখি; হীরম কয়াগী মরমদা সমালোচনা তৌখি। রাজনীতিগী মতাং য়াওখি। পেন্দবা ৱাকৎকা লোয়ননা লৈঙাক-মপুবু ইথৌমক ওইনা য়াম্না শাউনীংবা ৱাঙাঙদা ঙাঙখি। শেমগৎ-শাগৎপগী ৱাফম পুশিনখি। মণিপুরগী শেমগৎ-শাগৎপদা শোর্থারবা ৱাফম কয়া ঐনা পুথোকখি। ঐনা মীরমদা উজরকপা কয়াসু পুথোক্তুনা ইরমগীগা অফ-ফত্ত চাংদম্নখি। মতম-মতমগী সমাজগী হোংলক্লিবা শক্তম্বু ঐনা রিক্সা মথক্তুদা মথক-মখা ওহ্নোক্তুনা মথীবোঙ কোথোকখি। লৈশাবী পাখং,নীপা-নুপী কয়াগী লমচৎ-শাজৎ, ফিজেৎ-চাকচা কয়া শীদোকখি। কারবারৱালাশিংগী নীতি অমসুং পোৎ-চৈ হোঙবা-তাঙবগী মতাংদসু কোমেন্ট পীখি। ঐনা অদুক য়াম্না ঙাঙখিবদুগী মরক-মরক্তা ৱাহং খবসু ঐগী ৱারীশিংদুগা মৱী নৈননা রিক্সা ড্রাইভরদুদা হংখি। অদুবু মঙোন্দগী য়াম্না তনবা পাউখুম 'অঙ' 'হোয়' দগী হেন্না ফংখিদে। ঐনা খুমহন্নীংবা পাউখুম মহাক্না খুন্নকখিদে। ঐ শাউনীংখি। মী অমনা শোব হোনবা ফাওবা শংদবমখৈ ঙাঙলিবদু মহাক্না করিসু থৌ ওইখিদে। ঐগী অদুক য়াম্বা ৱারেম-ৱারী অদুগী কোমেন্ট খরা ঐনা মঙোন্দগী পামখি। অদুবু ফংখিদে। ঐনা থৱায় য়াওনা ঙাঙখিবদু মহাক মনানদি তারবসু য়াম্না তন্না তাবমগনি। মতমদুদা মহাক্না হেক তনখিদবা হায়বদু খোঙনেৎ ওৎপদনি।

ঙাঙমল্লদুনা ঐ খদাঙ চোকথরম্মি। ফুবিৎখাউদগী চুরুপকা মৈখেৎকা লৌথোক্লগা চমদুনা থক্ল ম্মি। মঙোন্দসু থকউ হায়দুনা চুরুপ মচৈ অমা পীরম্মি।মহাক্না ওক্লে হাযদুনা লৌ য়াখিদে। মহাক্কী মওংদু ঐ য়াম্না শাউনীংখি। রিক্সা থৌবা হৌবকপদা বীড়ী মতেক অমখক ফূ-ফূ কাম্লগা হুন্দোকখিবদু নীংশিংলক্লম্মি। মপুন্সিদা চুরুপ লৈদুনা থকপা ঙম্লমগদবা মান্দে। থকউ হায়দুনা পীরগা ওক্লেকাসু হায়জবা শাই, মীতা অমা ওইনা উবম্মি। ঐনা খদাঙ চোকপমখৈ ঙাঙবসু মঙোন্দগী করিগুম্বা এপ্রিসিযেশন নত্রগা কোমেন্ট অমতা ফংলমদে। খল্লু খল্লুরগা ঐ পুক্লীংদা য়াম্না ব্রারৌখি।

খঙহৌদনা ঐখোয়গী হোঙ্গাল মপা য়ৌবম্মি। ঐনা খংপ্রেক খংবগুম য়ৌরে, খাম্মো হায়খি। মহাক্না রিক্সাদু খাম্রম্মি, রিক্সাদগী কূমথরগা খরা হন্দোক্লুনা লেপ্লম্মি। ঐনা মঙোন্দা লুপা তরাচপ্পী অমা পীরগা হাযখি -- "সে, সিদগী হন্দোরকউ।"

"ঐ অচোইবা য়াওজদ্রে।" মহাক্না খুম্লকখি।

ঐনা হাযখি — "য়াওদ্রগা দুকান্দগী কায়রুচো।"

মহাক ঐনা পীবা লুপা তরাচপ্পীদু পুরগা দুকান্দা অচোইবা কায়বা চৎখি। ঐনা রিক্সাদগী কূমথরগা লেপ্লুনা মহাকপু ঙাইদুনা লৈখি। দুকান যৌবদা মহাক্কী উপথবপ তৌবা তুপীদু খরা হাইগৎখি। দুকানগী পোৎয়োনবী ইনেগা ব্রা ঙাঙনবা মতমদা মনাতোন ফাওবা কুপ্লম্বা খূদৈদু খবা নাহুবর্কখি। দুকানগী থাউমৈগী মঙালা মাগী মমায়দা যৈবদা ঐ স্বাই লাউখি। যম্না থাজদবা মতৌ অমা ঐঙোন্দা ফাওখি। ঐসু প্রপ-প্রপ দুকান মনাক্তা চঙশিল্লি। মহাক ইনেদগী অচোইবা কায়রগা খোরকখি। দুকানগী মমাঙমক্তদা ঐনা মাবু ঙক্না খংকৌ কৌখি --- "ইবোতোন!"

মহাক খুমখিদে। ঐনা মখা তাখি— "ভাঙ্গী, নঙ ওইবে, ঐনা ঙসাযমখৈ হংবা-লাকপকা অমতা খুমদ্রিবদি? কবম তৌরিবগে?"

"নঙনা উরিবসিনি।"

মহাক্কী পাউখুম্মি, অদুদগী মখা অমুক তাথরক্লম্মি--- "ভাঙ্গী, মসিসু পুন্সিনি। কোয়া অমুক উন্নসি। খরা ঙল্লিদৈসিদা খরগা অমুক চৎহৌরুখিগে।"

ব্রাহৈ খর্বাস হারম্লগা সে হায়দুনা ঐঙোন্দা হল্লকদবা শেনফমদু পীরম্লগা রিক্সা যৌদুনা প্রপ প্রপ চথোকখ্রে। ঙাঙজবা পামজবা, খদাঙ চোকপমখৈ ঙাঙলম্বা ঐনা ব্রা মচেৎ অমতা হাযতৌদনা তামম্না নুংগী মূর্তিগুম লৈংহৌখি।

য়ূমদা চঙলক্লবদা ইমুং-মনুংগী মী পূম্নমক ঐ হল্লক্লে হায়দুনা হরাউনখি। অঙাংশিংনা মরোন অমা করি পুরকই; করি যাওরকই হায়দুনা পূম্লাঙ। ঐদি করিমতা হৈনীংবা পোকখিদে, য়ূমদা হল্লকপগী থোইনা হবাউদে, নুংবংনদুনা লৈখি। ঐগী ইতৌ উবদা ঐখোয় নুপী নুংশা খরা থীখি, লংফৈদগী ইশা ঙল্লক্লবরা হংখি। খোঙ-খুৎ হামদোক্লবা ঈশিং অশাবা খুদেংদা হৈবগা লাম্থোরকখি। ঐনা খোঙ হামদোক্লিঙৈদা মহাক চাকখুমদা চঙখি। ঐনা খোঙ-খুৎ হাম্না-হাম্না চাকখুম চাক থোংলিবী মঙোন্দা ঐখোয় মনীংগী ভাঈ ইবোতোনগী মরমদা হংলম্মি—- মনিংগী ইবোতোনসিবু....!

ঐগী ৱা মপূং ফাবমদে। ঐখোয় নুপীনা খুম্লক্লম্মি — " মখোয় ইমুং মমাংঙৈগীদু নক্লে। তাইবোতোনসু মমাংঙৈগী তাইবোতোন্দু নক্লে। নুমিদাং-নুমিদাং রিক্সা থৌববনি।"

"ঐ খাইরম্বনদগী য়ূম ফাওবা মহাক্কী রিক্সাদা তোংলকই। রিক্সা থৌরিবদু মহাক্লি খঙলুদে।"

"যাম্না ইকাইনা থৌবিবনি। হেক লাকপগা য়ূম ফাওবা য়ৌরক্লিঙৈদা করম্না থেংনকবিবনো?"

"বিক্সানি হাযদুনা হেক্তা তোংলকপনি । ভারা পীবদা মশক খঙলকপনি। অদুবু মহাক্লা অসুম তৌরমগনি হায়বসি ঐ হৌজিক ফাওবা থাজদ্রি।"

"থাজদবা ঙাক্তনি ওইবিবসি; ময়ূম-ইংখোনসু বন্ধান চংলবনি।"

"পূম্নমকসি করম্না ওইখিবনো?"

" চিঠিখেলানা ।"

"চিঠিখেলানবু?"

" ৱাদনা নুংঙাইনীংলুবা! নহাকসু চেকশিল্লু।"

ভাঈ ইবোতোনগী ৱারী শাবম্বদগী ঐখোয় নুপীনা ঐঙোন্দা থোক ওনশিল্লক্লম্মি। নুপীদা খংচৈ চৈকই। থংনবা মিৎকুপ্তা নীংশিংলক্লম্মি - - ইবোতোন ঐখোয অনীনা চিঠিখেলাদা ঙাওবা । চযোন খুদিং চিঠিখেলাগী তিকেৎ অমমম লৌবা শোয়দবনি। অমুক্তফাও ফাওদে । অদুবু নিশানি, হন্না-হন্না লৈ; নোংমাদ ফাওরক্কনি খল্লি।

থাজরুদে, চিঠিখেলাদা ইবোতোনগী ইমুংগী ফিভম অসুম্না তৌগনি হায়বদি শুকথা থাজরুদে। ঐখোয় ইমুংদগী মখোয় ইমুংনা হেন্না লিংলম্বনি।

ঐ তু খ্যাউ চুংলম্মি। ঐখোয় নুপীনা অমুকসু চেকশিল্লু হায়রকপোই নীংলম্মি॥

গুৱাহাতি

৫/১২/৯২

# ঙাওচৎনবা

পঙচাউ চাউবা যূমদি নত্তে, অদুবু ইবোচৌদদি যূমদুগী পূমহাঙ হাঙবা অচিকপা মতৌদুনা মহাকপু উমদুনা থল্লিবা চাউরবা মতমগী খয়াৎকুম থোক্লস্মি। মহাক ঙহাক লৈতনা পিক্লবা কাদুগী লময়ায়দা হনগৎ-হন্দা চৎলি; অমুকসু তুমিন ফমদুনা লৈ, অমুক হৌগত্তুনা চৎলি। থংনবা কাদা অমুক চঙঙি। কাদুদসু অদু মঙায়। লময়ায়দা হনগৎ-হন্দা চৎকনি, মচী অমদা ঙহাক অমুক ফমগনি। চাকশঙদা চঙগনি। চাকখুমগী লৈরঙদা শংত্রিক য়েংদুনা লৈগনি। ঈশিং কন্দুনা থক্কনি। অমুক মপান্দা থোরক্কনি। মাঙ্গোন্দা অমুক চপ লেপ্পুনা লৈগনি। সূমাঙদা হনগৎ-হন্দা চৎকনি। মরম লৈতনা অঙাং মচাগুম শাৎলিবা লৈ থদৎকনি। ইমুংদা তুমিন প্রপ-প্রপ চঙখ্রগা থাঙ মচা অমা পুথোরক্কনি। লৈ মখোঙ শোমগনি। অমুক্রা য়েঙ্গাং মখোঙ শোমগনি, মনাক্তা হৌবা নাপী ফুক্তোক্কনি। কুইনসু তৌরোই, ইমুংদা অমুক চঙখিনি। অঙাওবগী মতৌনি। উতোন-ব্লাতোন্দসু মুন্না-মুন্না য়েংগনি। করি-করিগুম্বদা মুকম-মুরুমসু শোল্লি,— "ইবেমপিশক, নঙ য়াম্না ফত্তে। নঙ নতোমতা করিগী চৎখ্রিবনো? নঙ য়াম্না ফত্তে; ফত্তেকো.......।"

মসি নোংমতগী নত্তে, নুংতিগীনি। কনাগুম্বা অমনা উরবদি হায়গনি — ইবোচৌ ঙাওরে। অদুবু ইবোচৌ অঙাওবা নত্তে। তৌফম খঙদবদগী ঙাওচৎনবনি। হেনজিনখ্রবদি ঙাওবসু য়াই। হৌজিক ফাওবদি ঙাওদ্রি।

"নঙগী তলব মতাসিনা অসুক চাউবা যূমসি করম হায়না শাবা ঙমদোইনো?"

নোংমা মহাক্কী নুপী ইবেমপিশক্না হায়বনি। মতমদুদা ইবোচৌনা খুমখি,— 'কবিনোনে ইবেম্মা, ঐ নীপানে নীপা। ঙম্মনবা হোৎনরগা লোইরে।"

"অদুবু হায়বা,পিক্তক তৌনা শারগা লোইরে।অসুক চাউনা হৌরুরগা হয়েং লোইশিনবা ঙমদদুনা।"

"ইবেমপিশক, নঙসি ইবোচৌগী নুপীনি হায়রগা ওস্থোক্লা দাউ হম্বা ব্রা ঙাঙলেদা। ঐসে ইবোচৌনিনে ইবোচৌ। সিধু কয়াম চাওবা যূম্নো? কা অমনা নঙগা ঐগগী। কা অমনা হয়েং ইচানীপাগা ইমৌগগী। কা অমনা মী লাক্লগা ফম্ফম। কা অমনা চাকশঙ। হয়েং ইশূকাশিং লৈববা মতমদদি লৈফম্থু লৈরোইদৌরিবনি।"

মরক থৎলদুনা মহাক্কী নুপীনা হায়বকই ----"ইবেম্মাগী কাদি?"

"মাদি নিঙ্ভোন্নি, মীগী ময়ূমদা চৎখিগদবনি।"

"ই:! কবি ব্রাতানো? নিঙ্ভোন্নি হায়দুনা হৌজিক্লা তাম্থোক্লব্রা? মতুং-মনাউ অদুম্মা হায়বিনু, তাবগা ইচানা ব্রাবৌনি।"

"মমা মপাগী যূমদি মচাগীনি। ময়ম পান্দ্রবমখৈ কা অমদি মাগীনি কৈনো।"

"হোয়নে, অদুম্মা হায়াবিয়ু।"

" অমৰ্ ওইরে, অমৰ্ ... , যূমসিদা হান্না লোইশিন্নবা হোৎনখিগে। ইগী যূম অপৈবসিদা নঙ ... ... লেল্লক্লবনি। যূমসি লোইশিল্লগা অমুক্তা নুংঙাইনা অবেম্মা পুন্সি লেনামিন্নাসি।"

অসুম্মা অশা কয়াগা লোয়ননা ময়ূম শাজবর্কখিবনি। ফম অচৌবা পাযদুনা থবক তৌরকপা নত্তে। বু.ডি ক্লর্কনি, অদুবু শেন্দ হবা খবা মখোকচৈ। শেং হুংশিনবা হৈজবগা, তলবকী মথক্তা শেন্থোক খবা লৈবদুগনা ময়ূম অসি শাজবনি। মচা অনীবুসু মহৈ মাশং নাংখিনা তমহল্লকই। পামজবদগী মচানীপাবু দাক্তর তমহন্নবা হোৎনকবদা কযা অবাবা ওইখি। অদুবু হোৎনজমনগী মহৈদি ফংলে। দাক্তর ওম্না লোইদুনা থবক তৌরে। খবা লৈবগা থবক তৌমিন্নবা দাক্তর নুপী অমা পুবক্লুনা লুহোংবিরে। মশুনীপা অমা ফংলে। মচানুপীদি বী.এ.দনি; স্কুলগী ওজা ওই। মহাকসু লুহোংখ্রে। খবা রাবরসু বানা অপিকপা ইমুং ওইবনা অদুম পাডন পাডনবা হোৎনদুনা মচা অনীগী থৌদাং লোইশিনখিবনি। মচা অনীগী

লুহোং-খোংদোংবা লোইশিন্নখিবগা ইকুই-কুইদনা মহাকসু থবক্তুগী পোৎখি। শেন থোক্লিঙৈদা পাঙথোকপা য়াবা থবক পাঙথোক্নুনা লোইশিনবা য়াবা লোইশিনহৌরবনিনা থোইনা অৱাবা লৈত্রে। অহন ওইরকপগী পুন্সিগী অরোইবা শরুক মচা-মশূশিংগী মতৌ য়েংদুনা নুংঙাইনা লেনবদুনি মহাক্না পামজরিবা। মদুগী মতম লাক্লে।



"নঙ ফত্তেকো, নঙ য়াম্না ফত্তে ইবেম্মাপশক! নঙনা ঐবু ৱাহল্লে।"

মুকুম-মুকুম শোল্লি মতোমতা। নীংশিংলকই —-

"কৈদৌগে, ঙাঙবদো খিত্তা লেপখোবা। অঙাংসু নত্রে ঐখোয়বো। ইচা-ইমৌগী মমাঙসিদা খিত্তফাও ইকাইদ্রবো?"

ইবেম্মাপশক্না শৌ-শৌ লাউনা ঙাঙলকপনি। ইবোচৌসু খুম্মি,--- "করি, লেপলো হায়দি? নঙদি খুমদবা যাদ্রা? ঐনা হায়রিসিবু কারিদা লানবগে? নখোয়গী নচৌদো উবনা ঙাঙদনা লৈবা ঙমদেনে।"

"ও... উদনবা কদায়দনো ঙহাক্তা কোয়থোকপিরুচো। নহানরাই ওফিসকী থবক চৌরাউদনদি ফরম্মি। ইমুংসি উন বাইমুক চিকই; ঙখোক্না শান্তি লৈরম্মি। থবক হেক তোকপদগী মমাংসিদা সুম কুন্দুনা লৈরগা মীগী ছিদ্র য়েংবসিনা, ঙাঙবসিনা। তাদা হেবা ঙম্মদ্রে।

"ঙাঙবদবা ঐ লৌনবগা ফাবরানতে। করা অহন ওইবে, নঙবু জ্ঞান কাদেমতো তাদনে।"

"জ্ঞান হাদেবী ঐনা ইমুংসিস পুরাক্লবাস চহি নীফু তাথাইক্লে। জ্ঞান তাদ তাদ অসুম লৈলকই। ইমুং হাসি করিসু চাওথদেদনা।

"চাওথাত্রিবসিদি নবুংগো ঐগী মপাল্লা!"

"নেতুম লোকচাওংবা, নুপীনা খোমজিনা লোইশিন্নবদগী কনাগী ইমুংনা ফবা যাওবগে?"

"মসিগী নুপী অসে ঙখোক্না মচান কনাখ্রদকো। নহাক মপোক্তা ঐনা কাদ কর্ম তৌবক্তুনা অদক মপোকসিদা মসিগা লৈমিন্নবনা!"

"অচায়ো, করি নাওতেনা ঙথদিদুবো? কয়াম ফবা নীপানো নহাকপো?"

"নঙবু নচীন্দু কবোক পোক্কনুনে। ওঙ্খোকপনিদা, হূইগা হৌদোঙগা লৈমিন্নবদু মঙায়।"

"লৈবু লৈমিন্নরবদি হূইগা হৌদোঙগসু অদুম মনুংশিনৈ। ঐখোয়গীদি চহী নীফু লৈমিন্নরক্লবসি ফাওবদা নুংশিনবা ইয়া ময়াদে। শিরমদাইসিদা সুম হেনগৎলক্লে।"

"তুমিন লৈয়ু হায়বনি। ননম তৎকেরা?"

"তৎপদা নত্তে, ইউনসি খোক্তোকপিয়ু।"

অসুম্না কয়ারক্কি হূই-হৌদোঙগুম চিক্লখিবা। হেক উন্নবা, খরা কুইনা হেক লৈমিন্নবদা মরম অমা নত্রগা অমদগী হেক্তা ঙংনৈ, খৎনৈ। অদুবু অমনা অমবু খন্দবদি নত্তে। অহন ওইরবসি ফাওবদা খরা কুইনা উনদবদা কদায়দা চৎখ্রবনো হায়দুনা মকাদি ফোংদনা থিনরিবনি। লৈশাবী-পাখং ওইরিঙৈদা য়াম্না নুংশিননা শকখঙনরকখিবনি। য়েক থোক্লে হায়দুনা অহল-লমন্না ফনা য়াদবনি, অদুবু মখোয়না য়াদ-য়াদনা লৌন-লৈনরকপনি। মসিগীদমক ইমুং-মনুংনা ঈপ্তোক্তুনা মতম কুইনা থম্লকপনি। অদুবু পূম্নমক অদু খাঙদুনা পুন্সিগী অরা-নুংঙাই কয়া মায়যোক য়ামিন্নরক্লবনি। হৌখ্রবা মতম্গী নীংশিংলুবদা অহন ওইরবা ইবোচৌ মপুক্লীং নুংশিবকই। মপি ঈবা চেল্লি। খংলাউ লাউরকই, — "ইবেমপিশক! নঙ য়াম্না ফত্তেকো। নঙ ফৎমন্দে।"

মহাক্কী খোনজেন তাবিনবা কনাসু লৈত্তে। হাঙলবা কা অদুদা নিল্লম্লগা অহাঙবদা তিনখি।

●

মতৈ-মনাউনে, মচাগা মমৌগা, মশূ অনীগা মীওই তরুকখক্কী নুংঙাইরবা মতম অমা লৈবন্মি। লাউনবা-খৎনবদি মখোয় অনীগী মহৌশা-মহৌশানি। মদুদি ঙহাক্কীনি। চফূগা উয়ানগা কেনর্বনি। থবক চখোক্লরগা হনজিল্লকপদা হেক উদবদা অমনা অমবু হংগনি— নমাদি, নবোক্তি? নপুদি, নপাদি? অমনা অমগী য়াম্না খনজবনি। অমুকসু মশূ অনী খৎনবদা অমনা অমগী মীচঙ চঙদুনা হেক্তা খৎনথোকই। অমুকসু মশূ অনী কোয়চেন চেন্দুনা শান্নবদু মখোয় অনী ফম্মীন্নরগা য়েংঙি, মথৱায় পেন্না নোকচৈ। অসুম্না খৎন-খৎনা লাউন-লাউনা পুন্সিগী নুংঙাইরবা তাংকক অমা হৌখিবা খঙহৌদে।

মতম খরগী মতুংদা মচাগা মমৌগা সরকারনা পীবা ক্বাটরদা লৈখ্রে। মশূ অনীসু মমা-মপাগী মতুং ইনখ্রে। মী য়ামদ্রবসু ইরাং লাওলম্বা মখোয়গী পুন্সি খঙহৌদনা ইচিক-চির্কাখি। যুমদুদা হনুবা হনুবীদা ঙায়হৌখি। অদুবু মচা-মমৌগী তুংগী পুন্সিগীদমক খন্দুনা নুংঙাইতবা ৱাখন থাদোকখি। মখোয় অনীগী হৌখ্রবা পুন্সিবু নীংশিং-নীংশিং মতম খরা হিংবা ঙম্লবা হোৎনখি। ফাখ্রবা ঈশৈদি নোংমা ফাদোকসু মঙংলকই হায়নবগুম মখোয় অনীদা ঙায়রবা পুন্সিদসু ঙংনবদি মরক-মবক্তা অদুম মযাওবকই। মসিনদুম হেন্না মখোয় অনীগী নুংশিনবগী লিপুন চেৎশিনহনবগুম তৌই।

নোংমা নুমিদাং অমা ইবেমপিশক মতৈ-মনাউ ৱারী শাদুনা ফুঙ্গাদা মৈ তিক্কুনা ফম্মিন্নরম্লদগী লেকৎলবকখি। শুকনা নাদনা মদুনা মহাক্কী অরোইবা য়াতিপ তান্নবগী মরম ওইখি। ইবোচৌনা হন্না হন্না কৌবদা অমুক হন্না খুমলকখিদে। ইবোচৌ অঙাওবগা পাংথক ওইখি। অহন ওইঔরবসু মপাং কায়নরবা চেক্লাগুম কঙাওনখি। মচা-মমৌ অমাদ মশ্যাশিং চৎখ্রবসু ইমুং অদুদা মখোয় অনী লৈমিন্নবদু পুমথন-থনাবগুম খল্লম্লনি। হৌজিক্তা পুমহাত্ত-তাঙলে।

ইবেমপিশক্কা লৈখিদ্রবদা ইবোচৌ লৈফম-চাফম খঙাখিদে। মচাগা মমৌগনা মখোয়গা লোয়ননা ক্বাটবদা লৈনমলিস তায়বসু য়াদে। মচানুপীগা মমাক্কনা মখোয়গীদা মতম খরা লৈনবাসি হায়নসু য়াদে। মখোয়না কন্না তক্ত তকশিল্লগা মহাক্না হায়রকই, --- "যুমসিদা নমা মতোমতা কবম্না লৈহৌগদৌরিবনো" ইমুংসিদা নমা লৈবি। নমনা লৈনা মফমদা ঐ লৈগনি।"

মহাক্কা মযাদ্রবা নমা মখোয়সু মবক মরক্তা লাক্কুনা য়েংশিল্লবা নত্তনা অতৈ উপায় লৈরে। মম অদুদা মতোমতা লৈবদা পুমচিক চিকই, হৈনদে। করিগুম্বদা কা খুদিং চত্নুনা ইবেমপিশকপু কোহখি থি। কা অমদগী ফৎ থোরক্কদবোই নীংঙি। নুমিদাং ওইবরক্কগনা হেন্না তৌকম খঙদে। নুমিদাংদি ৱাখন্দা উংলিঙৈদা চাক চাদবনসু কোঙ্গায়নি। কাব কবিগুম্বনা ইবেমপিশক্কা ৱারী শানবগুম মতোমতা ৱারী শাবসু যাগুই। মবক-মরক্তা থংলাই লাওবকই; অমুক-মুক মুকম-মুকমসু শোল্লি ---

"ইবেমপিশক, নত্ত যাম্না ফত্তে। নত্ত ফৎমন্দে। কবিগীনো ইতোমতা হুম্নোক্লামলে ......"

কোয়ম্বতুর

২৬/৮/৯৮

# ব্রাহং

"তাইবঙ মী হায়বসিনা অমনা অমগী ঙ অসুক ঙখৌ লাংলবসিনা করিগীনো ? ঈবু অসুক হোঙনা খল্লিবা করিগীনো ? করম্না জীবনা মহাক্কী কাম্বুল্লা থেংন-থেংনবদা হাত্তোকপা য়াওবগে ? শাহি [illegible] মচীনজাক্কীদমক অতোপ্পা জীব হাৎলি । . . অদুং ... [illegible] তাইবঙ মীনা অমনা অমবু হাৎপদা হালেংদে । অতোপ্পগী অরা-তনা [illegible] অসিগুম্না মপোক অসিদা পোক্লরিবা ঐসিদু [illegible] ......... ."

মঙদ্রংগী তাইবঙ অমদা তাউদুনা [illegible] মুরুম-মুরুম শোনবানি । হৌখিবা থৌদোকশিংদু মথাক কাউবা [illegible] । করম্নসু কাউবা ঙমগানি । পুম্নমক মহাক্কী [illegible] .....

"পাউ, ঐবু কল্লু, ঐবু কনবিয়ু । মখোয়না ঐবু [illegible] পাউ, মখোংবু খাম্মু । থংপাউ ! তারিব্রা থংপাউ ! মখোয়না ঐবু [illegible] ... উ ... !"

মনাকোঙদা হৌজিকসু তাবি: মমিৎনা থৌদোক্লুশং শাং উৎই । [illegible] ক্রক ক্রক চিক্লম্মি । নিংশাশোব মপী ফৃইনা হোল্লাম্মি । মমং চেজেৎ উৎশিল্লাম্মি । মশা থক-থক নিক্লাম্মি । ফমুংদগী লোংনা ফুক চৌগৎলম্মি । খংলাউ লাউবদুনা হায়রক্লম্মি ---

"ঐসু মী হাৎকনি ! নোংমৈনা কাপকনি, থাঙনা থিনগনি। লমন খুমগনি।"

নর্সশিংগা ডাক্তরগা চেনশিল্লক্লম্মি । মখোয়না মহাকপু ফারম্মি । ডাক্তরনা হায়বদগী নর্সনা ইনজেক্সন কাপ্লম্মি । করিমতা তৌদবগুম মহাক তূমথখিরম্মি ।

ফনা কুইরবগী মতুংদা মহাক জ্ঞান লাক্লম্মি । হৌখ্রবা থৌদোক্তুদি মহাক কাউবা ঙম্লমদে। লোংখ্রাক লোংনা হিপ্না-হিপ্না মমিত্তগী মপি অর-অর শীন্থরক্লম্মি। পিরাংলক্তা হৌখ্রবা পুন্সিবু মশেন-মরাং ওইনা উরক্লম্মি ।

মহাক মমা-মপা মশক খঙহৌদ্রে । মহাক্না তাইবঙ মীরোন খঙলকপদা মরী-মতা অমনা য়োক্লম্মি । মরী-মতাদু কবি করম্না মরীনো খঙদে । অমুক্তা চাক পুক থন্না পীজদে , মহাকপু থীনা থীনা তৌবি । অদুক পিক্লিবা মহাকপু মীনাইগুম্না থবক শীজিন্নৈ । চৈবিবদি নুংশিৎমুক কৃংঙি, ফৃবিবসু মশীং খঙদে । মীওৎ-মীচৈ খাঙবা ঙমদ্রদুনা নোংমা নোংঙাল্লমদাইদা মহাক তুমিন য়ুমদু থাদোক্লমলগা চেল্লক্লম্মি। কদায় তাল্লা চেনগদৌরিবনো হায়বা মহাক খঙলমদে। মতমদুদা মহাক্না খনবা হায়বনু মহাকপু য়োকপিরিবা অদুগী মীচৈ অমাদ চৈফৃদগী নাম্ভাকপা আসেতনি । চিংনুংগী শোংলবা উরক রারক ফাওদুনা পঙচেন্দা চেল্লম্মি। শা কে লৈবমগনি হায়বগী রাখন মঙঙান্দা লৈরমদে । তূ-খোং কয়া লাল্লোক্লম্মি : মহাক্না চেল্লিবদু মায়কৈ কদোমদনো, কদায় যৌরবগে হায়বসু খঙলমদে । মায়কৈ শলাই খঙদনা পঙচেন্দা চেনবনি । চাবা-থকপা থিদনা পঙচেন্দা চেল্লম্মি , নুংক লাম্লক্লবা মতমদা খোংদগী চাং, হক্লম্মি : অসুম্না চেল্লকপনা নুমিদাং ওইবক্লম্মি । অদুবু মহাক চেনবদি লেপ্লমদে। শাজাক্তং শোৎ-পেক লাইবা মখোন তাদদা মহাকপু কাগাদবগী তাম্নরক্লবোই নীংলম্মি । মতমদুদা পাহৎপগা লেহাংনা অমুক্তা হেন্না কম্না চেল্লম্মি , মাইংগী অমাদ চাংনাংগী মাচিক মীরাইখোন তাদ্রবা আচকপদু মঙঙান্দা 'কপ' পোক্লমদে। মহাক্না কাবরাদ তানবক্লগা ফাদিগদ্রা আসেতনি। চেনখ্রুনা সিংকা শোরা খোনদা বারক্লম্মি । চেন্না চেন্না কনম্না মতমদা কনখ্রনা রোম তুখিবা মশানা শঙ্গুরবমদে।

জ্ঞান তাবকপদা নোং ঙাল্লমলে । উচেক রাযানা নুংশিবা খোনজেন্দা খোংবা তাবম্মি । অনাকপদা ঈশিং-খোংদা ঈশিংনা ত্রোং-ত্রোং চেনবগী খোনজেনসু তাবম্মি। অশুকপা মকম ওইবনা মফমদু নুংশা মঙান্দি য়ৌরকপা

ঙল্লমদে। মহাক্না মমিৎ পাঙথোরকপদা মমাঙদা মীয়ায় চল্লবা নীপা অমা লেপ্পুনা লৈবম্মি। নীপাদুবু হেক উবদা মহাক কিবম্মি। হৌগত্তুনা চেন্নীংলম্মি, অদুবু চেনবা ঙল্লমদে। নীপাদুনসু মহাক কিরে হায়বা খঙলম্মি। নীপাদুনা মঙোন্দা মহাক কনানো, মতৌ করম্না মফমদুদা ফিভম অদুদা লৈরম্মিবনো হায়না হংলম্মি। অদুবু মহাক্না নীপাদুগী মরোন খঙলমদে। মহাক কিবা হেল্লম্মি, মশা পূম্বা থক-থক নিক্লম্মি। নীপাদু মহাক্কী মনাক্তা চঙশিল্লক্লম্মি, মহাকপু নুংশিনা নানবিরম্মি, মঙোন্দা যাওরকপা অচা-অথক পুথোক্লগা পীজরম্মি। অদুবু মহাক পাক চাবা ঙল্লমদে, মমৈথঙদা য়াম্না কিনা চারম্মি। কিনা কিনা মহাক্না খুন্নকপা ৱাঙাঙদগী নীপাদুনা মহাক কুকি মচানি হায়বা খঙলম্মি, মহাক্নদি নীপাদুবু খঙবা ঙল্লমদে, নীপাদুগী মরোন মহাক শুকখঙ খঙবা ঙল্লমদে।

নীপাদুনা থেমদুনা মহাকপু মাগী মযুমদা পুরক্লম্মি। যুমদুদা মহাক্না লেংমাননবী নুপীমচা অমথক নত্তুনা কনামত্তা লৈরমদে। মহাক লাকপা উবদা নুপীমচাদুনা মঙোন্দা ঙক্না য়েংলম্মি। মপানা হায়বদগী নুপীমচাদুনা মহাক মখোয়দা লৈবগদবনি হায়বা খঙলম্মি।

নীপাদুনা মহাকপু মচাদা মচাদৌনা যাম্না লুনা তৌরম্মি। অদুবু মহাক অহানবদদি য়াম্না হৈনেরমদে, কিসু কিবাম্মি। মফমদুদগী চেন্নাংলম্মি। মপা-মচাগী মীওক-মীচান ফবা মতৌ, মহাকপুসু লুনা তৌবা অদুনা মহাকপু চেৎনা পুনাশনদ থম তৌরম্মি। নোকমি-নোকমি তৌবা নুপীমচাদুনা মতম পুম্নমক্তা মহাক্কী মনাক্তা লৈদুনা ফাওনবা ঙমদ্রবা মবোন্না কাব কারনো ভাঙবদু মমৈথংদদি মহাক্না হায়রিবদু করিনো হায়বদু ৱাখল্লা লাকশিনবা ঙল্লক্লম্মি। হৌজিক্তি লোন খঙনদ্রবসু থংম্মাই অনীবু লাপথোক্লহনবা ঙম্লক্ত্রে। তোংন-তিন্নরক্লম্মি, শান্নামিন্নবাম্মি। ঙবাংত্তা খঙনরকপানি হায়বা ফাও কাউথোকখিবাম্মি। মহাক অনৌবা মরুমদুগী লোন খঙবা ঙম্লক্লম্মি। মশামক ভাঙবা ঙম্লক্লম্মি। মতমদুদা খঙলকখি-- মহাক্না লৈরিবদু তমেংলোংগী যাম্না মনুং হুনাজন্না লৈবা কপুই খুল ওমানি, মহাক্না লৈরিবদু কপুই ইম্ফুংনি।

"মিষ্টর থংখনপাউ, কমদৌবি? হকচাং খবা ন্যুংঙাইরব্রা? থুনা ফগৎনবা ইনজেক্সন অমতা কাপসি।" নর্সনা হায়রকপা ৱাসি হেক তাবদা মহাক্কী অঙাং ওইরিঙৈগী মঙলান অদু মাঙখিরম্মি। নর্সনা মহাক্কী য়েৎথংবা পাম্বোম মরুদা ইনজেক্সন কাপ্লম্মি। নর্সতু তাংখুল নিঙোন্নি। তবোপ-তবোপ্পা হকচাং, ঈ থাংনা

ভৌবা কোয়দানবা মায়থোঙ, নোকমি-নোকমিবা মচীনবান— থংখনপাউ মমিৎ কুপ্তবমথৈ মঙোন্দা য়েংলম্মি ।

পাখং ৱায়-ৱায় ফারকপা মতাংনি । মহাকপু য়োকপা মপা চুঙ্গাইরুল খুল অমদা ঙসাই নোংঙানবদগী থবক চৎখিরম্মি । ঙসিদি মহাক মতোমতা পামদা থবক শুরম্মি । নুংশানা কোক্তোন লোম্লক্লে । হুমাংনা অর-অর শীন্থবমথৈ চোকথবা খঙদনা শূবনি । ঙহাক পোথাগে খন্দুনা উরুম অমদা ফন্নম্মি । অথাপ্পদগী শকখঙদবা চেক্লা অমনা খোম্থাং নাইনা খোংলক্লম্মি । চেক্লাগী খোনজেন তাবদা মহাক্কী থবক শূরুবগী অরাবা কোর্কাখিবগুম তৌরম্মি । চেক্লাগী শুমহৎনীংঙাই ওইরবা খোনজেন্দু তানা-তানা মমিৎ কুপ্তবমথৈ অতিয়াদা পাইরিবা অমংবা নোংহৌবু য়েংদুনা লৈরম্মি । খঙহৌদনা মখুৎ মচা অনীখক্লা মতুংলোমদগী মহাক্কী মমিত্তু চেৎনা খুর্মাওল্লক্লম্মি । থাজদবা মতৌদুদা মহাক ঙক্লম্মি । মহাক্লা লামখভুনা মখুৎ মচা অনীদুগী পাম্বোমদা পায়রদুনা হায়রম্মি, "খঙদ্বে অপুই, থাদোকওসে, নবুং ঐঙোন্দবু অদুম তৌবা হৌনব্রা ?

অপুইনানা মহাক্কী মমীৎ খুশ্বদু থাদোক্লম্মি, অদুগা ইশি শিনা নোক্লম্মি। "কাব হায়বা" ইবুং! নঙবু ঐগী ইবুং! নোক্লীংবা ৱানি। কুাক পাখং অমগা কবুই লৈশাবী অমাগা মচিন মৌপুৱা ওইবকো। ঐদি খঙবিদেদনা ।"

অদুদগী অমুক ইশি-শিনা নোক্লম্মি।

"হলো মিষ্টর থংখনপাউ, হাউ ডু য়ু ফিল নাউ?"

খোনজেন অসিনা মহাকপু মিৎকপ থংথোক থোকহনবদৌনা তৌবম্মি। মমাঙদা পুলিস সব ইন্সপেক্টবগা ডাক্তরগা লেপ্পুনা লৈবম্মি। মহাক্কী মচীন্দগী কবিগুম্না ৱাহৈ অমতা থোবক্লমদে। সব ইন্সপেক্টরনা মখা তারক্লম্মি, "মিষ্টব থংখনপাউ, থোকখিবা থৌদোকশিং অদু অমুক্তং মরিক চুম্না তমহন্নীংঙৈ। মখোয়দুগা মরক্তা মশক খঙবা মী য়াওববা? যাওরবদি মমিং মথা, লৈফম্মচিংবা....। নহাক্কা মখোয়গাদি হান্না য়েংথীনবা লৈব্রা?"

"সার, ঐঙোন্দা করিমতা হংবিরগনু। মখোয়না হাৎখিবদো ঐগী নুপীনি, ঐগা নুংশিজর্বী অপুইনা। ঐগী খরাম কনাবনকপী ঐগী নুপী !"

"অদুক তমথিবনা মখোয়দুগ ..." কুাক অমগা নুপীবু কুাকনা হাৎপা! মবম কাদগানো।"

“ঐগী ৱাহংসু মদুনি সার! মীনা মীবু হাৎলিবসি করিগীনো? মীনা মী হাৎপা করিগীনো?... করিগীনো?....করিগীদমক্তনো?”

মহাক্কী মতৌদুদা ডাক্তরনা সব ইন্সপেক্টরদা ইঙ্গিৎ তৌরম্মি, অদুদগী মখোয় অনী থুনা থোকখিবম্মি, চৎলমদাইদা ডাক্তরনা হায়রম্মি,“মিষ্টর থংখনপাউ,প্লিজ রিলেক্স, কাল্ম ডাউন প্লিজ।”

লোংখ্রাক লোংনা হিপ্পদা সিল্লিংদা নপ্পা ফেন্দুনা কন্না উংবদু উরম্মি। মহাক ফেন্দুদা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মি। ফেন্দু মখোনসু খরা-খরা থোক্লম্মি। ফেনগী মখোন মবক্তা তাবগুম তৌরম্মি।—

“থংপাউ, ইপাগী অপুইনা, ইপানা নখোয় অনী লুহোংবিরগনি।”

ৱাদু হেক তাবদা মখোয় অনীমক ইকায়-নুংশি য়ান্নবম্মি। অপুইনা ইমুংদা চেনশিনখিরম্মি. থংখনপাউনা কোম্থোঙলোমদা চেম্থোরকখিরম্মি।

খনবমখৈ খল্লবা মতুংদা চুঙ্গাইকুলনা ৱাবেপ অসি লৌখবনি। অহানবদদি মহাক্না মখোয় অনীবু মচীন-মৌপুৱাদৌনা খল্লম্মি, নিঙোন অমগা পিবা অমগনি হায়না। অদুবু মখোয় অনীগী মরক্তা লৈনরম্বা মবীদু খঙলকপদা অহানবদা খবা নুংঙাইবমদে। খনখি, হৃইনাউ মচা চাউনবা য়োক্লগা লৈতোন লেক্লে। থংনবা মিৎকুপ্তা মহাক্কী লৈখিদ্রবী নুপী গাইগিলুংবু নীংশিংলক্লম্মি। মখোয় অনীগী মবী থদৎপা হায়বসি গাইগিলুংগী থরায়বু অৱাবা পীবনি। গাইগিলুংনা মহাকপু কৈদৌঙৈদসু ঙাকপিরবোই। মমৈথংদা মখোয় অনী লুহোংবিরগে হায়না লেপখিবনি। খুনগী মবী মতা, মরূপ-মপাং খুদিংমক্তা লুহোংবগী পাউ পীরম্মি, লুহোংবিনবা থৌবাঙ তৌবম্মি।

[illegible] মশক মতৌ ফজবী নুপীমচানি। মহাকপু পামজবা খুনগী পাখং [illegible]। [illegible] ওইবা কয়ানসু মহাকপু মমৌ ওইনীংলম্মি। অদুনা লুহোংবগী [illegible] জাৎ তিন্নদবা নীপানি হায়দুনা মখোয়না য়েৎখি। খুনসিদা নঙগী [illegible] বুই পাখং অমতা লৈত্রববা হায়না খুনজা পুন্নমক্না চুঙ্গাইকুলদা [illegible] মচানুপীগী থম্মোই কায়বা মশক য়েংবা ঙম্মোইদবনা লেপখ্রবা ৱাদু [illegible], অদুগীসু মথক্তা থংখনপাউ পিশক পিক্লিউঙৈদগী মহাক্না মচানি খন্না য়োকচবক্লবনি, মৱমসু ওকই।

কদোমদগী কমদৌনা হৌরকপা মৈনো, লোইবী নাপোম থুংনা মায়কৈ খুদিং চাক্লম্মি । চাক্লক্লিবা মৈসিদা মবান লৈজদ্রবা মীওই কয়াগী পুঙ্গিনা আহুতি পীরম্মি । নোংমা কাংদনা তানরকই --- "নাগানা কুকি তরা হাত্তোকখ্রে", কুকিনা নাগা খুন অমা মৈ থাদোকখ্রে, নুপী অঙাং য়াওনা মীওই তরামঙা শিরে", "মরান লৈজদ্রবা হনুবা-হনুবী কুকি মতৈ-মনাউ নাগানা ময়ূমদা চঙ্লক্লগা হাত্তোকপিরম্মে", "নাগা অঙাং মঙা কুকিনা হাৎখ্রে।" অসুম্না তাবদা নুংঙাইত্রবা পাউ ঙাক্তা হন্না-হন্না তার্বম্মি । অসিগুম্না মীনা মীবু হাৎপসি মহাক শুকয়া য়ানীংলমদে ।

নোংমদি ইথা থাজদনা খুনগী নহা ওইবিবা নীপা মখৈ পূল্লপ হৌনদুনা অয়ুক্তা চুঙ্গাইরুলগী ময়ূমদা লাক্লম্মি । মফম কয়াদা কুকিশিংনা নাগা কয়া হাৎখ্রে। থংখনপাউ কুকি মচানি। মহাক মখোয়গী য়েক্লবনি । মখোয়না মহাকপু হাৎলগনি সিনি । মতমদুদা থংখনপাউ ময়ূমদা লৈবমদে । অপুইনানা কপ্লদুনা খুনগী মবুং-মৌপ্পাশিংদা থংখনপাউবু হাৎপিদনবা হায়জবম্মি, অদুবু মখোয়না য়াবা লৈরমদে । মমৈথঙদা খুনগী অহন খবা লাক্লগা থেমজিনবদগী, মতমদুদা থংখনপাউসু ময়ূমদা লৈবমদবগা মখোয় চুঙ্গাইরুলগী ময়মদগী হনখিরম্মি । মখোয়গী মরক্তা খবনা থংখনপাউবু লেম্না থাবোই ওয়না হন্না-হন্না হায়বম্মি ।

নুমিদাংরাইবম থংখনপাউনা হল্লকপদু খুনগী মী অমতনা উহৌরমদে। তেক হল্লকপগা অপুইনানা অয়ুক্তা থোকখিবদু কপ্পা কপ্পা তপ্লম্মি । থংখনপাউ খুনসিদা চাউবকপনি, খুনসিগী মী পুম্নমক মহাক্তা মপা-মতোন, মচান-মনাউ, মরূপ-মপাং ওইনা খল্লম্মি । অদনা মহাক্তা অপুইনাদা হায়রম্মি, "কুকিশিংনা নাগা খরা হাৎখি হায়বদুদা শাউদুনা হায়রিবনি। ঐগী ইশক উরগা মখোয় করিসু তৌবা ঙম্লোই।"

নুমিদাং ওইবক্লম্মি । মকুবোক চুঙ্গাইরুলনা থংখনপাউবু চখো ক্তনবা, মিং না শিংনা লৈনবা হায়বম্মি । হায়রিবা পুম্নমক্ক থংখনপাউ শুকথা থাজবা ঙম্লমদে । মকুবোক্কী চাঙ্ক্তা খুম্নসু তৌবমদে, তমিন লৈবাম্মি । নুমিৎ চুপ্পা থাপ্পা চখোক্লুবগী রাবনা চাক তোকপগা মহাক খো-খো নাখোক্তুনা তুমথখিরম্মি ।

অপুইনা কাব থোক্লগদগে খনবদা তুম্বা য়ারমদে। মপান্দা অমম্বদা মীগী খোনজেনগুম্বা মুকম-মুকম তৌবগুম্বা অমা তাবম্মি । মনা থাঙ্গাত্তুনা তাবম্মি । ঙাউনারিবদু ময়েক শেংলক্লম্মি

"চুঙ্গাইরুল নঙ জ্ঞান তাউ। নহারোলশিংসে খাম্বা য়াদ্রে। মখোয়গী রাসিদা অচুম্বা অমা যাওরি। মখোয় কুকিশিংনা নাগাগী খুন য়াম্না মৈ থাদোকখ্রে, নুপী অঙাং য়াওনা মী কয়া হাৎখ্রে। হৌজিক্তি ঐগী-ঐগী হায়বদু লাক্লবনি। মরোন লোনবা মীবু করম্না থাজবা ঙমগনি। মহাক্না মাগী জাতিগীদমক য়েংদুনা ঐখোয়গী খুন অসিগী মাঙনবা তৌরকপা য়াই। কুকিশিংবু তুমিন্না খুন অসিদা পুশিল্লকপা য়াই। মহাক্না ঐখোয়গী খুন অসিবু তুম্না মৈ থাদোকহল্লগা ঐখোয় পুম্নমকপু হাৎলোকুবা শরৌ শীল্লকপা য়াই। মতমদুদা নঙবুসু, নচানুপী অপুইনাবুসু কনামতা খাকলোই। মরমদি মাগী জাতিগীদমক্তি খন্দুনা তৌরক্কদৌরিবনি। অদুনা ঐখোয়সু ইশাগী জাতি অসিগী খন্দবা য়াদবনি। য়াববদি মনা-মনিন নাইহন্দনা নঙগী নখুৎমক্না মহাকপু হাৎপা ফৈ ...।"

খুনগী অহল অমনা হায়বনি। চুঙ্গাইরুল রা মচেৎ অমত্রা ঙাঙলমদে, ঙাঙবা ঙম্লমদে। অহন্দুনা মখা অমুক তারক্লম্মি, "চুঙ্গাইরুল, নঙ নশাগী ভাক খনগনু। নাগা জাতিগী খল্লু, কবুই জাতিসিগী য়েংদুনা, খুন অসি কন্নবগীদমক নঙগী নমাক হাৎপা তাববনি। নঙনা যারে হাৎলে, য়াদ্রে হাৎলে।"

হন্দক্তি চুঙ্গাইরুল খোনজেন নিক্না য়াম্না তপ্পা রা ঙাঙলক্লম্মি, "ফরে, সুম তৌরসি। ঐনা মাবু ইচা শক্না পিশক পিক্লিঙৈদগী য়োকচরকপনি, হৌজিক্না ইচানুপীগী মরানি। ঐগী খুৎনা মহাকপু হাৎপা ওইখোক্তবনি। মহাকপু নখোয়না হাৎপসু ঐ য়েংবা ঙম্লোই; ইচানুপীনসু য়েংবা ঙম্লোই, মহাক্কী থম্মোই কায়গনি। নখোয়না মাবু ইপা-ইচাগী মাঙদা হাৎকনু। থংখনপাউদি রাফর্মাস কবিমত্তা খঙদ্রিবনি। নোংমা তান চাবা অমদা মহাক্না পামদা থবক শুবিদৈদা তুমিন্না লুম্লগা হাৎলু। ইচানুপীগী মরাইবক্তা অসুম্না থোকউ হায়না তম্লম্লবা হায়দুনি।"

"ফবে, নচানুপীগা নমাক্কদা খঙহনবা য়াদে। হেক খঙহনবদা নঙসু শিবে, খঙলেদনা! ঐখোয় চৎলে।" অহন্দুনা অমুক হায়রকপনি। অদুদগী মখোয় খরা চৎখিবগী খোঙথাংগী মখোন তাবন্মি। অপুইনা নুংশা থীবনা মিহুন তীং-তীং চোংলম্মি। মপা ইমুংদা চঙলক্কদৌবে খঙলবদা প্রপ প্রপ চঙখ্রগা থংখনপাউগী মনাক্তা নাখোক্তুনা তুমশিন্নরম্মি। চুঙ্গাইরুল ইমুংদা চঙলক্লম্মি, ইশি শিনা তাম্লিবা মচানুপীগা মমাক্কদা মুন্না য়েংলম্মি, মমিওগী থিংবা ঙমদ্রবা পি মতুম মতুম চেম্থরক্লম্মি।

অপুইনা তূম্বা য়ারমদে, মপা চুঙ্গাইরুলসু তূম্বা পাক য়ারমদে। অপুইনানা মপা তূমথখ্রবা হায়না মনা থাঙ্গৎ-থাঙ্গত্তুনা তারম্মি। নোংঙাল্লমদাই ওইরক্লবদা চুঙ্গাইকল খো-খো নাখোত্তুনা তমথখিবাম্মি।

অপুইনানা থংখনপাউবু তূমিন্না হৌদোক্লম্মি, অদুগা অথেঙবা অহিংদা খুনগী মীশিংগা মপাগা ঙাঙনাখিবদু তল্লম্মি। থংখনপাউ য়াম্মা ঙল্লাম্মি, হৌজিক ফাওবদা খুঙ্গংগী মীশিংনা মাবু অসুক তাথীগনি হায়বসি শুকথা থাজবা ঙল্লমদে। অদুবু অপুইনানা কন্না হায়বদগী যানীংদ-য়ানীংদনা মঙ হাপ্তুম মনীংথোঙ হাংদোক্লগা মখোয অনী কাংথক হাবা যূমদুদগী তপ্পা-তপ্পা কৃমথরম্মি, ময়ুমগী মনীংদা লৈবা লোকচপ অদোমদা তপ্পা - তপ্পা কৃমথমিন্নখিরম্মি।

মখোয অনী মখুৎ শম্নবগা নিংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্না পঙচেন্দা চেল্লম্মি। ঙাসিদি থংখনপাউ কাউখোক্লুরবা, মহাক্কী হৌখ্রবা পুন্সিগী মতাং অমা নীংশিংলক্লম্মি। নোংমসু মহাক অসুম্না পঙচেন্দা চেনখি, মতোমতাং ঙসিনা মখোয অনী চেনমিন্নরি। নুংশাথীবা মবক্তুদা নোক্লীংবা অমসু য়াওরক্লম্মি, অদুবু নোকপাদি ঙম্লমদে। চেন্না-চেন্না লাকপনা নুমিৎযুংবা মতুং নুমিৎ থন্না লৈথবকপগাদুদা মীগী খোনজেন থবা তারম্মি। মখোয় অনীমক মামৎ-মনা চপ য়ুংখৎলম্মি। মোংশোং অমগী মবক্তা চঙদুনা লোংলম্মি। মীশিংদুগী মরেন্দ্ তারবা মতুংদা থংখনপাউনা অপুইনাদা হায়রম্মি, "অপুই, হৌজিক্তি কিনীংঙাই লৈত্রে। ঐগী জাৎকী মীশিং লৈবে।"

মখোয় অনী চিংনবা লৈতনা মোংশোং মনুংদুদগী থোরক্লম্মি, অদুগা তপ্পা তপ্পা চৎপা হৌরক্লম্মি। হন্না চৎলগা খোং অমগী ময়াদা খুৎলাই পাযদা কুকি নহা কুনমক থেংনরম্মি। মখোয় ময়াম্না মখোয় অনীবু ফারম্মি। থংখনপাউনা মহাক্কী মরোন্দা মখোযগা ব্রারী শানরম্মি। মখোয়না মহোন্দা নহাক্কী নুপীসি নাগানিনা মখোয় পুম্নমক্না নুপীনি হায়না কনেম্নবরম্মি। থংখনপাউ শাউনীংলম্মি, মখোযদা শংত্রিক যেংলম্মি। মখোয়না অপুইনাবু উ অমদা পুল্লম্মি, অপুইনা কপ লাউদুনা নাম্থাক্লবা হোংনরম্মি। থংখনপাউবুসু উ অমদা পুল্লম্মি। মখোয়গী মবক্তগী অমনা খুৎলাই পীগে, অপুইনাবু হাৎলু হায়না থংখনপাউদা হায়রম্মি। থংখনপাউনা শাউনা নীংপাদুদা মতিন শিংচিল্লম্মি। মখোয অহুম-মাবনা থংখনপাউবু ফুবাম্মি। মখোয়গী

মরক্তগী অমনা থাঙগী মতোন অতুম্বদুনা অপুইনাগী থবাক মপাগী ফুরিত্তু শেগায়রম্মি । অপুইনা ইকাইমনখ্রদুনা মরু লুকথরগা কপ্পুনা খাঙলম্মি । থংখনপাউ শাউবনা ফি-ফি কাম্লম্মি । নীপা অমনা ইরং লংবা মতোন তুম্বা থাঙদুনা উৎলগা অপুইনা তম্না চঙশিল্লম্মি । অপুইনানা লাউরক্লম্মি ।

"পাউ, ঐবু কল্লু, ঐবু কনবিয়ু । মখোয়না ঐবু হাৎকদৌরে । পাউ, মখোয়বু খাম্মু । থংপাউ ! তারিব্রা থংপাউ ! মখোয়না ঐবু হাৎলে, ও: ঐবু হাৎপিরে পা ...উ...!"

নীপাদুনা অপুইনাগী মথবাক্তা মহাক্কী থাঙদু মরেপ থূম্না থিংজিল্লম্মি ।

শাউনীংবনা খাঙবা ওমদ্রবা থংখনপাউনা মনাক্তা লেপ্পা নীপা অমদা খোঙপাক্লা কাওবম্মি । মখোয় ময়াম চঙদুনা মহাকপু ফূবিরম্মি ।

থংখনপাউ হোসপিটালগী ফমুংদুদগী লোংনা খংহৌ হৌগৎলম্মি, অদুগা অপ্তাওবগুম লাউরম্মি।

"ঐসু মী হাৎকনি, ঐসু মী হাৎকনি, ঐগী অপুইগী লমন খুমগনি।....কুাক? ... নত্রগা নাগা...? ঐনা হাৎকদৌবিবসি কুাকবা?...নাগাবা নত্রগা তাইবঙ-মী হায়বদ্রুরা....?"

ইম্ফাল

১০/৯/৯৫

# তূমহৌদ্রবা অহিং

"পাবুং! পাবুং! পাবুং, থোম্ভ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু। তাবিরিব্রা পাবুং?"

মীচিক-মীবাউখোন তাদ্রবা, নোংয়ায ইচিক হুল্লকপা মতমদা কনাগুম্বা অমনা কৌবকপগী খোনজেল্লি। ঙসায়মখৈ লাইরিক অমা পাবম্বদগী থেঙমল্লে, নোংয়ায-মতুং পুং অমা ওগদৌবে, তূমসু তূম্লীংলে হায়দুনা মৈ মুথৎলগা হিপথবদা মঙায়রম্মি। য়াম্লা তূম্লীংবগী হিপথবগদা ঙায়বদুনা মহাক হৌগৎনীংলমদে, অদুনা তাববসু তাশিন্নদনা তূমিন লৈরম্মি। খোনজেল অদুমক্তা মহাকপু হয়া-হয়া কৌবক্লম্মি। খুমদ্রবদি কয়া ফবরোইদ্রা খন্দুনা য়াম্লা খুম্লীংদনা হম্লম্মি "কনানো?"

"পাবুং, ঐখোয়নি।"

"ঐখোয় হায়ববু কনানো? কবি মরমগীনো কৌনিবনো?"

"পাবুং, ঐখোয় নচাশিং ঙাক্তনি। থোঙ হ ... হাংদোকপিয়ু।"

"মতমসি ফনা থেঙলে, হয়েং ওইনা উন্ন ... শা।"

নুংশা থীবিগনু পাবুং, থোঙ অমুক্তা হাংদ... পিয়ু।"

মহাক্কী নুপীসু ঙাঙনাবনদু তাবদুনা। হৌগৎলগা অমম্বদুদা মাব-মারদুনা মহাক্কী মনাক্তা তূমিন লাক্লম্মি। মহাক্কী নীপাগী মশাদা পাথবগা থোঙ হাংদোক্লনু হায়না ইঙ্গং তৌরম্মি। তানজাদুদা, থোঙ দম্ভ-দম্ভ থীল্লক্লম্মি। হায়গী খোনজেল্দগী মায়দবা খোনজেল অমনা কল্লপ্প হায়বক্লম্মি, "পাবুং, হাংদোকপিবনোইদ্রা? হাংদোকপিদ্রবদি..."

"করিনো নঙনা তৌরিবসে? করিগী থোঙ অদুক কন্না থীল্লিবনো? নুমিদাংসিদা, অদুম্মা তৌবদু ফবরা? নঙনা শাউরগা হাংদোরক্কদ্রা? মতম থেঙখিবসিদা হঙ্গোইদুনা তৌরিবনি।" অহানবগী খোনজেন্দুনি । খোনজেন্দুনা মখা তারক্লম্মি, "পাবুং, চিংনবিগনু। য়াম্মা থুনা থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু। ঐখোয় নচাশিং ঙাক্কেনি।"

মিহুন তাং-তাং চোংবা হৌরক্লম্মি। মপুক্লীংনদি থোঙ হাংদোক্কে শুকখন খর্নখদে, অদুবু মখুৎনা চিৎকিনীদু পারগা ক্রোক লাউনা চিংথরম্মি। চিৎকিনীগী মখোন্দু তাবদা নুংশা থীরবী মহাক্কী নুপীনা থাউমৈগী স্থইচ নল্লম্মি। কান্দু খংঙান ঙাক্তোরকপগা লোয়ননা থোঙসু গে লাউনা হাংদোরক্লম্মি। চহী কুনগী মখা ওইগদবা নহা অহুমথক থুনমক ইমুংদা চঙলক্লম্মি। মখোয়গী মবক্তগী অমনা থোঙগী চিৎকিনীদ থুনমক পানশিল্লম্মি।

"ইবুংঙো, ঐবু নখোযদা খরা পাংখিবা কুইদ্র। ঐদি শেন য়াম্মা পাথবা মীসু নত্তে। অচৌবা ওফিসার, থিকাদাবগুম্না শেঙ্গোক লম্বী যাম্মা লৈবা মী নত্তে ইপাদি। নখোয় অমুক্তা খঙ্গ্লো ইচাশা, লৈবদবু ঐনা নখোয়দা পীবোইদ্রা, লৈতবগী তৌবনি।" শোবকা হোন্দবমইখ শ্লোক থীবদৌনা মথং মথং হায়থবক্লম্মি। নহা অহুমদগী মনুংদা মশা খরা পারপ তৌবগা তোঙ্গানবা, মাঙ থানা লোপ্লিবদুনা ওম্না হায়রকই "পাবুং নুংশা থীবিগনু। ঐখোয় পাবুংদগী শেন লৌগে লাকপা নত্তে। ঐখোয়গী লৈফমদু পুলিসনা খঙখ্রে হায়বা পাউ ফংবদগী ঐখোয় পুলিস লাক্ত্রিঙৈদা মফমদু থাদোক্তুনা চেল্লকপনি। পাবুংগীসিদা মতম খরা লৈবা তাবে।"

"নত্তে ইবুংঙোখোয়, মদুদদি পাবুংদা হায়গনু। ইমুংসিদা লৌবিবসি নমাগা ঐগদান। কদংগুম্না পুলিসনা খঙখিবা থোক্লবাদ কয়া মওং চাগদবা মান্দে। নোং ঙাল্দ্রিঙৈসিদা ইচাশিংগী ফগদবা মফম অমা যেংহৌবনা ফগনি।" খোনজেনা নিক্লপ তৌনা হায়রম্মি।

"পাবুংনা তায়রিবসি ঐখোয় লৈবা যাবোই সিনিনো। ঐখোয়দি লৈতবা যাদবনি।" তুং ওইরপ্পা লোপ্লবা মথিক খরা নেম্বদুনা খোনা কল্লপ্পা হায়রক্লম্মি।

"মফমসিদগী হেন্না খুদোংচাবা মফম অমা ফংদ্রি মইথদি পাবুংগীসিদা লৈবা তাবে। থংনাবা কাসিদা ঐখোয় লৈবা যাবোইদ্রা?" রাসি হায়বদুনা মশা

তোঙ্গানবা নহাদু থংনবা কাদুদা চঙখিরম্মি, লাকমিন্নবা অনীদুসু মহাক্কী মতুং ইল্লদুনা কাদুদা চঙখিরম্মি। যুম্থু ওইরিবা মখোয় অনী অমনা অমবু তঙক-তঙক য়েংনদুনা লৈহৌরম্মি। পম্থবা তৌদনা মখোয় অনীসু মখোয় অহুমগী মতুং ইন্দুনা লাক্লম্মি। মহাক্না ফাজিল্লবা খোনজেন্দা হায়রম্মি।, "ইচাশা, নখোয়না তৌরিবসিবু.....?

"পাবুং,ঐখোয়না তৌরিবসি...."

"মখা তারনু", মথিক খরা নেম্লদুনা হায়বকপা বাদু মরক থংলদুনা অমনা হায়রক্লম্মি,"পাবুং, হৌজিক নুমিদাংনি, বা-লাং ঙাঙবিদবনা ফে।"

থম্মোইদা মিহুন তীং তীং হুল্লবদু ফাথনবা হোৎনবগা মহাক্না অমুক তপ্না হায়রম্মি,"ফরে-ফরে,ঐদি নখোয়গা ৱারী খরা শানবদি পাম্লনি। নখোয়গী চাক ঈশিংদি কমদৌবা ?"

"পাবুং, ঙসিগীদমক্তদি যাজরে। ৱাদি বাতাইদি কোন্নসু শানবা য়াইদা। ঐখোয় নুমিৎ খরা লৈথগনি। হিপকম শেম্লবা ফি-রোন খবা পাম্মি।

মহাক না মখা তারমদে। হায়নীংবদি লৈরম্মি, হায়কবগা মখোয়না অমুক কৰি হায়বক্কদগে খনবদা মখনাঙদগী ৱাহৈ অমতা থোবক্লমদে। মহাক্কী নুপাদা হাইকেঙং য়েংবগুম তৌরম্মি। মহাক্কী নুপা কাদুদগী তুমিন খোকাখৎলম্মি, ঙহাক লৈবগা ফি খবা পুবগা লাক্লম্মি। মখোয় অহুমগা মরক্তগী অমনা ফীশংদু লৌবগা মখোয়দগী তুমফম শেম্লম্মি।

"পাবুংগা ইমাগা পোখাবিরুরে, ঐখোয়সু চম্মদে।"

"ইচাশা,....."

"পাবুং, বা-লাং হয়েং ঙাঙলবসি। পোখাবরুরে।"

হৌনবা লৈতনা মখোয় অনীমক মখোয়গা কা যৌদরে। বা মচেৎ অমত্ত ঙাঙনরমদে। মহাক নুংবংনা সোফাদা তপ্না ফমথরম্মি। মহাক্কী নুপা মহাক্কী মনাক্তা লাক্লগা তুমিন লেপ্লম্মি। 'নংশাঙ্শোব অশাংবা' অমা হোল্লগা মহাক্কী মনাক্তা ফমথবক্লম্মি। মহাক্না মহাক্কী নুপীদা হাইকেঙং য়েংলম্মি, মহাক্কী নুপানসু মঙাল্লোমদা য়েংলকখি। ঙহাক্তং য়েংনবদুদা খোনজেন খোক্তনা ৱা কয়া ফোংদোক্লখি, ৱাতং কয়া হংনখি।

থংনবা কাদা  মখোয় অহুম্মা নাখোকপগী মখোন ময়েক শেংনা তারম্মি। সোমদনা  মখোয় অনীদি সোফাদগী মচী লেঙলমদে। মমিৎ কল্লা অমা ফাওবা উইশিন্নীংবা পোল্লমদে, শোর ফাওবা নাশোন পিল্লা হোল্লম্মি।

টেবল মথক্তা থম্লিবা টেবল-ক্লোক্তুদি হৌজিক্তা ময়েক শেংনা মখোন থোরক্লি ---- তেক-তেক-তেক-তেক।

ইম্ফাল

৩/১১/৯৫.

তোন্দোন খরা শউরে। ফমুংদা চঙদুনা হিপখ্রে। ঙসিদি মহাক্কী নীপাসি খবা শাউরে হায়র্বাস সনাতোম্বীসু খঙঙি, মনাক্তা চঙশিল্লগা কাঙখন হাইদোক্কুনা কাঙ হুমদোকই। অদুদগী ফমুং মচীদা ফম্লগা তোন্দোনগী মশাদা নানবিবোই নম্বিবোই তৌকই। তোন্দোন্না মহাক্কী মখুত্তু ঈম্বোবক্লগা হায়বকই -- "য়ারে-য়ারে, ঐ সেবাকা পামজদ্রে । ঐ ঙহাক্তা পোথাগে। নঙসু তুম্মুবো চৎলো।"

চন্দক্কী রাতাসিদা সনাতোম্বী ইকাই খুমশিন্নে। খবা খজিক রারৌই। কাঙখন যেপশিল্লম্লগা তুমিন থোবক্লে। কাম থনবনো খঙদে, লময়ায়দা ঙহাক্রুং চপ লেপ্পুনা লৈ। থংনবা কাদা মচানুপা অনী তাম্লিবদু হন্না যেংলুদ্রে। (নুংতৃগীদি মান্না তুম্লমদাইদা হেক হেক যেংবিবনি।) লময়ায়দা ঙহাক উদুনা লৈবম্লগা ফমুংদা কাখৎখ্রে। মনাক্তা তুম্লিবা মচানীপা অতোনবদু ফাওবা হন্না যেংলুদ্রে। লোংখ্রাক লোংনা তুমিন তপ্পুনা লৈবে। ফনা কুইনা তুম্না যাদে। ঙহাক লৈতনা য়াওদ্রে।

তোন্দোনদি খ্রো খং নাখোকখ্রে। মহাক্কী নাখোকপদু তাবগা সনাতোম্বী খংনাই শাউনাংঙি। অশাউবদু ফাগবগা তুম্বা ঙম্লৈ। অদুনু তুম্না শুকয়া যাদ্রে।

মখোয় অনামক যাখৈ ঙক্লি। সনাতোম্বীনা অয়ুক ইমুং মনুংগী খবক ঙাক্লগা তৌরিবই তোন্দোন এয়ার বেগতা মুম মখোনা হাপচন্দনা পৌবি ও তৌই। সনাতোম্বী ঈবাংদু হাক্তকেং খঙঙি। থুপ থুপ চা লোন্লগা পুথোরকই। চা পাংনা পাংনা হংঙি। -- "ঙহাক্না কদায়দা চংহৌইনো?"

"উখুলদা।"

"নাহানদা লাকই। মসুক খুনা চৎলদোইদনো? ঙসিদি খং কুইনা লৈদানি হায়বনো?"

"লৈবরোই, তৌজিকমক চৎলনি। অদা থবক লৈরে।"

"চঙবা যাদবা লৈরবান্না ঙাহান্না হায়রবা যাদ্রা?" নহনা চাক থোংলমগানিদনো।"

"যারে, তোবেনা লম্বীদা চাকবগে।"

সনাতোম্বী মপুক্লিংনা মপুরোইবনু বাবৈম। মপুরোইবনা খুদক্তা উখুলদা চৎখগাদবগী মবম খঙঙি। মপুক্লিংদা থক্লি -- "ঐহাক্তা হায়দিবসি থোইনা কায়বা

নত্তে। মা-ঐ সমাজ অসিদা ইজ্জৎ লৈনা হিংমিন্ননবনি। মহাক্না অমুক্তং মুন্না খম্বুরবদি ইফ-ফবা ৱানি। করিনো কারবার মচা অমা তৌরগা লেম্না লৈবা য়াবসিবু।"

"ঐ চৎলে।"

ঙহাক্কী অচিকপদু থুগাইদুনা তোন্দোন্না হায়রকই। চা থকপা লোইরদুনা এয়ার বেগতু পায়রগা তপ্লি-তপ্লি থোকখ্রে। সনাতোম্বী করি খুমসিগে, খুম্ফম খঙদে। তোন্দোন কোম্থোঙ য়ৌখিগদৌরে। ইখঙ খঙহৌদনা সনাতোম্বীনা খরা লাউরপ্না হায়রকই —

"ঐনা হায়জবদো অমুক্তদি খম্বুবিয়ুকো।"

তোন্দোন তায়। খুম্নমদনা চৎখি।

●

সনাতোম্বী অঙাং ওইরিঙৈদা নীপামচাদৌনা য়াম্না ঙাওনা হৌরকই। মমা-মপানা মতোমতা পোকপনি; খবসু কেথোক-মৌথোক্না য়োক্লকই। স্কুলগী মশান্ন কয়াদা শরুক য়াবকই। খবা মীকি-লাইকিদবা হায়বা মীওইদুনি। নুপীনিকা হায়দুনা মীনা উশিত্তবকা য়াদে। নীপামচাশিংগসু হেক্তা ওনশিন্নদুনা খৎনৈ। লৈশাবী কাবক ফারকপা অদুৱাইদদি মসিবু করম থোক্লগদগে হায়না মমা-মপানা নুংশা থীজৈ। অদুবু থাজদে, নীপামচাদৌনা ইঙাও ঙাওনা লৈরম্বা সনাতোম্বী নোংমা তোন্দোন্দা চেনখি। ক্লাস টেন তম্বা মতমদুদনি। করম থোক্লগদগে হায়না নুংশা থীবম্বা মমা-মপাগী নীংবা কায়খি। চেল্লিবা ইমুংদুসু নুংঙাই য়াইফবা নত্তে; লুখ্রাবী মচানি। মচে অনী অমসু লৈ, মযূমদি পানখ্রে। অদুবু চেনখ্রবনিনা কমদৌনি। নীংবা কায়রবা মমা-মপানা মচাগী অপাম্বদা য়েংখিদে। মবাইবক্কীনি খন্দুনা অওং-অউন তমদুনা লুহোংবিখি।

●

মঙাও থীনা হৌবকখিবা মহাক্কী পুন্সিদা মোন্দ্রং চুবা তোন্দোন করম্না থেংনিংবা হায়বদু খল্লুবদা সনাতোম্বী মতোমতা মোমোন নোকচৈ। মহাক্না ক্লাস নাইন তম্বা মতমদুদনি। পাখংমচা অমা সাইকল অমা ঈল্লদুনা নুংতিগী থাপ্লপ্না মহাকপু ইন্নবা হৌবকখি। মনাক্তসু নকশিল্লক্তে, ৱা অমতসু হায়রদে। তযুক্তা মযূম মপাদগী স্কুল ফাওবা, নুংথিনসু স্কুলগী গেট মপাদগী মযূম য়ৌরমদাই ফাওবা —

নুংতিগীনি। সনাতোম্বী অহানবদদি খঙলমদে, কুইশিল্লক্লবদুদা খঙলকই। মমান্নবীশিংনসু লঙনবা হৌরকই। সনাতোম্বী শাউনীংঙি, অদুবু করি উপায়দি লৈ? মঙোন্দা করি মরান শীদুনা চৈরাক পীরুগনি। লমজাউসি মহাক মতোমতগী নত্তে; মী পূম্নমক্কী চৎফম্নি।

নোংমগী থৌদোক্লি। সনাতোম্বী স্কুলগী গেট মনুংদা চঙলক্লে। পাখংমচাদু লম্বীদা থাপ্লপ্লা লেপ্লগা য়েংদুনা লৈহৌই। সনাতোম্বী করিসু থৌশারুদে। চৎনা-চৎনা করিনো মখোন অমা তাখি। তুং হন্না য়েংথোক্লুই। সাইকল পায়রগা লেপ্লিবা পাখংমচাদুদা স্কুটর অমনা থেংজিনবগী মখোন্নি। অদুৱাইদা লৈবা মী খরা মনাক্তা চেনশিন্নে। পাখংমচাদুনা তুদুনা লৈবদু থাপ্লপ্লা উই। সনাতোম্বীনা মপুক্লীংদা খল্লি,— কল্লক্রুম পেল্লি।

নুমিত্তুগী নুংথিন্দদি পাখংমচাদু লৈরমদ্রে। মতুং ইন্নরদ্রে। সনাতোম্বী ইন্নরকপ্রা হায়দুনা নুংতিগী মতুং হন্না হেক-হেক য়েংঙি। ইথা-থাজদনা খঙহৌদনা মহাক্কী থম্মোইদা নিঙাই অমা হৌরকখি। খল্লকই--- "মহাক্তুবু যাম্না শাথীনা শেক্লাবজাৎলা?" অমুকসু খল্লি,—"শোকচস্নু, ঐনা নাগদবসু নত্তবা।" অদুবু মহাক্কী থম্মোইনা তত্তনা মতোমতা হংজরকই,--- "মহাক্তুবু করম তৌরমগদ্রা? শাথীনা শোক্লম্নবদি?"

নুমিৎ তরানিমুক্কী মতুংদা নোংমা অমুক ইথা থাজদনা উই। সাইকল য়াওদে, মখোঙনা চৎপনি। সনাতোম্বী খোঙথাং তপথৈ। পাখঙমচাদুসু য়াম্না তপ্না চৎলি। মরক-মরক্তসু লেপ্লি। সনাতোম্বী শাউনীংঙি। য়েংদবদি শাবগা হন্না য়েংঙি। থাপ্লপ্লা চৎপোই-চৎতবোই উই। শাউনীংলম্বদগী নোক্লীংবদুম পোক্লকই। খল্লি, --"তাসুক পাঙদবসিবু করম্না মী ওইদোইনো?"

মথংগী নুমিত্তু সনাতোম্বী ময়ূমদগী ঙম্বানা থোরকই। মখোয় ময়ূমদগী খরা চংথোরক্লগা হৌবা খোংনাং পাম্বী অমগী মখোঙদা শাবা শঙতপ অমগী মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈ। ঙহাক লৈরগা পাখংমচাদু লাকই, কোয়য়েং য়েংঙি। হনগৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ। মরক-মরক্তা মখুদাংদা শিরিবা ঘড়ীদুদসু য়েংঙি। মমায়দু খবা শুকথরপ উই। মহাক্লা উনীংলিবদু উদ্রবদুদা তপ্না- তপ্না অসুম লাকই। শঙতপ্পুগী মপা খরা হেন্দোকখ্রবা মতমদা সনাতোম্বী শঙতপ মরুমদগী তুমিন থোরকই। খোঙথাং খরা কল্লপ থাংলগা শোম্থাংননা হংলকই—"কনাবুনে কোয়য়েং য়েংলিবদুবু?"

পাখংমচাদু স্বাই লাউই। অফিং-অফাই ওইনা খুল্লকই—"কনাবুসু য়েংবা নত্তে।"

"কনাগুম্বা অমা য়েংবা নত্রগা ঙাইবা মানখ্রেদা।"

"চুম্না মানবা ওইরিনি।"

"খুত্তা বেন্দেজ য়েৎলিবদুবু কৈদৌরবগে?"

"তুশিন্দুনা শোকপনি"

"ও:! নারম্লনিদা। সাইকলদুদি?"

"ঐ সাইকল তোংজদে।" পাখংমচাদুনা শাউনীংবোই-ইকাইবোই হায়রকই।

"ওইদবা ঙাঙবসিবু ফবরনে?"

পাখংমচাদু খুমদরে। সনাতোম্বী মখা তারকই— ব্রা অমতং হায়জনীংঙিদা।"

"ঐঙোন্দরো?"

"স্বাইসি মী অতৈ অমতা চত্তমানে।"

"ঐ চৎলিসিদি।"

"চৎলিবদুদনি হাযজরিবসি।"

"করি ব্রানো হায়গদৌরিবো?"

"ঐবু স্কুল ফাওবদং থিনবিরম্মু।"

পাখংমচাদু ঙক্লপ তৌই। মখা তারকই,— "নুংতিগী হেক-হেক থিনবরা?"

"উম, নুংতিগী হেক-হেক থিনবিবনি। ঙসি তরানিমুকসি করি তৌরবনো খঙদে, থিনবিদ্রে।" সনাতোম্বী নোকফেৎ তৌই।

পাখংমচাদুসু মোমোন নোকই। তপ্না হায়রকই—"ঐবু থবক্কা শুক্লে লৈতবা মীরেম ওইনা খল্লমানে।"

"মদুবুদি খুত্তা যেৎলিবা বেন্দেজদুনা অদুম তাক্লেদা।" হন্দাক্তি সানাতোম্বী মখোন থোক্লা নোক্লকই।

অসুম্না মখোয় অনীগী পুন্সিগী অনৌবা পন্দুপ অমা হৌরকখি। মতোমত পোকপগী হৌনবা মমা-মপানা মঙোন্দা আশা কয়া থম্মনি। অদুবু মমা-মপাগী অপাম্বা পুম্নমক তুংওইনরম্লগা ক্লাস টেন তম্বা মতমদা ইথা থাজদনা সনাতোম্বী তোন্দোনগী মতুং ইল্লকখিবনি। পুম্নমকসি নীংশিংলুরগা ঙহাক্কী মমাঙদা শাউদুনা চৎখ্রবা মহাক্কী

নীপাগী মতৌদুদা মোমোন নোকই মতোমতা । খল্লি,— "মানবু কয়াম কুইনা শাউগবা ? হয়েং-হংচিৎ 'নঙনা হায়বদু য়ারে, থবক ওইনা পাঙথোক্লম্মে' হায়দুনা ইখি খিগৎত্তুনা হল্লক্লগদবদা !"

লাইরিক তম্বা লোইদনা নৌনা ময়ূম পাল্লকপসি মহাক্কী মপুন্সিগী ওইনা অচৌবা অশোয়বা খোঙথাং অমনি হায়বসি সনাতোম্বী কোন্না খঙলকখি। মমা-মপানা মহাকপু লাইরিক-লাইশু হৈবী নুপী অমা ওইনা উজনীংবদু মহাক্কী অশোয়বা খোঙথাং অসিনা থুগাইখ্রে। হৌজিক্তা নিঙম্লক্তে। মহাক্কী নীপানা য়ারবদি মহাক লাইরিক মখা তমথগে খল্লি । নোংমা নুমিদাং তূম্মমদাইদা মহাক্কী নীপাদা হৌদোকখি।— "ঐ লাইরিক মখা তমথগে। মেট্রিকসি অমুক্তা থাদোক্কে।"

"ঐবুদি য়াইনে, অদুবু ইমুং অমগী মৌ হায়বদু ওইরবনিনা ইমাদা অমুক্তং হংসি।"

"হয়েং ঐ হেক্তা হংগে । শোয়দনা য়ারক্কনি, অমতা পোকচবা মচানীপাগী মমৌনিনা ইমানা ঐবু য়াম্না লুনা তৌই।"

হায়রুবদা মনেম্মা হরাউ-হরাউ য়ারকই। মপামদগী লাইরিকশিং লৌরুবে। খরা কা, খরা কাদ তৌরগা মেট্রিক্কী পরীক্ষা থাখ্রে । ফনা নীংথিজনা পাস তৌরকই। মখা অমুক তমথৈ। মনেম অমদি মহাক্কী নীপানা অথিংবা পীদে। তৌবগীবুদি সনাতোম্বী অশিংবী নুপীমচানি। মনেম অমদি মহাক্কী নীপানা ঙাঙননবা তানজা সুকপী পীদে। ইমুং অমগী মৌ অমা ওইবগী হৌনবীদু খঙনা চৎলি। মহাক্না লাইরিক তম্বদুনা মরম ওইদুনা ইমুং-মনুংগী থবক্তা অকায়বা থোকহন্দে। মমা-মপাগী অমতা পোকচবী মচানুপী ওইনা হৌরকপা, মঙাও থীরকপা, কেথোক-মৌথোক্না লৈরকপদুগা সোমদা যুম অমগী মৌ ওইনা লৈরকপসিগা ওম্থোক্না খেন্নখ্রে। মীগী ময়ূমদা মৌ ওইনা চন্নরোইদ্রা হায়না মমা-মপানা য়াম্না নুংশা থীজবনি। থাজদবা মহাক্কী লমচৎ-ব্যবহারনা মনেম্মু পূমশুম শুমহৎপগুম তৌখ্রে। মনেম্মা মঙোন্দা অমুক্তা মমিং মপূং ফানা কৌদে। 'সনা' হায়বদগী হেন্দে। মমৌনিবু খন্দে, মচানুপী অতোনবীদৌনা খল্লি।

কলেজদা মিং চনশিল্লগা কাবোই-কাদবোই তৌদুনা বী.এ. লোইশিনখ্রে। মরকসিদা মচানুপী অমসু পোক্লে। মনেমসু, নীপাসু য়াম্না হরাউরে। মহাক্কী অপাম্বা

মতুং ইন্না মহাক্কী নীপানা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনবদগী ময়ূমদগী পঙলাপ লাপ্তবা হায়স্কুল অমদা ওজাসু ওইরে। মনেমবোকসু হরাউজরে। লাইরিক হৈবী, থবক তৌবী মমৌনি হায়দুনা মীওোন্দা ৱারী শাজে। সনাতোম্বীসু থবক তৌবী নুপী অমা ওইরবসু মীৱা তাদনবা ইমুংগী কুপনোম কোয়চেন চেন্দুনা তৌই। মনেমগী, নীপাগী সেবা মতম চানা তৌই; পিক্লিবা মচাবুসু নীংথিনা য়েংশিল্লি।

মহৈ তম্বা হায়বসিসু হৈনীংলবদি নেশা মখন অমনি। ওজা ওইরবা ফাওবদা সনাতোম্বীদা তম্নীংবগী নেশা কোক্লি। পাইভেট কেন্দিদেট ওইনা এম.এগী পরীক্ষা থানবা থৌরাঙ অমুক হৌরে। অহানবা চহীগী পরীক্ষা পীখ্রে। পরীক্ষাগী মতুং খরা লৈরগা মচানুপী অমমুক পোক্লে । মহাক্কী থৌদাংদি হেনগৎলে, অদুবু এম.এ লোইশিনবা হায়বসি মহাক্কী চপ যুংনা লেপ্লবা ৱাখল্লি: মীওইবনবু নীংলবদি ঙমদবা লৈতে হায়বদুনি। ইমুং-মনুংগী থবক,মনেমগী অমদি মচা-মৱাগী সেবা, ওজা ওইবগী শিনফম — ময়ামসি পাঙথোকপগা লোয়ন-লোয়ননা সনাতোম্বী এম.এ. হায়বদু ওইরে।

হেন্না ফবা, অহেনবা পাম্বা হায়বসি মীওইবগী হৌনশানি। এম.এ. পাস তৌবা চহী অনীরোম লৈরবা তুংদা সনাতোম্বী সরকারগী কলেজ অমদা ওজা ওইরে। তৌরু-তৌরুবদা কান্নবা, ফিরান মমায় চুম্বা হায়বদু মওোন্দা থোক্লে। মতম অমগী সনাতোম্বী, মহৈ-মশিং তম্বা লোইদনা নৌনা ময়ূম পাল্লকখিবীদুগা ঙসিগী সনাতোম্বীগা য়াম্না খেন্নরে। মহাক্না ঙসি ওইরিবা ফিভমসি মহাক্কী অখাঙ কনবা অমদি হোৎনজবগী মহৈনি, অদুবু মসিদা মনেম অমদি মহাক্কী নীপাগীসু চাউরবা থৌদাং য়াওরি। পূম্নমকসি সনাতোম্বী কাউদে। মশানা মুন্না খঙজে, নীপা অমদি মনেম্না য়াদ্রবা অমসুং মতেং পীদ্রবদবু মহাক্না ঙসি ওইরিবসি ওইবা ঙমগদ্রা?



সনাতোম্বী কলেজগী ওজানি। মশাগী ষ্টেটস অমা লৈজরবনি। কৈরোন-লৈকাইদা অমদি সমাজদা মহাক্কী মফম অমা কন্দুনা লেরবনি। নৌরিঙৈর্দদি করিসু খল্লমদে। কলেজদা চঙবা চহী মঙা-তরুক হাযজিল্লক্লবদুদদি মহাকসু ৱাখন অমা খল্লক্লে। মীনা নিনফুং-নিনফুং ঙাঙলবা মনানা তাদবসু নত্তে । কলেজ অমতদা

ওজা ওইমিন্নরিবী মমান্নবশিংনা মচেল্লা য়ৈরকপা ৱাঙাঙ মহাক খাঙবা ঙম্মক্তে। অদুনা খনবমখৈ খল্লবা মতুংদা মহাক্না ৱাফম অদু মহাক্কী নীপাদা হায়রুবনি । মহাক্না হায়বদা অমুক্তা য়াদবা তৌদবা নীপা হুন্দক্তি খরা ৱারৌবগুম তৌই। ৱাফম অদু হন্না-হন্না হায়দুনা তকশিল্লুবদুদা মহাক খরা শাউবগুম তৌখ্রে। অদুবু সনাতোম্বীনদি খল্লি, — "নীপা ওইবগী অদুক শাউজরিবা হায়বদুনি । কয়াম কুইনা শাউগবা ! শোয়দনা য়াগনি।"

তোন্দোন্না শাউদুনা চৎখ্রবা নুমিৎ তরানিমুক্কী মতুংদা সনাতোম্বীগী মমিংদা চিঠি অমা লাকই। তোন্দোন্না উখুলদগী থারকপনি। সনাতোম্বীনা ফাক্তোকুনা পাই—

*সনাতোম্বী,*

*নঙ-এ হুমুং অমতদা নীপা-নুপী ওইনা শৌমিন্নরবসু য়াম্না তাম্নরে। শক উন-উননা থাপ্নরে। নহাক্তি সমাজে অসিদা মীনা ইজ্জৎ তৌনরবা কাংলুপগী ওজানি। কাংলুপগী ওজা অমগী নীপা মেত্রিক ফেল, সরকারগী অফিস মচা অমগী ড্রাইভরনি হায়না মীনা তাঙলবদা নহাক তাবদা ওখ্লুক্না হৈনরমদবা য়াহৈ। নহাক্না এইহাকপু থবক তৌক্নবা হায়বদু এ য়াবা ঙমদে। নহাক্কী নমাংদা এনা ৱাফম অনীথক থম্লি — নহাক নশাগী ইজ্জৎ অমাদি স্টেটসকীদমক নহাক্না এইহাক্না কায়নবা অমা নপ্রেগা নহাক্না থবক তৌক্নুনা য়ুমগী নুপী অমা ওইনা লৈবা অমা। নহাক্না অপাম্বা থল্লু। এ নহাক্কী অপাম্বদা অপনবা পীরোই। এগীদি হায়রিবসিনা অরেপ্পা য়ানি। অদোংশিংগীদমক্তদি — এ মপানি।*

*হৌজিক সাওবদা নহাক্কী*

*তোন্দোন সিংহ*

সনাতোম্বী মখুত্তগী চিঠি তাখিবা খঙহৌদে। মহাক খঙঙি, তোন্দোন মবুক য়াম্না ফৎবসু শিখাঙ্ঙ খাঙবগী নিঙাই অমা লৈ। মহাক্কীদি অরেপ্পা ৱা হায়রক্লে। হৌজিক সনাতোম্বীগী অরেপ্পা করি ?

আগরা

১৯/৮/৯৭

# লৈক্রক

ফনা থেঙলে । নোংয়ায় য়ৌররিগদৌরিনি । অমুমচা মরাক্তা হাইদুনা হল্লকই। থোঙ দঙ-দঙ থীল্লি । উরাউ-থরাউবা হৌরকই "ননাদু তাদ্রাও ? থোঙ হাংদোকউনে । নীপা হর্নাজিল্লক্ত্রি খঙঙে; মানা কয়াদা নুংঙাইনা তূল্লিবনোনেসে। হো মহারানী ইবেম্মা ! ঐ অমুক্তা চঙজরক্কে ।"

দঙ-দঙ-দঙ ! মেমতোন উইরোন-উইরোন তূমথরক্সে । অফিং-অফাই ওই ফুক হৌগৎলি । থোঙ হাংদোকই । অমুমচা লময়ায়দা পদ্রাক লাউনা তুথরকই। ঙাঙবদি লেপ্তে, "হেক হায়বগা হাংদোক্ত্রিবা করিগীনো ? নীপা হনজিল্লক্ত্রি হায়বসি নঙ খঙঙিবা নত্রা ? কয়াদা নুংঙাইনা তূমদুনা লৈথোক্লিবা ! য়ূমগী নুপীনা মাগী নীপাগী মরমদা করিমতা খন্দ্রবদি ইমুংদু করি ওইবা হৌনৈ? নঙ মদু খঙদ্রা হা?"

"করিনো হন্দক-মরক থা খরসি ওম্থোক-ওম্থোকপা মওং ঙাক্তা তৌবক্লিবসিবো?" মেমতোন্না তপ্না হায় ।

"করিনো হায়বদি করিনো? ঐসে নীপানি, নঙগী নীপা ! নীপা ঐনা তৌবদা নুপী নঙনা ঙাঙবা য়াবরা ? হা ? ঙাঙবা য়াব্রা হায়বা ? ঐবু নঙগী নখা পোন্না, নঙগী নপান তাংদুনা লৈয়ু সিরো? খঙঙু, মদুগুম্বা নীপাদু ঐ নত্তে ।"

"ফরে-ফরে, হয়েং ঙাঙনরসি । চাক চাননবা ফি-রোন হোংদোক্লবা তৌসি । হৌগৎলসি সে।" মেমতোন্না মাগী নীপাবু হৌগৎনবা হোৎনৈ ।

"পায়নু, ঐ ইতোমতা ইরাইনা হৌগৎচনি । ঐ চাক্কা চাররোই, নঙনা থোংবা চাকপু কয়াম হাউরমগনো? নঙনা পীজবা চাক চাগনি খনবদা চীনসি হুমুক খারে । ঐসে নঙনা পুম্মাঙ মাঙহল্লবনি, খঙলব্রা?"

মেমতোন য়াম্মা খুম্নীংঙি । অদুবু অহিং নোংয়াইদুদা লৈকাই-কুমহৈ ওইগদবদু খল্লুবদা অদুম তুমিন লৈরে ।



নোং ঙাল্লে । অমুমচা য়াম্মা থেঙনা হৌই । মেমতোন্দি মহৌশানা য়াহৌ ঙল্লি । ইমুং-মনুংগী অয়ুক্কী থবক-ইনখাং ঙসাইনা লোইশিল্লে । খরা পীজ-পীথক তৌরগা মচা অনী স্কুল চৎহনখ্রে । য়াহৌ থেঙবমখৈ হৌরগা মাঙ্গোন্দা উংদুনা ফল্লিবা অমুমচাদা চাগা বিস্কুটকা পী । অমুমচা চা থকই । তানজাদুদা মেমতোন্না নোকমি-নোকমি ব্রা হৌদোরকই,— "ঙরাং নুমিদাং তৌরিদুনা করিনো?"

নোং মংদনা নোং খোংবগুম অমুমচা খংশাউ শাউরকই —"করিনো নঙনা হায়রিদো? পুম্নমক নঙনা থোকহনবা ঙাক্তনি । ঐনা হায়বা য়ারবদি ইমুংসি খরা ঈংগদবনি ।"

"করিনো য়াবা হায়রিসিবো? ঐবু থবক তোকউ হায়দুরাও?"

"উম, নঙ থবক তোক্লো হায়রিসিনি । নঙনা থবক তৌবসি ঐ মাথা য়াম্মা শাই । ঐগী ইজ্জৎ পুম্মাঙ মাঙঙে; ঐ মীমাঙ ফল্লে ।"

"ঐনা থবক তৌরগা করি নত্তবা তৌদুনা নঙনা মীমাঙ ফল্লিবা? করম্না নঙগী ইজ্জৎ শোক্লিবনো? হায়দোকপদি য়াম্মা লায়বনি । মুন্না অমুক্তা খন্থবিয়ু; ঐনা থবক মচা অমতং তৌবসি তোক্লবদি ইমুংসিদি কমদৌদোইবা?"

"মদুগীদমক ঐনা নঙবু ব্রাবিয়ু হায়বরা? ঐ নীপানি, ঐনা থোকপা তৌনি। নুপীগী মপান তাংবা, নুপীনা থাকপা নীপা ওইবা ঐ পামদে ।"

"মদু খঙনা নীপা অমা ওইবগী নীপা থোকপা থৌদাংদু পাঙবিয়ু ।"

মেমতোন্না খরা শাউরপ্না হায়রকই । অমুমচাসু খোন কনখৎলকই,— "হেক হায়রুরগা নীপা থোকপা থৌদাং ! নীপাদি নীপানি খঙলব্রা ? নীপানা হায়বা খুদিংমক নুপীনা ইনগদবা । মদু নঙ খঙদমানে ।"

"নুপী-অঙাং থাকপা ঙম্লনবা শেন থোকপা থবক অমতা হান্না য়েংখো। নীপা শাউ।"

মেমতোন শাউনা ফৎ হাইদোক্লুনা ইমুংদা চঙখি। অমুমচা করি-করিনো ঙাঙদুনা লৈহৌই, মেমতোনবু থকসি-খাসি, লমচৎ-ব্যবহার নাইদে হায়দুনা চৈ। খরা ঙাঙলগা খুম্বিনবা লৈত্রবনিনা তুমিন তোক্লে। মতোমতা তুমিন উংদুনা লৈ।

"হৌজিক্কী মতমসিদা মরুপ অমুমচামুক মরাইবক ফবা, অসুক নুংঙাইবা মীসি কনাবু লৈরিবগে?"

"সত্য, ঐদি মরুপ অমুমচাগী পুক্সিসি ওহেল্লা কল্লকচখ্রে।"

মখোয় অনীগী ৱাদু তাবদা অহুমশুবদুনা হায়রকই,—"ঐদি মরুপকী পুক্সিসিমক ওইজনীংলবনি।"

"চগৎ-চগৎ ঙাঙদুনা লৈদৌ শরুক রাউন্দ অমমুক হৈরকউ।" অমুমচানা শাউরপ্লা হায়রকই। অনীশুবা মরুপ্পুনা মখোয়গী মমাঙদা লৈরিবা অহাঙবা গিলাসশিংদুদা য়ু হৈরদুনা অমুক হায়রকই,— "অওইবনি, থাঙ্গৈ হেক শেংনা ঐ মরুপকী পুক্সিবু কল্লকই। তলব চাবী নুপীগী নীপাকা ওইবা হায়র্বসি য়াম্না ইজ্জৎ লৈবা জাৎনি।"

"তলব চাবী নুপী লৌহৌদবা ঐখোয়সে ওহেল্লা লাইবক থীখ্রবা জাৎনি। নীপানি হায়বা শাদুনা নুপী-অঙাং থাক্লবা হোৎনবদা কয়া ৱাখ্রবা!" অহানবা মরুপ্পুনা ৱাপাংলকই। অহুমশুবদুসু য়াওশিল্লকই, —"ঐদি ঐখোয় নুপীসি থাইনথোকখ্রগে খল্লবনি। মা থাইনখ্রগা তলব চাবী নুপী অমা অমুক লৌবনা ফরনি।"

"মদুনবু হেন্না ফরবা জাৎনি। নুপী লাইরিক হৈবী তলব চাবী লৌরগা ফমজা চাবমুক নুংঙাইবসিবু কদায়দা লৈবগে?" অনীশুবা মরুপ্পা হায়বকই। মখা অমুক তাথরকই,— "সত্য, মরুপ অমুমচামুক শিংবা নীপাসি লৈতেহে। নুপী থিবকাসি য়াম্না হৈখ্রে হায়মনি। মাগীদি য়ুথক শেন ফাওবা মাগী নুপীনা পীবিবনি। ঐখোয়গীদি ঐখোয়দগী লৌথোক্কদৌগীদা।"

অমুমচা ৱা ঙাঙদে। শাউনা ফুক হৌগৎলি। মখুৎনা পায়রিবা য়ু থকপগী অহাঙবা লিক্লী-গিলাসতু লাংখায়। মহাক য়ু থকফমদুদগী শাউনা থোরকই। য়ু থকমিন্নরম্বা মরুপ অহুম তিঙক-তিঙক য়েংদুনা লৈহৌই।

ঙরাংগীদু নীংশিংলকপদা অমুমচা খঙশাউ শাউনীংঙি । মমাঙদা লৈরিবা চা থকপগী গিলাসতু তাপ পায়রগা সুমাঙ তান্না লংঙি । পুমকায় কায় । মেমতোন ইমুংদগী থোরকই । শাউরপ্লা হায়রকই ,—

গিলাসতা তাইনবিনু । য়াম্না ৱানা লৈজরিপোৎনি ।”



অমুমচা হান্না অসুম্না তৌরম্বা নত্তে । মরম ওকপা, লাইরিক-লাইশু য়াইমরপ ওইনা ফরকপা নীপানি । বী.এ. পাসনি । মমা-মপাগী অমতা পোকচবা মচানি । থবক-ইনখাং তৌদ্রিঙৈদা নহা ওইনা ময়ূম পাল্লে । মহাক্কী নুপী মেমতোন লুহোংদ্রিঙৈদগী থবক মচা অমা তৌরে । অমুমচা থবক ফনা থি । অদুবু হৌজিক্কী মতমদা সঙ্গ লৈত্তনা শেন য়াওদনা থবক ফংবা হায়বসি অরায়বা নত্তে । অমুমচা থবক ফংদবা নহারোনশিংগী মরক্তা অমা ওইরে । মমা-মপা লৈরিঙৈদদি খরা ফরম্মি। ইকান কায়দনা মথং-মথং মমা মপাসু লৈখিদবদগী অমুমচাগী পুন্সিদা অহোংবা লাকখি । মমাসু-মপা কায়নখিবগী নুংঙাইতবা, শ্রাদ্ধ-কর্ম পাঙথোকখিবগী শেনগী চৈথেং, ইমুং অমা পুবগী থৌদাং — পূন্নমর্কাসিনা মহাকপু ৱাখন য়াম্না খলহনখি । তৌবগীবুদি মেমতোন্না থবক মচা অমা তৌর্বাসিনা ইমুং-মনুংবুদি মহাক্না ফৈগাক ফৈনা পুরিবনি । অদুবু অমুমচা নীপা অমা ওইনা মহাক্কী তৌফম থোকপদু তৌবা ঙম্লক্তবদা য়াম্না নীংবা কায়রকখি । ইখা থাজদনা মচাসু অহুম শুজিনখ্রে । মাগী থৌদাংদি নোংমা-নোংমগী অসুম হেনগৎলক্লবনি । চাউববসু পিক্লবসু থবক অমতং ফংনবা হায়দুনা কোয়চেন চেল্লুবা খুদিং শকফম হনজিল্লগা হল্লকপা ঙাক্তনি । মঙোন্দা সমাজ অসিবু শীংননীংবা অমা পোক্লকই, অদুবু শীংননবগী থৌনাদি লৈত্তে । নোংমা-নোংমগী মহাক নীংবা কায়থরকখি । মহাক শেন থোক্তে খঙনা মাগী নুপীনা মানা শীজিন্ননবা শেন পী । ৱাখন পিকখদনবা ৱা কয়া হায় । অদুবু মেমতোনগী থেমজিন-ৱাহৈনা মহাক্কী মপুক্লীংবু ফাথবা ঙম্লক্তে । মহাক শেন থোক্তবা মীরেম্মি হায়না খল্লুবদা ময়ূমদা চাক চাবা ফাওবা হঙ্গোইরকই । মতোমতা মেমতোনগী মমাঙদা ইকাইরকই । ময়ূমদা ঙহাক্তা তং তানা লৈনীংলক্তে, থোকখ্রগা হনজিন্নীংদে । অসুম্না কঙাওনবদগী ফত্তবা সঙ্গ তৌবা হৌবকখি। চাহে-থকহৈদবরোমদা মায় ওনশিল্লকখি। মেমতোন্না ৱাখন চাউথোক্লবা কয়া হায়দুনসু মহাক্কী তাইওন্নবা ৱাখনবু অচুম্বা লম্বীদা

পুরকপা ঙমখিদে । মমৈথংদা মরান পূন্নমক মেমতোনগী ওইবগুম তৌরকখি । থবক তৌরুবদুমক মহাক্কী মরান ওইরকই ।"ঙহাক লৈতনা খংনবা-লাউনবনা নোংমগী কায়ফদ্রবা থৌদোক ওইরকই । ঈংনা-চিক্লা লৈরম্বা শান্তি মাঙলকই ।

●

ঙসিসু ফনা থেঙলবা ফাওবা অমুমচা হনজিল্লক্ত্রি । মেমতোন তূম্নীংবা খাঙদুনা মাগী নীপাবু ঙাইরি । অঙাং অহুমদি ঙসায়না তূমখ্রে । মহাক্কী নীপাগী মওং অসি অসুম খল্লুবদা মেমতোন নিঙল্লক্তদুনা মমিত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই । পিরাং মবক্তা হৌখ্রবা থৌদোক অমা নীংশিংলকই,—

"মেমতোন, কদৌঙৈ চংসি হায়বা?"

"কদায়দা চত্তোইনো ?"

"ঐখোয়দা। ঙহাক লৈতনা উন্ননবা হোৎনবসি ব্বায়। ঐখোয়দা লৈমিন্নরুরসি।"

"ঙাইঙমদবদু তৌরনু । নোংমা চংকদবা লৈরবসিদা ।"

"ফাগি নত্তে মেমতোন; মতম অমা থানরসি ।"

"চংসি হায়রবদি ঐবু থাকপা ঙম্নবা শেন থোকপা থবক অমা হান্না থিখো-ও।"

"মেমতোন, নঙগীসি ঐ শেন থোক্তে হায়দুনা ঐবু য়াম্না হন্থনা খনবগী ব্বারা?"

"হায়মা, ব্বারৌরমানে । ফাগি তৌবফাও শদমানে ।"

"ফাগি য়াদে মেমতোন । ঐ য়াম্না সীরিয়স ওইনা হায়রিবনি । ঐ য়ূম পাল্লগে লেপ্লে । য়াম্না থুনা ঙসি নোংমা-নীনিসিদ ংনবা তৌসি । মসি হায়গে হায়দুনা ঐনা উন্নসি কৌবনি ।"

"মতম খরদংদি ঙাইখিসি । থবক মচা অমতং ফংনবা হোৎনখিসি । ঐসু পাংবা য়াবা মতেং পাংলক্কে ।"

"নঙগীসি নঙদি থবক ফংলে ঐদি ফংদ্রি সির্নিনে ! ঐনা থবক মফংদ্রবদি ঐবু থাদোক্লল্লগা কনাগুম্বা থবক-ইনখাং তৌবা নীপা অমদা নয়ূম পানগে সিরা ?"

"ঐগী নুংশিববু অদুক য়াংনা লৌগনু । করিগীনো নঙনা নুংশিববু অদুক মমন লৈহন্দ্রিবা ?"

"নঙগী নতৌদুদা থাজরক্কবা !"

"ত্রৈনা হায়বদি হয়েং তুংগী য়েংদুনা হায়বনি ।"

"নখোয় নুপী হায়বা জাৎসে নশাগী ওইজবা হান্না খল্লি, অদুনা শুকথা থাজদে । নঙগী নতৌসিদা নঙসি ঐগী ওইবা ফংগনি হায়বা থাজরক্কে ।"

"করিগীনো ঐবু অদুক থাজদ্রিবা ? ফরে, নঙগী থাজনবা ঐ হৌজিকমক নতুং ইল্লগে । হৌজিক নঙ ঐবু পুদুনা চৎপা ঙম্লগদ্রা ?"

অসুম্না ঙহাক্কী ওইবা পুক্নীং-ইহুন্না হুমখিদুনা য়ূম্বানবগী লম্বীদা খোঙ থাংজিনখি ।

"মেমতোন ! মেমতোন ! খোঙ হাংদোকউ । তারিব্রা নঙবো ? ঐ হনজিল্লক্ত্রি হায়বসে কাউরব্রো ?"

পিরাংলক্তা মঙলম্বা মঙ স্বায মাঙখি । মেমতোন ফুক হৌগৎলি । খোঙ হাংদোকই । অমুমচা ঙসিসু হাইদুনা চঙলকই । মেমতোন ব্রা মচেৎ অমতা ঙাঙদে। অমুমচা মরোন ইফাই ফাইনা হায়রকই,—"ঐ চাক চাররোই, চান্নীংদ্রে ।"

মেমতোন শুকখুম খুমদে ।



নোংমাইজিং নুমিৎকী নুংথিল্লি । অমুমচা সুমাঙ মতোন্দা মোরা অমা থাদুনা ফল্লগা মচাশিংনা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নবদু য়েংলি । মেমতোনসু মোরা অমা পুদুনা থোরকই । অমুমচাগী মনাক্তা থারগা ফম্মি । ঙসি মহাক্কী নীপানা গ্যান তানা লৈবদু উবদা মেমতোন মথব্রায় খরা নুংঙাইজে । মচাশিংগী শান্নবদু য়েংনা-যেংনা মহাক্কী নীপাদা কবিগুম্বা খরা হায়সিরা খল্লি । ব্রা অমতং হৌদোক্লুবদা নীংথি-নুংঙাইনা খুন্নক্লোইদবদু খল্লুবদা পাক হৌদোকপা ঙমদে । মহাক্কী ব্রা তাবদি লায়রদনা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা থবক তোকও হায়রক্কনি । থবক তোক্তে হায়বগীদমক্তি নুংতিগী খৎনবিবা । মহাক্না থবক তোক্লগা ওইগদবা ইমুংগী ফিবমদু মহাক হোত্রোং হোনা উই । অমুমচাদি মদু উবা ঙমদে । মাগী মথোঙ হুক্তবা ব্রাখন— নুপীনা থবক তৌরগা ইমুং থাকপসিনা মহাক্কী নীপা ওইবগী ইজ্জৎ শোক্লে, সমাজসিদা মাবু মীনা থীনা ঙাঙনরে, সিদনি । মহাক মশামক

শেন থোকপা শিন্ফম অমা পায়বসু নত্তে; অদুগা হৌজিক্তি মহাক থবক থিবসু তৌদ্রে। অদুবু অর্থ য়াওদবা ৱাখন— ইজ্জৎকী ৱানা হেন্না লুনা লৌবগুম কন্না তৌরক্লি। মসিদনি মতৈ-মনাউগী মরক্তা চাউনা লৈক্রক চৎলকলিবসি।

ঙহাক ৱাখন খল্লুরগা মেমতোন্না শোম্থাঙননা হায়রকই,—"ঙসি নুমিদাংৱাইরমদি কদায়দসু চথোক্লরোইদবা নত্রা ?"

"করিগী হংলিবনো ?"

"ঙা লৈরুগে, অঙাংশিং তূমদ্রিঙৈদা ঐখোয় পূন্না চামিন্নসি।"

অমুমচা হোয়-মাই মখা খুন্নক্তে। নুমিদাংৱাইরম ওইরক্লবদা মফি শেত্তুনা থোকখ্রে। মেমতোন্না হায়হৌই,—"খরা ঙন্না হনজিনবিরকউ, অঙাংশিং তূমদ্রিঙৈদা।"

অঙাংশিং মপা ঙাইবা ঙমদদুনা চাক চারগা তূমখ্রে। মেমতোন্দি অমুমচাবু ঙাইরি। ঙসিগী অহিংসিসু মঙোন্দদি হামু-হামু হায়বদুনি। নোংয়ায়গী পুং তরানীথোই হায়রক্লে। অমুমচা হনজিল্লক্ত্রি। মহাক্না হনজিল্লক্কদবা মওং, হনজিল্লক্লগা তৌরগদবদু মেমতোন মমিত্তা শঙ-শঙ উই। খল্লকই —

"অসুম হায়না অসুম খাইবুং-খাইবুং লৈতাফম খঙদনা পুম্সিসি লোইখিবা তারব্রা!"

*আগরা*

২/৯/৯৭

# থম্মোইগী মরী

ওপরেশন তৌবগী থা অমা হেন্না হোর্সাপিতালদা লৈরুবদগী য়ূমদা [illegible]কপা নুমিৎ মরিনিদা মঙাইরি। হকচাং অদুক য়াম্না কন্দ্রি। চহীনগা য়ামশিল্লকপনা থু[illegible] হনগৎপা ঙমদে। চাকচা তোল্লগা নুংথিল ঙহাক ফমুংদা হিপ্তুনা পোথাবিঙৈ মতাম্ন। ঐগীদা লৈবা, ইচানুপীনা পোকপা ইশৃনীপাদুনা মপান্দগী চঙলক্লগা হায়বৈ,

"ইধৌ,কাকা রহমান লাকই।"

"কনা" রহমান হায়বা। "[illegible]কউ হায়য়ু।"

ঐনা হিপ্না-হিপ্না হায়[illegible]নাপা থোকখি। রহমান প্লাস্তিক্কী খাউ মচা অমা পায়বগা চঙলকই। হেক চঙলকপগা ঐঙোন্দা কৌরকই — "পাবুং!"

"রহমান, লাক্লরবা? মোবাদু লৌরগা ফম্মু। উন্নদবা কূইবে, নঙন কমদৌবিগে"

"পাবুং, হিংবা ঙম্নবা অসুম হোৎনজরি।"

মহাক্না পায়রকপা প্লাস্তিক্কা বেগতু ঐগী ফমুং মনাক্কী ঈদাক-লাংথক থম্লিনা তেবল মচানুদা থম্মি, মদুগা মোরাদা ফমথে। ঐনা হংঙি— "কবিনো সিদি?"

"পাবুংগীনি হায়দুনা পুজরকপনি। য়াম্না নত্তেদা, হোবালক্লকা সেব খবগনি।"

"কৈদৌনা পুবক্লিবনো? নশা ঙাক্তা লাক্লগা লোইরে।"

"পাবুং হকচাং ঙমদদুনা দাক্তরখানাদা লৈরুই হায়বা ঐদি নহানমখৈ খঙদে। ঙরাং কৈথেন্দা ইচে উন্নে । ইচেনা হায়রম্বনি।"

"ঙরাং মা সিদা লাক্লম্বনি। হনখিবদা উন্নবা ওইরিনি।"

অসুম্না ঐখোয় অনী ৱারী শানবা হৌরকপদা ঙায়রি। সনাহনবী থবক চথোক্লুবদগী হল্লকই। রহমানবু হেক উবমক্তদা হায়রকই — "ইচা রহমান লাক্লিবোইরে। দ্রাইভরসু য়াওদনা কোম্থোঙ মনুংদা রিক্সা অমা লৈরিবসি কনাগীনো খল্লিবনি। কমদৌরি? নুংঙাইরিকো নঙদি?"

"খঙদেদা ইমাশি, পঙলৈ মরৈবা হায়বদুনি।"

রহমান্না খুম্মি। মরক্তুদা ঐনা হায় — "য়েংঙুনে, রহমানসে ঐগী অনাবা হংবা লাক্লিবনি হায়নে। করি-করিনোসু পুরক্লি। ঙরাং লৈমনা কৈথেন্দা উন্নবদা হায়রম্মি হায়নে।"

"কৈদৌনবা পুরক্লিবনো ? ইচানা নঙ-পাবুংগী অনাবা হংলরিবসিনা হেন্না নুংঙাইরে। সিনি মীওইবগী নুংশিনবা হাযবদো।"

সনাহনবীনা ওক্তুনা খুল্লকপনি। ঙহাক লৈবগা রহমান্না ঐঙোন্দা তপ্না হংলকই — "পাবুংবু করি ওইনা ঙম্মুদবনো?"

"কিদনীদা নুং লৈদুনা ওপরেসন তৌবনি। নুং অনা লৈরম্মি, লৌথোকখ্রে। অহন ওইরবনিনা হকচাংসি পাক হনগৎপা ঙমদে। খরা শোল্লি । অদুবু হকচাংদি নুংঙাইরে।"

মতাংদুদা সনাহনবীনা হায়রকই — "রহমান, ফম্মুকো । নঙ-পাবুংগা ৱারী শারম্মু । ইমা ফি হোংদোক্লগা চা লোল্লক্কে, থর্কখিস।"

"তৌবিদ্রনসু য়ারেদা ইমাশি।"

"করিনো যাবে হায়দি ! থক্ত-লাক্তনা চৎখিবকা য়ারোই। লাকথোক্তনা লাক্লগা। ঐখোয় সোমদা হাইখরক্লবদি মরক-মরক্তসু ঙহাক্তং মচঙলকউ। নঙনা লাক্তর্নাদি করম হায়না উন্নান। ফম্মমখোকো।"

সনাহনবী থংনবা কাদা চঙখি। ঐগা রহমানগা ৱারী শাদুনা লৈহৌই। ঙহাক লৈবগা সনাহনবীনা চা পুরক্তুনা ঐখোয় অহুম থর্কমিন্নে। চা থক্লা-থক্লা ঐনা মঙোন্দা হায়,—

"রহমান, নঙবু নয়ূম-নকৈকা পানখিরোইদ্রা? চহী মতাং চারে, পান্নবা তৌরো। অহন ওইরবা নপাগী সেবা তৌনবা অফবা নুপী পিয়ূকো । লুহোংবদা

ঐখোয়বু তাক্লকউ। নমাশিগা ঐগা লাক্কনি। নচেসু লাক্কে হায়গনি।"

সনাহনবীসু ব্রা পাংশিল্লকই —"তাক্লক্তবা য়ারোই । নঙ-পাবুংগা ঐগা লাক্কনি, তাক্লক্তবদিনে মতুং-মনাউ কৌনরোইদবনি।"

অসুম্না ঙহাক ব্রারী-ব্রাতাই শানরবা মতুংদা মহাক চৎলগে হায়রে। মহাক্না চৎলমদাইদা ঐনা হংখৌই —

"নঙবু কদায়দা লৈরিবগে ?"

"পাবুং, গোলাপতিদা লৈ "

"নুংঙাইদনা ?"

"পাবুংখোয়দা লৈবমুক নুংঙাইবদি নত্তেদা।"

রহমান চৎখ্রে। মহাক লাক্লম্বদগী হৌখ্রবা থৌদোক কয়া অমা মথং-মথং নীংশিংলক্লম্মি। মহাক সেরৌদগীনি। মহাক চহী নৌনা রিক্সা থৌবা হৌরকই। নোংমা ঐনা ওফিসতগী থোরকপদা মহাক্না থেংনখিবনি। রিক্সা তোংদুনা ঐ য়ুমদা হল্লক্লম্মি। মথংগী নুমিৎসু তান চানা মহাক ওফিসকী গেটতা লৈরমদুনা মহাক্কী রিক্সা তোংলগা হল্লকখি। নুংতিগী নত্রবসু অয়াম্বা মতমদা ওফিসকী ছুটি মতমসি মহাক ওফিসকী মমাঙ অদুব্রাইদা হেক্তা লৈরম্মি। মহাকপু লৈরম্লবদি ঐ মাগী রিক্সা হেক্তা তোংলম্মি। নোংমা ফাদোকসু ওফিস কাবা মতমদা ঐখোয় অদুব্রাইদা লৈরম্বা থেংনৈ । ঐবু উবদা মহাকসু হেক্তা চঙশিল্লক্লম্মি। মমৈথংদদি মহাক্কী রিক্সা নত্তনা মী অতৈগী রিক্সা তোংবু তোংনীংলক্লমদে। ওফিসতগী য়ুমদা হনবা মতমদদি ঐহাক মহাক লৈব্রা হায়দুনা কোয়থি হেক্তা থিরম্মি। মহাক্কী রিক্সা তোংলগা খরা নুংঙাইবগুম তৌরম্মি। মহাক মবুক-মপাউসু য়াম্না ফৈ । ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ ফজৈ। মশাসু নাল্লি। রিক্সা তোংনা-তোংনা মহাক্না ব্রারী-ব্রাতাই শানবা য়াম্না নুংঙাইরম্মি। মহাক কদৌঙৈদসু ভারা হেন্না হায়দে, চপচাবী অদুদমক লৌরম্মি। করি-করিগুম্বদা মঙোন্দসু ঐঙোন্দসু অচোইবা যাওদবা মতাং য়াওরম্মি। ঐবু য়ুম ফাওবা থিল্লম্লগা কোন্না লৌজরগে হায়দুনা হেক্তা চৎখি। অসুম্না তত্তনা মহাক্কী রিক্সা তোংবা, ব্রারী-ব্রাতাই শানবদগী ঐখোয় অনীগী মরক্তা নক্লবগী মরী অমা লৈরকপগুম তৌরক্লম্মি।

নোংমা মহাক্কী রিক্সা তোংদুনা ওফিসতগী হল্লকপা মতমদা মহাক্না য়াম্না নোল্লুক্না ব্রা হৌদোরক্লম্মি,— "পাবুং, ব্রা অমতা হায়জগেবা।"

"হায়য়ু-হায়য়ু, করিনো ?" ঐনা খুল্লম্মি।

"পাবুংখোয়গী লমজাউ ময়াগী যূমদুবু ভারাদকা মী লৈব্রা?" মহাক্না হংলক্লম্মি। ঐসু অদুম খুমল্লম্মি,—"কনাসু লৈতে।"

"মী লৈবা য়ারোইদ্রা"

"কনা লৈগে হায়বগে?"

"য়ারবদি ঐ লৈজগে তৌবনি।"

"নঙগী লৈফম লৈতবরনে?"

"লৈ, অদুদা মফমদু খরা নুংঙাইতে।"

" লৈববুদি য়াবা জাৎনি, কা অহাঙবা লৈ। অদুদা ঐখোয়না মী থমগে খন্দবা।"

"য়ারবদি কা মচা পিশক অমতং পীবিয়ু, ঐ লৈজগে। সুমাঙ ময়াদা ঈনশিল্লগা রিক্সা সিমতংগা থমজগে । পীফম থোকপা ভারা অদুম পীজগে।"

মহাক্না ঐখোয় যূমদা কা অমা ভারাদা লৌরগা লৈগে হায়বদুদা ঐসু মী কৌবনিনা ইশাগী ওইজবা থিবগী ব্রাফম অমা খল্লক্লম্মি। মহাক্না ঐখোয়গী যূমদা লৈরবদি ঐগী ওফিস অকা-অকুমদা খরা হেন্না খুদোং চাগনি, মীগা লৈজদবনিনা থবক-ইনখাংদসু মতেং ওইরনি হায়না নীংলম্মি। ঙহাক খল্লগা ঐনা হায়রম্মি — "ঐবুদি য়াই, অদুদা যূমদা নমা অমা লৈ। ব্রারৌনুকো ইবুংঙো, নঙনা পাঙন্নিদো,ঐখোয়না মৈতৈনি। নমা অদো গৌরিয়া খরা তৌই, লাই য়াম্না নীংঙি। মহাক্না য়াদ্রবদি নঙ লৈবা য়ারোই।"

"ঐ করিসু কাতু-কারন তৌজরোই। অমাং-অশেং খায়না চৎচগনি। পাবুংনা ইমাদু যানবা অমুক্তা হায়বীয়ু।"

"হোয়-হোয়, তানজা য়েংলগা হায়নগে।"

অসুম্না ব্রারী শাদুনা লাকপদা ঐখোয়গী কোম্থোঙ য়ৌরকপা খঙহৌরমদে। ঐ কৃমথহৌরম্মি। ভারা লৌরগা মহাক চৎখ্রে।

নুমিদাং চাক তোক্লবা মতুং তৃম্মমদাইদা ঐনা সনাহনবীদা রহমান্না ঐখোয়গী লমজাউ ময়াগী কা অমা ভারাদা লৌদুনা লৈজগে হায়বা ব্রাফমদু হৌদোক্লুই।

কদোমদগী কাঙলকপা মিহুন্নো খঙদে, ফ্রং শাউরক্লস্মি। মতমদুদা মহাক্লা ঐঙোন্দা হায়খিবদু মী ওইবগী ব্রা নত্তে। কয়াম লৈতদুনা পাঙন ভারাদা থমদোইনো, ইজ্জৎ লৈতে, শা চায়, চাকচা-য়ুথক তিন্নদে, মশক-মশা, হৌরকফম-শাৎফমসু খঙদবা,হয়েং ফত্ত-নুংদা, অদু-অদা ... করি-করিনো হায়বা য়াবমখৈ হায়রম্মি। মহাক্লা হায়নীংবদু হায়বা য়াবমখৈ হায়হল্লবা মতুংদা ঐনা অমুক মা অমা লৈহনবদগী শেন খরদুগী ব্রা ঙাক নত্তনা ফংবা য়াবা কান্নবা কয়া, থবক-ইনখাংদা মতেং, লোয়ননা নুমিৎ খরনিদুদা ঐনা খঙবা-উবা মহাক্কী ব্রাঙাঙ-শাঙাঙ, লমচৎ-ব্যবহার শুগায়না সনাহনবীদা হায়রম্মি। ঐনা মঙোন্দা হায়খিবদুগী মপূং ওইবা ব্রাদি ইশাগী ওইজবনা অয়াম্বনি। মীওইবগী লমচৎকী হৌনবা হায়বদু ওইরমানে ,ঐখোয় ইশাগী ওইজ-ওইথক্কী ব্রাফম হেক লাকপদদি খূ-খূ কান্নম্বা সনাহনবী খরা হস্থরকই। খন্নসি, য়েংসি হায়বা ব্রাফমদা লাকই। চহী কয়া লৈমিন্নরক্লবনিনা ওইজ-ওইথক্কী মতাংদদি সনাহনবীসু অদুক য়াম্লা পঙবা নুপী নত্তে হাযবা ঐ মুন্না খঙলম্মি। অদুনা মহাকপু য়ানবা হায়বদা ঐঙোন্দা থোইদোকপা অব্রাবা লৈখিদে। অদুগা ঐগীদি ইশাগী ওইজবা থিবগী ব্রাফম অমা অদুম য়াওরম্মি।

মথংগী নুমিৎসু ঐ রহমানগী বিক্সা তোংদুনা ওফিস কুম্লক্লম্মি। ঐখোয়দা ভারা তৌদুনা লৈবগী ব্রাফমদুগী মরমদা মহাক শোযদনা খঙনীংলমগনি, অদুবু হংলক্তে। ঐনসু করিসু হায়রুদে। ঐখোয়গী কোম্প্লোঙ ময়া য়ৌদুনা মহাক বিক্সা খামগে তৌবম্মি। ঐনা সুমাংফাও রিক্সা থৌজিল্লু হায়বদগী মহাক্লা থৌজিল্লম্মি। ব্রাবী শাখিসি, ঙহাক ফম্মু হায়দুনা মহাকপু খান্নম্মি। সনাহনবীগা উন্নহল্লম্মি। মখোয় অনী করি-করিনো ফনা কুইনা ব্রাবী শানরম্মি। ব্রাবী শানবদুদা ঐদি যাওকদ্রে। ব্রাদি সনাহনবীনা অয়াম্বা ঙাঙলম্মি, রহমানদি 'উম' 'অহোয়' হায়বদগী হেল্লমদে। ঐনা হাইফেৎ তাহৌবদা সনাহনবীনা হায়রিবদু - - ঐখোযদা লৈববদি অদু তৌগদবনি, অদা তৌগদবনি, অদু যারোই, অদা যারোই, নিয়মগী ব্রা ঙাক্তনি। মমৈথংদা ঐগী ব্রা ঙাইদনা সনাহনবীনা রহমান্দা য়াথং তাউথখি --- 'হযেংলা হংচিৎলা নঙগী খুদোংচাবা য়েংলগা লাক্লো।' রহমান 'ফনি' হাযরদুনা হরাউ হরাউ চৎখিরম্মি। মহাকসু ঐঙোন্দা চৎলগেফাও হায়রমদ্রে।

রহমান চংখ্রবা মতুংদা সনাহনবীনা ঐঙোন্দা ওনশিল্লদুনা হায়রক্লম্মি,—
"নীপামচাসি ফনা ফগদবা মাল্লি। মশক-মতৌনা ফজরিবা, মশানা নাল্লিবা, মশক-মশাসিসু পাঙনবু মান্দে। রিক্সা থৌবনিকা হায়বা থাজদে।"

মতাং চানা ঐনা ব্রা লোক্লম্মি—

"ঐনা থিরকপবুদি!"

মহাক্কী রিক্সাদুদা মপোৎ-মচৈ পূম্নমক হাপচিল্লগা রহমান মথংগী নুমিৎকী অয়ুক ঙন্তা অদুম থুংলরম্মি। ঐখোয় মহাক্না লৈগদবা কাদুদগী হান্না থল্লম্বা পোৎ-চৈ লৌথোকপা নংহৌরমদে। পোৎ-চৈ পূম্নমক মহাক্না হোন্দোক্লগা ঐখোয়না তাকপা মফমদা থল্লম্মি। কাদু মশানা শেংদোকচরম্মি। নীংথিনা তৈথোক-খোক্তোক তৌজদুনা নুমিত্তুদগী লৈবা হৌরম্মি।

রহমান য়াম্না চেকশিন্না, ঐখোয়না কবি হায়রক্কদগে খন্না লৈবম্মি। মহাক্না য়াম্না কিনা-লুনা খল্লিবসি মমাশি সনাহনবীবুনি। য়াম্না মশা নান্না তরু-তনান লৈবম্মি, ব্রাই-রম চাইহল্লমদে। মহাক অয়ুক-অয়ুক্তি হোটেলদা চাক চায় হায়, নুমিদাংদদনি মশানা থোংলগা চারিবা। সনাহনবীনা ঐখোয়দা লৈবদা শা-উচেক থোংবা য়ারোই হায়বদগী ঐখোয়দদি মতাক যেরুম ফাওবা চারমদে। তশেংনা মহাক সনাহনবীবুদি কিবা জাৎনি। সনাহনবীনা য়ানবা কল্লা হোৎনবম্মি। ইমাশি-ইমাশি হায়দুনা কন্না নপশিল্লম্মি। সনাহনবীসু থথা য়াবী নুপী নত্তে। রহমান অদু-অদা হায়দুনা ঙহাক্কুং শংনা লৈবা উবদা পাখোন শীগদবগীদা তৌবম্মি। তৌবগীবুদি রহমান লৈবদগী ঐখোযদা য়াম্না কান্নবম্মি। পোৎ লৌথোক-লৌশিন, শীং লৈবা, ফৌ তকপা মানা লোইনা কোযচেন চেন্দুনা তৌবম্মি। ঐগী অমতা পোকচবী ইচানুপী লৈমগী লুহোংবদকা মহাক্না কোযচেন চেন্দুনা থবক নোমখিবদু খল্লবদা নুংবু নুংশি। মহাক্না ইচানুপী লৈমবু মচেদা মচেদৌনা খল্লম্মি। লৈমনসু মহাকপু লুনা তৌই, মহাক্কী মতৌদুদা ঐখোয় কনা অমতনা মহাকপু মীতোপ্পি হায়না খল্লমদে। খবা কুইনা লৈমিন্নবক্লবদুদদি সনাহনবীগা মহাক্কী মবীদি কবি হায়কনি, 'হো রহমান', 'ইমাশি' হায়দুনা অপোকপা মমা, অপোকপা মচাদগী হেনখিবম্মি। সনাহনবী য়েন্সাং অহাউবা অমা থোংবদা সে রহমান হায়দুনা তেক্কোৎ অমা হেক্তা পীরম্মি। রহমানসু মবক মবক্তা ইমাশিগা পাবুংগনা চানবনি হায়দুনা ঙা অতেকপা লৈদুনা পুরক্লম্মি। মহাক্কু

ঙা লৈরকপা নুমিৎ মহাক চাক থোংদ্রে, সনাহনবীনা মাগী শরুক ঐখোয়গীদা অদুম হাপ্লিরম্মি। অঙকপা মরীনি, ঐখোয়গা মহাক্কা অঙকপা লীপুন অমনা পুনবগুম তৌরম্মি। সনাহনবীনা হেক-হেক হায়রম্মি,

"রহমান,নঙসি নহান মপোক্তা ঐগী ইচা ওইনা পোক্লম্বা তাই।"

ঐখোয়গী থবক-ইনখাং অয়াম্বদা রহমান্না মতেং য়াম্না পাংলম্মি। অসুম কুইনা লৈমিন্নরক্লবদুদদি ঐখোয়দা মহাক্না লৈবগী কাগী ভারা লৌবিদ্রে। মহাক্নসু ঐবু থিন্দোক-থিনজিন তৌবগী ভারা লৌ হায়বা য়াদ্রে। জাৎ তিন্নদবা, ধর্ম্ম মান্নদবা, চাকখুম তোঙানবগী ৱাদা মঙায়রম্মি। রহমান ঐখোয়গী ইমুংগী মী অমগুম লৈরম্মি। পুম্নমক মহাক্কী মপুকচেন শেংবা, লমচৎ-ব্যবহার ফজবা, হৌন-খঙবননি।

রহমান থা খুদিংগী ময়ূমদা কৃ ম্লম্মি। নোংমখক লৈরগা হেক্তা হল্লক্লম্মি। অমুকখক্তি মপাগা লোয়ননা লাকমিন্নরম্মি। মহাক্কী মপাদু ঐবু হেক উবদা ঐগী খোঙ কোল্লগা কপ্লম্মি। ঐদি করিনো হায়দুনা পৃমঙক ঙক্লম্মি। মহাক্কী মচানীপাবু ঐখোয়না লুনা চান্না ইচাদৌনা থম্বদুদা মপুক্লীং নুংশিদুনা কপ্পা ওইরম্মে। মহাক্কী মতৌদুদা ঐসু থম্মোইসি থুক-থুক লাউরম্মি। থাজদনা মিৎলুদা পিগী ঈরা চেল্লম্মি। অঙকপনি মীওইবগী থম্মোইগী মরী ! মতুংদদি মহাক্কা ঐবু ময়াম্বনি হায়দুনা অরাকপা খুদিংগী ঐগী খোঙ শেক্লুনা খুরুম্লম্মি। সনাহনবীদসু 'ইতৈমশি' হায়দুনা খুরুম্লম্মি। মহাক্কী মতৌদুনা ঐবু ইতৎ তত্তনা খলহল্লম্মি—

"পোকমিন্নবা ইনাউমক্লা অসুম্না তৌগদ্রা?"

●

রহমান ঐখোয়গীদা লৈরম্বসি চহী তরাগী মথক্তনি। মহাক্না ঐখোয়গী য়ুম থাদোকখিবদু য়াম্না নুংঙাইতে। মহাকসু য়াম্না চৎনীংদনা চৎখি; ঐখোয়সু নুংঙাইহৌদে। অদুবু ফিভম্না তঙাইফদনা মহাক্কা ঐখোয়গা কায়নখি।

মীওইবা ঐখোয়সি মখোঙ অনী পানবা শানি হায়বসি ওহ্লোক্লা চুমখ্রবা জাৎনি। লমচৎ অমদি লৈবাকমচা তাবগী মমিংদা ঐখোয়না ইশাদা লৈবা শারমচৎপু লোৎশিন্দুনা থম্মি। ঐখোয়দা লৈরিবা শারমচৎ অসি ওমদুনা লৈবা জ্বালামুখীগা পাংখক্লি। খুদোংচাবা হেক ফংবদা মতীং ফৃদোরকই। মসিনা মীওইববু অফ-ফত্তগী ৱাখন খলহন্দে। তৌহৈদ্রবা থবক কয়া তৌহল্লি। খৃষ্ট-চহী ১৯৯৩গী মে

তদা থাজদনা হৌরকখিবা মৈরিক অমনা মণিপুরগী তম্পাক-লম্বু মৈরী থোক্লা চাকহনখি। মীওইবগী লোত্তুনা লৈরম্বা শারমচৎনা তাণ্ডবকী জগোই শাখি।মফম কয়াদা ঈথেং হাথখি। সমাজ-বিরোধী ওইবা ঈ খেগৎলক্লিবা মীওইশিংনা পুন্সি কয়াবু শান্নপোৎকুম শান্নখি। মৈতৈনা পাঙনবু ফূখি, হাৎখি; অদুগা পাঙন্না মৈতৈবুসু। মীনুংশি হায়বা থম্মোইগী ওইবা পোৎশক অমা লৈ হায়বসি কাউথোক্লবগুম তৌখি।

নুমিত্তুগী নুমিদাংৱাইরমদু রহমান ইপা পাখৎনা ঐখোয়দা রিক্সা থৌজিল্লক্লম্মি। ঐদি ওফিসতগী পাউ তারক্লদুনা ঙন্তানা মহাক গ্রইদনা য়ূমদা হল্লক্লবনি। ঐখোয় মহাক্কী মরমদা নুংশা থীদুনা লৈরম্লিবনি। হেক য়ৌরকপগা মহাক্লা নিংশা থবেৎ-থবেৎ হোন্না পাউদু তম্লম্মি। ঐখোয়না মহাকপু নুংশা থীদনবা থেমজিল্লম্মি । ঙহাক্কী মতুংদা খুল্লক-ইরক্তা ভারা তৌদুনা লৈজবা রিক্সা থৌবা পাঙনশিং ফূবিরে, অমা-অনী শিরে হায়বা পাউ তারক্লম্মি। অহানবদদি তোকঙানি হায়না লৌরম্মি । লম্মৈ চাকপগুম মী ফূবা, হাৎপগী পাউ তত্তুনা তারক্লম্মি। মথং-মথং অসুম তাশিল্লকপদুদদি নুংশা থীবা পোক্লম্মি। রহমানবু কৌশিন্দুনা ঐখোয় ইমুংদা লৈহল্লম্মি। অদুগা মানা লৈবা লমজাউ মযাগী কাদুনা শো লোনশিল্লম্মি। মহাক্কী রিক্সাদুসু সঙ্গোয়দা ঈনখত্তুনা থম্লম্মি। তানজাদুদা ইচানুপী লৈমদগী ফোন লাক্লম্মি। রহমানগী মরমদা হংলকপনি। ঐনা রহমান হনজিল্লক্লে, ঐখোয় ইমুংদা পুশিন্দুনা থম্মে, করিসু নুংশা থীগনু হায়না হায়খিরম্মি। খরা মমশিল্লকপগী অদুৱাইদদি কনা-কনানো, মশকপু অমতা খঙদে; ঐখোয়দসু গ্রোং-গ্রাং হৌবরে। অমম্বদুদা মখোয় ফনা য়াম্না উরম্মি। রহমানবু থিরকপনি। রহমান্না লৈবা লমজাউ ময়াগী কাদুগী থোঙ থুদেক্কে তৌরম্মি। ঐনা থোক্তুনা খাম্লম্মি। মখোয়না ঐঙোন্দা রহমান কদায়দা লৈবগে তাকউ হায়রম্মি । ঐনা মহাক্তি ঙসায়না ঈবাংদুগী পাউ তাবদা রিক্সা থম্লম্লগা ময়ূমদা কূমখ্রে হায়রম্মি। অদুবু মখোয় ঐগী ৱাদু থাজবমদে। অদুম নৈশিন্দুনা লৈরম্মি। খরা অমনা সঙ্গোয়দা থম্লিবা রিক্সাদুদা পোক-পাক থোমদুনা থুদেকপা হৌরক্লম্মি। ঐনা লাউদুনা ঐগী রিক্সানি, মহাকপু থৌহনবনি হায়বদগী উচিন নাচিন্না তোকখিরম্মি। অদুবু মমাঙগী চাকাগী রিমদি পূমখোয খোয়রে; হেন্দলসু তেক্লে। তানজাদুদা খরা অমনা ইমুং লোৎহল্লমগনি, ইমুংদা চঙদুনা থিরুসি হায়রক্লম্মি। মতাংদুদা সনাহনবীনা ইমুংদগী থোরক্তুনা হায়রম্মি,

"ইবুংঙোখোয়, ইমা ব্রা হায়গে, অমুক্তা তখো। ঐখোয়গীসে গৌরিয়া তৌবা ইমুংনি। ভারাদা পাঙন থম্লবসু ইমুংদদি চঙহন্দে। মাদি ঙসায় নুংথিন্না ময়ূমদা চৎখ্রবনি। অদুবু নখোয় থাজদমানে। নখোয়না থাজনবা কনা-কনানো ইমুংদা চঙলগা য়েংলো-লাউ। কা খুদিংগী য়েংঙু, নখোয়গী নপুক্লীং চম্লবা। তোংঙিবা খোঙউপশিংদুদদি লৌথোক্লগা চঙলকউকো।"

সনাহনবীনা হায়রক্লিবদু তাবদা ঐদি নুংশা থীবনা মিহুন চেনগুম-চেনগানরম্মি। অমা কোক চঙলুরগা সিদা লৈরে হায়দুনা শোরো- শেরো চিংদুনা পুখোরক্লবদি! ঐখোয়গী মাঙদা পোক-পাক তৌদুনা ফৃবিরবদি! কোক হেক হাত্তোকপিরবদি! ঐ ব্রা মচেৎ অমতা ঙাঙলমদে। সনাহনবীনা হন্না-হন্না মখোয়দা ইমুংদা চঙদুনা থিনবা হায়রম্মি। মখোয় সনাহনবীগী মতৌদুদা থাজরব্রা নত্রগা তল্লব্রা খঙদে, কনামতা ইমুংদা চঙদুনা বহমানবু থিরমদে। ফনা কুইনা শুরু-শুরু নৈদুনা লৈরম্লবা মতুংদা অমা চৎখি, অনী চৎখি, তৌবদগী সনাহনবীগা ঐগদমক ঙায়হৌরম্মি। ঐ নিংশাশোর নে তানা হোল্লম্মি, হকচাংদি হুমাং অনপ্পা কারম্মি। ঐখোয় অনী থোকমিন্নদুনা কোম্থোঙ লোনশিল্লুরম্মি, অদুগা ইমুংদা চঙলক্লম্মি।

ইমুংদা চঙলক্লবা মতুংদা সনাহনবীনা চাকশঙগা নপ্পনা শাবিবা কোংকী শো হাংদোক্লম্মি। রহমান ফৌ মথক্তুদা তুম্বক তাশিল্লগা মশাদু থক-থক নিকপমখৈ ফমদুনা লৈবম্মি। মহাক্কী মশাদু হুমাংনা পূমচোৎ চোৎলম্মি। মহাক মশা নিকমন্দুনা কোত্তগী কূমথবা ঙল্লমদে। ঙহাক পোত্থাহল্লগা তপ্পা কূমথহল্লম্মি। ঐখোয়না মহাকপু করিসু তৌররোই, নুংশা থীরগনু হায়না মপুক্লীং ফাথবিরম্মি। অদুবু মহাক্কী মায়থোঙদা তারিবা অন্বিবগী মমি অদু মুৎলু হায়বা য়ারমদে। তৌবগীবুদি ঐখোয়সু নুংশা থীদবদি নত্তে। ... ত্তুগীদি মফরে, নোং ঙাল্লগা করি-করম থোক্কদগে খন্দবা য়ারমদে। ঐনা খুদক্তা ...নুপী লৈমদা ফোন তৌরম্মি। য়ারগদি ইমাকনীপা তোম্বদু ঐখোয়দা ঙহাক্তং লাক্লবা হায়রম্মি। ইবেম্মনা মফম খুদিংদা কর্ফিউ তৌরে, মহাক দিউতিদা চৎখ্রি, পাউ ফাউনবা ঙল্লবদি হায়খিগে হায়রক্লম্মি।

চাক-ঈশিং পীজরবা মতুংদা রহমানবু করিসু চিংনদনা পোত্থাদুনা লৈনবা হায়রম্মি। অদুবু মহাক পোত্থাফম খঙলমদে। ঐখোয়সু অদু মঙায়। ব্রা ওইনা ফোঙদোক্কদ্রবসু পুক্লীংদদি নুংনাংবা অমদি অদুম লৈরম্মি। হিপ্তি হিপ্লম্মি, অদুবু

ঐখোয় অহুম মিৎ ... অমতা উইশিনবা য়ারমদে। নোংয়ায়গী অদুব্রাইদা জিপকী মখোন অমা তারম্মি, লোম্ননা ঐখোয়গী কোম্থোঙ হাংদোকপগী মখোনসূ তারম্মি। রহমান মমিৎ-মনা চপ য়ুংখৎলম্মি। ঐখোয়সু নুংশা থীরুরে। প্রপ-প্রপ চঙলকপগী খোঙউপ মখোন্দগী ইমাকনীপা তোম্বনি হায়বা খঙলম্মি। থোঙ হাংদোকপগা তোম্বা কন্সতেবল অমগা চঙলক্লম্মি। তোম্ববু হেক উবদা রহমান খজিক্তং মোমোন নোকপগুম তৌরম্মি। মতমদুদা মমাশি সনাহনবীনা হায়রক্লম্মি— "রহমান, হৌজিক্তি কিরুরনু। নবাই লাকএদনা।"

ঐগী ইমাকনীপা তোম্বা পুলিস দিপামের্ন্টতা ইন্সপেক্তর ওই। রহমান্না অহানবদা মঙোন্দা 'সার' কৌরম্মি। নোংমা ইচানুপী লৈমনা সার কৌনু, ইবাই হায়য়ু হায়দুনা চৈবদগী রহমান্না তোম্বদা ইবাই কৌবা হৌখি। ইবেম্মনা লুনা তৌবনিনা তোম্বসু মহাকপু লুনা-চান্না তৌরম্মি।

তোম্বনা বহমানবু থেমজিল্লদুনা হায়রম্মি।— "রহমান, হৌজিক্তি করিসু কিফম লৈত্রে। ঐ লাক্লেদনা। সিদা লৈবদি নুংঙাইররোই, ঐগা চৎশ্রসি। ঐখোয়দা নচেগী মনাক্তা লৈগে হায়বরা নত্রগা নখোয় পাঙ্গ ময়াম মরক্তা পুল্লপ লৈগে হায়রবরা? নঙনা অপাম্বা মফমদা লৈয়ু।"

রহমান করিমতা খুম্লমদে। তুমিন তোম্বগী মতুং ইন্দুনা চৎখিরম্মি। খরা লৈরগা ঈরাং পূংফ ফববা মতুংদা নোংমা লাক্লম্মি। মপোৎ-মচৈ অমদি রিক্সা পুরগা ঐখোয়গী ভারাগী য়ূম থাদোক্লগা চৎখিবম্মি। মহাক য়াম্মা নুংঙাইতনদি চৎখি। ঐখোয়সু নুংঙাইহৌদে।

"করিনো তুমিন উংঙিবদুনা? হীদাক চাবা মতম ওইরে।"

সনাহনবীনা হায়রকপদু তাবদা ঐ মিৎকপ খংথোক থোকপদৌনা তৌই। ঐনা শোর অশাংবা অমা হোন্দোক্লদুনা হায়, — "রহমান হায়বা অঙাংসে ওম্থোক্লা নুংশিখ্রেদা!"

সনাহনবীনা তাপ ওক্তুনা খুম্লকই,— "নুংশি, অদুবু জাৎ, ধর্ম্ম, চাকচা-য়ূথক তিন্নদর্বনিনা পুন্সি চুপ্পা পূন্না লৈমিন্নবদি য়াদ্রেদনা।"

সনাহনবীগী খোনজেন্দু খরা নিক্লপ তৌই।

*আগরা*

৭/৯/৯৭

# খুৎলাইগী মমাঙদা

ওজা সনাহল ইম্ফালদা পোকপনি। মহাক্কী মচিন-মনাউশিং হৌজিকসু ইম্ফালদা অদুম লৈরি। মহাক্তি খুঙ্গং অসিদা ওজা ওইবা লাকপদগী ইংখোন লৈদুনা মফমসিদা অসুম লৈখিবনি। হৌজিক মহাক খুঙ্গং অসিগী মচীন চৎপা, মীনা ব্যবহার তৌনবিবা মীশক অমনি। মায়কৈ অসোমদদি ওজা সনাহল হায়বদা খুন কয়া লান্না মহাকপু খঙদবা লৈতে। লমদম অসিগী শেমগৎ-শাগৎপদা মহাক্না চাউরবা থৌদাং লোই।

নোংমা নোংমাইর্জিং নুমিৎনি। ওজা সনাহল ইংখোন্দা নাপী ফোয়রি। মহাক্কী নুপী ইবেতোম্বী মণিপুরী খবর অমা পায়রগা মহাক্কী মনাক্তা লাকই। খবরদু ওজা সনাহলদা উৎলদুনা ইবেতোম্বীনা হায়রকই — "ওজা, খবরসিদা য়াওরিবা অশিবা মী অসিগী ফোটোসিবু নহান নোংমা ঐখোযদা লাক্লম্বদা য়াওবা নীপামচাদু মান্দরা?"

ওজা সনাহলনা খবরদু লৌরগা মুন্না য়েংঙি, অদুগা হায়রকই— "উম খরা ফিংবা, শাউগনবা মরেপ খরা ৱাংবা নীপামচাদুনি। ওম্লোকপনি, মাগী মতম লাক্লবোইরে।"

"ফরেদা, মহাপাপীসি শিখিবা! মখোয়গুম্বসিদি অসুম্না মীশি চাদনা শিগদবনি।" ইবেতোম্বীনা কল্লক পেন্না হায়রকই।

"হায়, অদুম্না হায়গদবা নত্তে। শীফম-নাফম খঙদনা শিবা হায়বসি অফবা নত্তে। নৌরিবা নহারোন কয়া অমা অসুম্না মফম-মরাং খঙদনা মাঙখিবসি পাম্মুই। মখোয়গীদমক নুংঙাইবিদে।" ওজা সনাহলনা তপ্না হায়রকই। ইবেতোম্বীনা তাপ ওক্লগা খুম্লকই — "ঐদি করিসু নুংঙাইতবা তৌদে। মখোয়গুম্বসে মালেম লূম্নবা পোকপনি; মমা-মপা নরক তানবনি।"

ওজা সনাহলনা অমুক হায়রকই— "অদুম্না হায়বা হৌনদে ইবেতোম্বী। মহাক অসিনা নঙ-ঐগী ইচা ওইরম্লবা নহাক নচীন্দুনা অদুম্না হায়বা ঙমগদ্রা ?"

"ঐখোয়গী ইচাদি মখোয়গুম্বদি কৈদগী ওইরুদগে? অচৌ-অচৌবা মতিক চাবা মী ঙাক্তা ওইদৌরিনি ঐগী ইচাশিং পূম্নমক।"

"মমা-মপা খুদিংমক মচাশিংগী মরমদা অদুম্না খনবা ঙাক্তনি। অদুবু খনবনা অমা ওইবনা অমা। শিরিবা অঙাং অসিগী মমা-মপাদুনা মচাগী মীশি অসি পাম্লম্মোই। অদুবু মাগী মরাইবক্তা তম্লক্লবা অসি কনানা ককপা ঙমগদগে ?'

"মসিদি তম্লকপা নত্তে; মশানা থাকচবা লাংদা মশামক থুর্বনি। মখোয়না ঐখোয়দা তৌরম্বা পূম্বদুবু করম্না কাউবা য়াগদগে? মখুত্তা খুৎলাই অমমম পায়রে হায়দুনা মমা-মপাগুম্বা ঐখোয়দা ঙাঙলম-শক্লম্বা, তৌরম্বা পূম্বদো থকসী-খাসী নাইদবা, হৌন-লোনচৎ খঙদবা মচাশিংতনা তৌগদবা থৌদৌনি।" ইবেতোম্বীনা শাউরপ তৌনা হায়রকই।

"শাউরুন্নু ইবেতোম্বী, মতম্ননি। মতমগী খোঙচৎনা পুরকপা অহোংবা নঙ-ঐনা থিংলুবা ঙম্বরা ?" ওজা সনাহলনা শাউরবী মহাক্কী নুপীবু থেমজিল্লি। মহাক্কী মচীন্দগী থেমজিন-ৱাহৈদি থোরকই হায়ববু নোংমা মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক্তু মহাকসু কাউথোকপদি ঙম্লমদে। হৌজিক হৌজিক থোক্লিবগুম মমিত্তা শঙ-শঙ উরকই —

"পাবুং, ঐখোয় অমুক লাকচরে।" অয়ুক ঙন্তা হৌগৎপদা ত্তায়রিঙৈদা চহী কনমক শুরবা নীপামচা অহুমখক লাক্লগা হায়রবনি।

"ও: নখোয়বা ইচাশা? ফমখিসি, নখোযগা ৱা ঙাঙনগদবা লৈ। ইপাগা ৱারী খরা শাসি।" ওজা সনাহলনা তপ্না হায়বনি।

"পাবুং, ঐখোয় ফম্বা লাকপা নত্তে। ঐখোয়না নহান নোংমা হায়জরম্বদু থৌরাঙ তৌবিরব্রা? লৌবা লাকপনি, হৌজিক পীবিরো।" নীপামচা অহুমদুগী মরক্তগী মরেপ খরা ৱাংবদুনা হায়রকপনি।

নীপামচাদুগী ৱাঙাঙদু তাবদা ওজা সনাহল খরা ৱারৌই। মপুক্লীংগী নুংঙাইতবদু ফাজিল্লগা মহাক্লা হায়রকই —"নখোয়না হায়রম্বদুগী মরমদা ৱারী শাসি হায়বনি। তপথৌ, ঙহাক ফম্মিন্নরগা ৱা ঙাঙনখিসি।"

নীপামচা অহুমদুগা ওজা সনাহলগা ফম্মিন্নরগা ৱারী শানৈ। ওজা সনাহলনা হায় — "ইচাশা, নখোয়না হায়রম্বা শেনফমদু চাউমল্লি। অদুক য়াম্বা শেনফম অদুদি ইমিৎসিনা ইপুন্সিসিদা অমুক্তসু উবা ফংদ্রি, শিবা ফাওবদসু উবা ফংগদবা মান্দে। ইচম চম্বা ওজা ঐনা শেনফম অদু করম্না পীবা ঙমগদৌরিবনো?"

"পাবুং, শেনফম অদু পীবা ঙম্মি-ঙমদে হায়বা ঐখোয় মুন্না খঙজে। অদুবু পাবুংনা ঙমদবগী মওং হায়রবনিনা খরা তাজরগে। তংখায় অমদি পীবিরো। য়ারবদি খরদি ঙসি পীবিয়ু।" ঙসায় মখে ৱা ঙাঙদবা নীপামচা অনীদুগী মরক্তগী কুচু খরা পানবা নীপামচাদুনা হায়রকপনি।

"ইচাশা, ইপাগী ৱাসি লোইনা অমুক্তা তাখো। ঐ পীরোই হায়বা নত্তে। মীনা পুবা-থাংবা ঙমলোইদবা ৱাদি হায়গনু। ঐনা অঙম্বা খরদি পীগে।" ওজা সনাহলনা হায়বনি।

"পাবুং কয়া পীবা ঙম্লিগদৌরিবা?"

"লুপা লীশিং অনীরা-অহুম্রা নখোয়গী মতেং পাংগে।"

"মদু য়াদে; লাখ অমা পীয়ু হায়বগা লীশীং অনী-অহুম হায়রিসিবু ফাগিরা?" মরেপ খরা ৱাংবদুনা হায়রকপনি।

"ফাগি নত্তে ইচাশা, ঐনা ঙমগদবদু হায়বনি।" ওজা সনাহলনা তপ্না হায়বনি। ঙসায়মখে মতুংদা লেপ্লদুদা ৱা তারম্বী ইবেতোম্বীসু ৱা পাংশিল্লকই— "ইবুংঙোখোয়, শাউগনু। ঐখোয়না ঙমগদবদু হাযবনি। লৈরবদবু করিগী য়াম্না পীরোইদগে। ইচা অহুম অমসু মপান্দা লাইরিক তম্লি। মখোয়গী শেন থাম্বগা নখোয়-পাবুংগী তলবসি করিমতা লেমদবনি।"

ইবেতোম্বীনা ৱা হায়বা লোইফাত্রিঙৈদা মরেপ খরা ৱাংবদুনা তাপ খুন্নকই— "মদুদি পাবুংখোয়-ইমাখোয়না ঙমদুনা থাজবগী ৱানি। ঐখোয়দা মদু হায়বিরক্নু। ' দুগা মসিমদি খঙবিয়ু। ঐখোয়না সিদা লৈবাক্তীদমক তুম্ফম-চাফম খঙদনা পুন্সি

লেল্লি। অদুগা ইমাগী ইচাশিংনা নুংঙাইনা মপান্দা মহৈ-মশিং তল্লি; অহাউবা চাদুনা লৈরি। মদুগী মহুত্তা মখোয়বুসু ঐখোয়গী ইরক্তা য়াওহল্লু। ঐখোয়না তৌরিবসে ঐখোয়খক্তগী ইরনাই নত্তে।"

"করিনো ইবুংঙো, নঙনা হায়রিদুবো ?...." ইবেতোম্বীনা খুল্লকপনি, অদুবু ওজা সনাহলনা মরক থৎলম্মি— "তুমিন লৈয়ু ইবেতোম্বী, নঙ য়াওরক্কনু। ইচাশিংগা ঐগা সুম ঙাঙনগে।"

মতাংদুদা মরেপ খরা ব্রাংবা নীপামচাদুনা মফুরিৎ মনুংদগী লংত্রিক লংলবা পিস্টোল অমা পুথোরকই, অদুগা রুমালনা তক্লুনা শেংদোক্লগা অমুক হাপচিনখি। ওজা সনাহল খংশাউ শাউনীংই। অদুবু নোংমৈগী মমাঙদা শাউনবগী থৌনাদি লৈখিদে। অশাউবা ফাজিল্লগা হায় — "ইচাশা, নখোয় খরা খষ্টৌ। ঐনা অঙম্বা খরা পীগে।"

ঙসায় মখৈ শুকঙাঙ ঙাঙলমদবা নীপামচা অমদুনা তপ্পা হায়রকই — "পাবুংনা ঙমদে হায়বদু ঐখোয় য়াজরে। কুন্দংদি পীবিয়ু।"

"ইবুংঙো, কুন্দুসু ঐঙোন্দদি য়াম্না চাউরবা শেনফমনি। ঐ ঙম্মোইদবদা হোয় হায়নীংদে। ঐ পীবা ঙম্মোই।" ওজা সনাহলনা তপ্পা হায়।

"ঐখোয় ঐখোয়না হায়বা শেনফমদুদগী য়াম্না তাথবে। মসি ফাওবদা ঙম্মোই হায়রিসিবু ঐখোয়বু উশিৎপিদবা, শুকপী পীরোই হায়বগী ব্রাফম্নিনে।" মরেপ খরা ব্রাংবদুনা শাউনা হায়রকপনি।

ওজা সনাহলনা তপ্পা খুম্মি,— "ঐনা নখোয় উশিত্তবসু নত্তে, পীবোইসু হায়দে। ঐনা ঙমগদবদু পীগে হায়বনি। মসিদা য়াম্নাদি নখোয়না ঐবু হাৎকদবদা মঙায়রে।"

মরেপ খরা ব্রাংবা নীপামচাদুনা অমুক হায়রকই—"পাবুংনা শেন লৈত্রে হায়রবনিনা ঙমগদবা মতেং ওইনা পাংবিরো। ঐখোয় লৈফম-চাফম য়াম্না রায়। মতম খরা ঐখোয় পাবুংখোযদা লৈজবা তাবে।"

"এ: কদায়দগী, মদু য়াদে ইবুংঙোখোয়। ঐখোয়সিদা নখোয় লৈবা শুকয়া যারোই। "তুমিন লৈরম্বী ইবেতোম্বীনা তাপ ওক্লুনা খুল্লকপনি। ওজা সনাহলনা মাগী নুপীদা তুমিন লৈয়ু হায়না মখুৎনা ইঙ্গিৎ তৌরগা তপ্পা হায়রকই —"ইচাশা,

নখোয়না য়ূমসিদা অমুক লৈশিন্দুনা ঐখোয়দা অৱাবা পীগনু। হৌজিক ইমুংসিদা লৈরিবসি নমাগা ঐগদনি। ঐখোয়না নখোয়বু পীজ-পীথক তৌদুনা সেবা তৌবা ঙম্মোই। অদুগীসু মথক্তা নখোয় লৈহল্লি, লেকহন-চাহন্দুনা নখোয়গী মতেং পাংঙি হায়দুনা সিফায়গী ওৎ নৈবদো ঐখোয় খাঙবা ঙম্মোই। ঐ নখোয়দা করিমতা পীরোই হায়দে; অঙম্বা খরদি পীগে হায়রি।"

ওজা সনাহলগী ৱাদু তারগা ৱা কয়া ঙাঙদবা নীপামচাদুনা হায়রকই—"পাবুংগী লুপা লীশীং অনী-অহুমদুদি পীদবগা চপ মান্নে। খরা হেনগৎলগা পাবুংনা পীবা ঙমগদবা শেনফমসি কয়ানো হায়বিয়ু।"

"ঐদি ঐনা ঙমগদবা শেনফমদু হায়বনি। নখোয়না য়ামদে হায়রবনিনা মঙা শুনবা হোৎনরগে। সিদি য়ারেনা?" ওজা সনাহলনা হ্রবনি।

"য়ারোই পাবুং!" মরেপ খরা ৱাংবা নীপামচাদুনা হায়রকপনি। ৱা কয়া ঙাঙদবদুনা অমুক মখা তারক-ই— "পাবুংসু খরা হাপকৎপীরো, ঐখোয়সু খরা তাজরগে। তরাংদংদি শুহনবিরো।"

"মসিদা য়াবিদ্রবদি ঐখোয় তৌফম থোকপা তৌরকপা তাবনি।" মরেপ খরা ৱাংবদুনা মখা অমুক শমথরকপনি। মাগী ৱাদু তাবদা ওজা সনাহলনা ৱারৌরপ তৌনা হায়রকই— "ইচাশা ! নখোয়গী য়াথং অসিদি কনখ্রেদা!"

ওজা সনাহল মখা য়াম্না হায়নীংঙি। অদুবু হায়বা ঙমদে। মরেপ খরা ৱাংবদুনা হংলকই — "পাবুং, কদৌঙৈ পীবিগে, হায়বা? ঙসি খবা পীবা ঙাম্বিগদ্রা?"

"অদুক য়াম্বা শেনফম অদুদি হৌজিক্তি কদায়দগী লৈগনি। থা অনী-অহুমগী মতম পীয়ু। মরুপ-মপাং, মরী-মতাশিংদগী পূথোক-পূশিন তৌবা তাবনি। মতম খরা চঙগনি।"

"মতম শাংমল্লি। ঐখোয় শেনগী সরকার য়াম্না লৈরবনি। ঙসিদগী থা অমগী মতুংদা ঐখোয়গী খুদোংচাবা য়েংলগা নোংমা লাকচগে। পাবুংনা চখোক্লবসু ইমাদা থম্বিরম্মু।"

"ফরে ফরে, হোৎনদুনা য়েংবা হায়বদুনি।"

"য়েংবা নত্তে, শুকশোয় শোয়দনা থম্বিরম্মু।"

"হোয় হোয়, করিগুম্বা ঙমদবা থোক্লগনা নখোয়না ঐগী থয়াৱ অসি লৌবদা

ঐ য়াদবা তৌররোই। ঐগী লাইবক্তা তম্বা অমদি লৈরম্লগনি।" ওজা সনাহলনা ব্রারৌনা হায়বনি।

"শোয়দনবা হোৎনবিয়ু। ঐখোয় চৎচরে পাবুং।" ব্রা কয়া ঙাঙদবদুনা হায়বনি। অদুদগী মখোয় অহুম প্রপ-প্রপ চৎখি। ওজা সনাহলসু ইবেতোম্বীসু খুমহৌদে। মখোয়না কোম্থোঙ ব্রাংমা লানখ্রবা মতুংদা ইবেতোম্বীনা শাউনা হায়রকই — "মখোয়সিবু করম্বা মমা-মপানা পোকপনো? লমশি শিং্দবা ঙাক্তা...."

"হায়-হায়, তুমিন লৈয়ু। মতম অসিগী মঙাও থীরবা নোংলৈ-নুংশিৎ অসিবু নঙ-ঐনা থিংবা ঙম্বরা ? খাঙবা ঙম্মগা ঙম্মে, ঙমদ্রগনা মরক অসিদা ঐখোয় মাঙখিবা তাবনি।" অশাউবা ফাথদুনা ওজা সনাহলনা হায়রকপা ব্রাহৈশিংনি। থোকখিবা থৌদোক্তু ঙহাক নীংশিংলুরগা ওজা সনাহল উইরুবদগী মিৎকপ খংথোক থোকপদৌনা ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎলি। মখোন্দি থোক্তনা খবরদু পাই—

"লালহৌবা নহা অমা পুলিসকী নোংমৈনা পান্দুনা শিরে। পুলিসগী সোর্স মতুং ইন্না মহাক অসি আইন্না থিংখ্রবা লালহৌ-লুপ অমগী য়াম্না মরুওইবা মীশক্লি হায়রি। অদুবু লালহৌ-লুপ অদুগী ব্রাঙাঙলোইনদি মহাক মখোয়গী লুপকী মীওই নত্তে, রিএক্সনরীনি হায়রি।"

"ইবেতোম্বী, মখোয়সে অশেংবা নত্তে হায়রিনে।" খবর পারুরবা মতুংদা ওজা সনাহলনা খংহায় হারকপনি। ইবেতোম্বীনা খুম্লকই — "মখোয়গী মী শিরবনিনা অতৈদু লোৎলম্মনি। পাক লাক্লরোই। অশেংবা নত্রবনিনা শেনফমদু পীরগুমসি। হন্দক অমুক লাক্লবদি হেক্তা হায়রসি। নখোয় অশেংবা নত্তে; পীবা ঙম্মরোই হায়সি।"

"লাক্তবা ওইসনু। লৈদুনা পীগদবা শেনফমসু নত্তে। মখোয়গা ব্রা ঙাঙনবসু তম্লি।" ওজা সনাহলনা হায়বনি।

তানজাদুদা ব্রা কয়া ঙাঙদবা নীপামচাদু অতোপ্পা নহা অনী অমগা কোম্থোঙলোমদগী প্রপ-প্রপ চঙলকই। মখোয় ফি মমমম ইম্লি। অতোপ্পা নহা অনীদু ফি মনুংদা খুৎলাই অচৌবা পায়বগুম তৌই। হেক চঙলকপগা নীপামচাদুনা হায়রকই — "পাবুং, ঐ লাকচরে।"

ওজা সনাহলনা খুমদ্রিঙৈদা ইবেতোম্বী ইমুংদা খুৎলৈ থুনা চঙখি। লুপা লীশিং তরাগী নোট মপুন্দু পুথোরক্লগা নীপামচাদুদা পীরদুনা হায় —“ইবুংঙো, নখোয়না হায়বদু সে।”

ইম্ফাল

২৩/১২/৯৭

আই এস কাঙ্জমগী ফোঙলবা লাইরিকাশিং —

## মণিপুরীদা

| | | |
|---|---|---|
| একাঙ্কী | : | ❖ বিদায় (১৯৬৭) |
| | | ❖ তাম্ফল অমগী লীলা (১৯৭৫) |
| | | ❖ শক্তম মরি (১৯৮০) |
| নাটক | : | ❖ য়ু লিক্লী (১৯৬৭) |
| | | ❖ প্রাপ্তি-অস্তি (১৯৬৮) |
| | | ❖ খোঙথাং অমতদা (১৯৭১) |
| | | ❖ মোংয়াম্বা (১৯৭১) |
| | | ❖ ডাকূ কুঁবর সাগর সিংহ (১৯৭২) |
| উপন্যাস | : | ❖ চিত্রকার (১৯৭২) |
| ৱারীমচা | : | ❖ করিগী (১৯৭৭) |
| | | ❖ কেকু লোৎপী (১৯৯৯) |
| অঙাংগী সাহিত্য | : | ❖ নযাম্বগী খুদোন (১৯৮১) |
| লোন-নৈনবা | : | ❖ লোনগী ৱাবেং (১৯৭৭) |
| ৱারী পিকক্র | : | ❖ ৱারী পিকক্র (১৯৯৩) |
| শৈরেং | : | ❖ নোংমতগী পুন্সি (১৯৭০) |
| | | ❖ লৈরাং লৈচন (১৯৭২) |
| | | ❖ বালিগী শা (১৯৯৬) |
| হন্দোকপা | : | ❖ মহাক্কী ৱাবেপ অমসুং অতৈ ৱারীমচাশিং (১৯৯৬) |
| | | ❖ তমস (উপন্যাস, ১৯৯৮) |

## হিন্দীদা

| | | |
|---|---|---|
| লোন-নৈনবা | : | ❖ হিন্দী মণিপুরী ক্রিয়া সংরচনা (১৯৮৯) |
| শৈরেং | : | ❖ মীতৈ চনু (হন্দোকপা, ১৯৮৭) |
| | | ❖ ফাগুন কা ধূল (হন্দোকপা, ১৯৯০) |
| | | ❖ আধুনিক মণিপুরী কবিতাএঁ (হন্দোকপা, ১৯৮৯) |
| | | ❖ তীর্থ যাত্রা (হন্দোকপা, ১৯৯৬) |
| ৱারীমচা | : | ❖ প্রতিনিধি মণিপুরী কহানিয়াঁ (হন্দোকপা, ১৯৯৪) |
| | | ❖ ভারতীয় শিখর কথাকোশ : মণিপুরী কহানিয়াঁ (হন্দোকপা, ১৯৯৭) |



আই এস কাঙুজম

| | | |
|---|---|---|
| পোকপা | ঃ | খৃষ্ট কুম ১৯৪৬<br>নাউরেমথোং, শগোলবন্দ<br>ইম্ফাল। |
| মপুংফাবা মিং | ঃ | ডাঃ ইবোহল সিংহ কাঙুজম |
| শিনফম | ঃ | মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী<br>হিন্দী বিভাগতা ওজা। |
| সাহিত্যগা পোথোক | ঃ | মণিপুরীদা লাইরিক তরামাপল<br>হিন্দীদা লাইরিক তরেং। |
| মনা-মথৌ | ঃ | সেন্ট্রেল হিন্দী ডাইরেক্টোরেট,<br>ভারত সরকারনা খৃষ্ট-কুম ১৯৯০ ৯১দা<br>হিন্দীনা মমারোল নত্তবশিংনা হিন্দীদা<br>ইরগী মনা ''আধুনিক মণিপুরী<br>কবিতাএ'' দা। |
| লৈফম | ঃ | নাওরেমথোং লৌক্রাকপম লৈকাই<br>শগোলবন্দ রোড<br>ইম্ফাল, পিন ৭৯৫০০১<br>মণিপুর। |